UKHRULDEI
by Lamabam Viramani
1995.




| | |
|---|---|
| অহানবা খুৎনম | : ১৯৯৫ ইং |
| কপী মশীং | : ১০০০ |
| অফোঙবা | : রাইটরস ফোরম ইম্ফালগীদমক রাজকুমারী তোম্বীসনা দেবীনা ইম্ফালদা ফোঙবা। |
| ফংফম থোকপা | : অইবা মশা |
| লাইরিক নম্বা | : পদ্মা প্রিন্টরস (কম্প্যুটরাইজ) পাউনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১ |
| মখুম য়েকপা | : বীরেন্দ্রজিৎ নাউরেম |
| মমল | : লুপা ৩৫/- |

উখ্রুলগী মরূপ মপাংশিংদা

লমাবম বীরমণি।

# ফোরমগী ৱারোল

খৃঃ চহী ১৯৮৮ দগী রাইটরস ফোরমনা হৌজিক ফাওবদা মণিপুরী অইবা/কবি ৩৭ কী লাইরিক ৩৭ ফোঙদুনা মীয়ামগী খুৎতা শিন্নজখ্রে। লাইরিক ৩৭ অসিগী মনুংদা ১৯ না শৈরেং, ১১ না ৱারীমচা, ৩ না নৈনবা ৱারেং, ১ না দ্রামা অমসুং ৩ না উপন্যাসনি। রঘু লৈশাংথেমগী শৈরেং লাইরিক্কী মথংদা লমাবম বীরমণিগী "উখ্রুলদৈ" কৌবা লাইরিক অসি ফোরমগী ৩৯ শুবা খুদোলনি।

সাহিত্যগী ওইবা মগুণ লৈবা লাইরিক ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কেদা হাপচিন্নবা অমসুং অইবনা মশাগী লাইরিক ফোঙজবদা থেংনরিবা খুদোংচাদবা কয়া কোকনবা হোৎনবনা অইবগী মরূপ অসিগী মপুংওইবা পান্দম্নি। শেন্দোং তানবগী ৱাখল লৈজদে, অইবা মশেন খুৎশম্নদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পোখোক পুথোকমিন্নবনি। লাইরিক অসি মীয়ামগী খুৎতা শিন্নজরি।

ইম্ফাল

১১ ওক্টোবর, ১৯৯৫ ইং

বিরেন্দ্রজিৎ নাউরেম

জেনেরেল সেক্রেটরী

রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

চহী মরীগা থা খরনি উখ্রুলদা থবক তারুবা। ওফিসকী মতম লোইরবা মতুং থবক লৈতে। পোপ্পাফমসু লৈতে। ইরাং ফত্তে, চৎথোকপসু কি, চৎথোকফমসু লৈতে। উখ্রুলদগী হাইদোক্কুনা লম য়েংবা চৎনীংই, তাঞ্জা ফংদে। মরক মরক্তা য়াম্না তাংনা ফংই। হায় কান্নদনা নুংঙাই। মন্নপ-মপাং য়ামদে, য়াম্নসু খঙননীংদে। খরা খঙনৈ, খরা তিন্নৈ। নুংঙাই, পঙনুংতা নুংঙাই।

উখ্রুলগী মরমদা ইগে হায়বা থোইনা খল্লুদে। অদুবু থবক লৈতে, ক্বাটরদা। ঐনা থেংনবা অউবা খবা হৈনীংলকপা মতমদা হেক হেক ইশিল্লি। মতৎ-মতৎনি, ক্বাটরদা ইচাই চাইদুনা লৈ। নোংমত্তা পুনশিনগেসু খল্লুদে। নোংমা, পোৎ-চৈ লোইশিনবদা মতৎ-মতৎশিংদু থেংনরুই। ফনা য়াম্ব্রমই। পাম্মুরকই। পাদুনা য়েংই। ইথন্তা নুংঙাইজে, কাওরুরবা কয়া নীংশিঙলকই। খরদি ইখি খল্লগা থেংনদ্রে। পুল্লপ খোমজিল্লগা অমুক থমখি। কোন্নদি মতৎ-মতৎশিংদু খোমজিল্লগা লেংশিল্লগে খল্লকই। ইবা হৌখি।

ইবু ইরবদি হেক্তা ফোঙনীংলকই। মসিসু নিশা অমনি। 'পোক্লফম' খবরগী অখন্নবা মশীংদা মচিৎ-মচিৎ ফোঙবা হৌখি। লাইরিক ওইনা ফোঙনবগী লম্বী

থিরকখি। রাইটরস ফোরম, ইম্ফালদগী শেনগী মতেং খরা ফংলে। অদুবু চীং অমসুং তমদা থোক্লিবা ইরাং মতাসিদা ফোঙনীংবগী খৌরাংবদু ফনা য়াম্রা ময়েং তাখি। রাইটরস ফোরমগী মতেং লৌশিল্লুরবনিনা অককনবা মতমগী মনুংদা ফোঙদবা য়ারক্লে। অমূক পাদুনা য়েংলে। মতমগা চানদবা মখৈ লৌথোক্লে, শেমদোকপা মোনথোকপা য়াবা খরসু মোঙ্খোক্লে। পাঙদবা হায়বদুনি।

খুৎই ওইনা নৈরিঙৈদা লাইরিক অসিগী অয়াম্ব শরুক ঐগী মরূপ ইবোমচাদি (য়ুমলেম্বম ইবোমচা) পাখ্রে। চুম্রা পাবা নত্তে বনানগী অশোয় অঙাম য়েংবী, রাহৈ-রাতা ফাওবা অপাম-পামদা হায়বীরকই। লোইনমক পানবগী তাঞ্জাদি ফংখিদ্রে। অদুনা বনানগী মতাংদা চাং মান্নদবা খরা থেংনবিগনি। মদু ঐগী অশোইবনি। মরূপ ইবোমচানা পাহৌদবা শরুক্কি। মরূপ ইবোমচাগী লমন তোল্লবনি। মথূমগী লাই, ইনাউ বীরেন্দ্রজিৎ নাউরেম্না য়েকপীবনি। মমল য়াম্রবা মতেংনি। পুন্সিগী লমন তোনশিল্লবনি।

হৌজিক্তি লাইরিক অসি খ্বাইগী খুৎতা শিন্নজরে।

ইম্ফাল, ১৪ অক্টোবর, ১৯৯৫

লমাবম বীরমণি

মচল

# উখ্রুল খোঙদাবা



খালতাবী য়ৌবদগীদি উখ্রুল লম্বীগী চীংলম্বী হৌরে। মী নীফূ-য়াম্খেমুক্তু পুবদা বস অদু মশালুম্নবী লিন অমোমগুম শ্রো শ্রো চিংদুনা চৎপা হৌরক্নে। ফজরিবদি লম্বীগী নাক-য়েৎতা পরেং হৌরিবা উচান পাম্বীশিং অদুনি। কবি নত্রবসূ মহৌশাগী ফজববু উবদা পুক্নীং নৌদবদি কনা লৈ! বস মনুংদনা থোঙনাওদগী লীৎশিল্লকপা নুংশিৎনা চনুরাশিংগী শম্বুলদগী নাম্থোক্লকপা শমলাংশিংবু নান্দুনা শান্নরি। চীংয়াগী লিরিবা নুংশিৎনা গুথু থেংথুবদা উচান মনাশিংনা লেংহৌ লেংহৌ জাগোয় শারি। তাবদি ফংদ্রে, মনাক্তা চঙশিল্লবদি শোইদনা ঈশৈসু শক্রমগনি।

– সিনিদনা চীং হায়বদুদি!

হরাওরুই। অদুবু লাইবক থীবদি মীৎকুপ খরগী তুংদা দৃশ্যদু মাঙখ্রে। হেন্না ফজবা উচান মনাগী জগোয় অমা আশা তৌরুবা অবেস্না তাবে। ঐনা থাজরুই – অনৌবা চহী লাক্লে, চীংমায়দা হৈত্রোই মপালনা ইঙৌ ঙৌনা শাৎলমগনি। নাসপতি মপাল উগনি। চনুরাশিংনা নমদা সম অমমম পোবগা ঈশৈ শক্লা শক্লা লশিং মপাল হেক্রমগনি।

কপাইওন মলিংতিং
সহবরোন মলিংতিং
ঐ লুই তভাসা
খয়াই খুইজাসা

*[হৈত্রোইনা মপাল শাৎপা মতম/চেরিনা মপাল শাৎপা মতম/ঐখোযনা খুই সিগুম্বা পাম্বী (লশিং)]*

চীং পুন্নমক বৌদ্ধ লম্খোইবগুম মরু ইকোক কোক্রমলে। লাপ্লিঙৈ উরম্বা চীংগী কুচু মাঙখ্রে। নৌনা থোক্লিবা হায়ববু ফি থোংদ্রবা চনুরাশিংনা লৈমায়দা হিপ্পুনা লৈবগুম ইকোক কোক্লবা তান্না উরিবা চীংশাং পরেংশিং অদুনি। মহাদেব য়ৌবদা

গাড়ী খামই। ময়াম কুমথৈ। ঐসু কুমথৈ। চীংথক্রুদগী হেক য়েংথবদা তম্পাক উরি। তাংখুল অশৈবনা শক্রম্বা শৈরেং অদুবু মফম অদুদা লেপ্পগা ইখিবরা!

ও, মাইতৈ রশিং!
ও, মাইতৈ রশিং!
ও, য়াংলা মকচউ, নিংরৈখমঙাই!
ও, নিংরৈখমঙাই,
কফুঙ রমলি থিংনা য়ুরিয়া
ও, নিংনা য়ুরিয়া
জীংকুম হাদ নিংল মাশোয়!

*(ঈশিংনা ঈপাক ওইবা, লৈ-শুনা মরাং কায়না হৌবা লোকচপকী চীংশাংনা পরেং ঙাক্লিবা তম্পাকপু শৈথাবা শৈরেংনি।)*

কুইনা খামদে মফমদুদা, ময়াম কাখৎনখি। ঐসু থুনমক কাখৎলে। ঐগী ফমফমদুদা, ঐগী ওইদা ফম্বী নুপী অদুনা ফমদুনা লৈরমলে। বসতদি থোঙনাউরোম থংবা ফম্ফম অসি অমনসু অমনসু পান্নে। ঐ উবদা মৌ নহাদুনা হায়রকই – ইচিন, ইলি চরফনাউ ঙলেমলি খবম ঙকক্লু।

ইঙক ঙকলুরে ঐনা হংই – করি হায়বা? নোক্রদুনা তাংখুল মৌ নহাদুনা মখা তারকই – ঐদি তাংখুল ওইরবোই নীংলুরে। ঐ থোঙনাউ ময়াসিদা ফমগে, তাদা। কোক নুংঙাইতে।

ঐ অমুক য়েংলুদ্রে। শেংলি ইল্লিবা ফিজেৎ অদু য়েংলগদি লৈশাবীসু মানবগুম তৌই। মতম্পাক্তা পমলিবা অঙাং অদুনা অমুক্কসু খঞ্জানহল্লি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মহাক নহানি। কুচু ঙৌদে, মুবসু নত্তে। ঈ থাংলি, তঙাং তঙাংই। মীৎতা ফজে, নোকপদা রাশি লৈ।

– কদায় চৎতোইনো?
– উখ্রুল, তাদসুরা?
– উম, ঐসুনি।
– করি লৈকাইদগীরা?
– নাউরেমথোংদগী।

ব্রারী-ব্রাতাই শানবা মরূপ অমা ফংবদুদা ঐ তশেংনমক নুংঙাই। মখা তানা ঐনা হংই – উখ্রুলদা য়ুমলা?

– নত্তে, ইচেগী য়ুমদনি। ঐগী য়ুমদি ইম্ফালদনি, নাগারমদা। তাদদি উখ্রুলদা কৈদৌবা চৎপরা?

– পোষ্টিংনি।

– কদায়দা ফমগনি?

মহাক্কী মৈতৈলোনদু লৌশিনবা ঙমদে। মহাকসু মদু খঙমাল্লে। মখা তারকই

– করি ওফিসতা ফমগদরা?

– এদুকেসন ওফিসতনি।

ৱারী মতৎ মতৎনি। পুন্সিমকসু মতৎ মতৎনি, মতৎমতৎকী থৌদোক্কা পুনশিল্লগা ওইবনি।

ঐ থবক তৌরকপা চহী তরাহুমদোই শুরে। তম্পাক্কী লমদা ঙাক্তনি – লমশাং, থৌবাল অমসুং বিষ্ণুপুব। অনকপদি অমত্তা নত্তে। চীংদা পোষ্টিং তাবদি হন্দক্কা অহানবনি। থোইনা চিংনরুদে – নুপামচানি। য়ুমদা মীরোন লৈহৌদবদুগীদি খন্দবা ঙমদে।

উখ্রুলদা পোষ্টিং ওদর থোক্লে তাবদা মরূপ-মপাংশিংনা মখল কয়াগী মত ফোঙদোক্লবকই।

– কবিসু খল্লনু, উখ্রুল লৈবা নুংঙাইবা মফম্নি। খরা ঈংজৈ হায়বগী ৱানি, কালেন্দা শাদে, কাং হয়িং লৈতে। চাবিমখৈ হাউই।

খবনা হায় – নঙবু সঙ্গ ফনা তৌবদাইনে। ইরাং মতাসিদা উখ্রুলদবু চৎলি হায়ব্রো?

ঐনা খুমই – ঐখোয় অমত্তা অদুম্না চৎত্রবদি কনানা মফমদুদা চৎপীনি?

ৱাফম অদুমক পুক্নীংগী ৱাদি ওইদে।

– ফৈ, ফৈ চৎলু। চৎপু চৎখ্রবা পঙথু থুনা হল্লকপগী ৱাদি লৈতে।

মতম অসিদা চৎনবিবা ট্রান্সফার পোলিসি মতাসিদদি মহাক্কী ৱাফমদু চুমখ্রবা ৱানি। অদুবু কনাগুম্বা মরূপ-মপাংনদি থৌনা পী – 'চৎলু কৈনো, নপাঙ্গল ফরিঙৈ, নহা ওইবিঙৈ। চৎতনবু এক্সপরিয়েন্স ফংবা য়াব্রা? হয়েং অহল ওইরক্লবা, পেন্সিল ফংলমদাইদা ইম্ফালদা লৈনবা।' মখোয়গী ৱা ঙাক্কী নত্তে। থবক তোকপা ঙমদবনিনা চৎপা তাবনি।

তাংখুল নুপীমচাদু ইখঙ খঙহৌদনা হন্দোক্লক্লে। থোঙনাউ ময়াদুদা ফমলমদ্রবদি কয়া ৱায়োং চারম্লোই। মতম্বাক্কী অঙাং অদুদি করিসু তৌদে। মমাদুগী

মতৌদু যেংবা নুংঙাইতদুনা ঐনা হায় – অঙাংদু ঐঙোন্দা পীরকউ।

করিসু হায়দে অঙাংদু ইরেঞ্জনা তম্পাক্তা কাখৎলক্কুনা ফমলরে। অমুক অনীরক হন্দোক্লম্লগা মমাদু মচা য়াওরকই হায়বা কাউবা মখৈ সিটতা ঙাথদুনা তূমথখ্রে। ঐসু উইরি, উইরি তৌরুরে। ভাবনা শাগৎচরম্বা চীংগী দৃশ্যদুদি অদুমক উবা ফংখিদ্রে। লিতান্দা ঐসু চাক চাথোক্লে। মৌনহাদুদি মকোক নুংঙাইতে হায়দুনা চাদে। ঐনা মখোয়গী কমলা অমা লৈবী। ঐনা বস মনুংদা চঙখিবদদি মমীৎ শিংলম্রে।

– কমলা চাউ। খরা ফরবরা?

নোকফেৎ তৌরগা লৌখি। অঙাং অদুদি মৌনহাদুগী মনাক্তা লৈখ্রে। কমলাদু খোক্লগা মশুং অমা ঐঙোন্দসু পীরকই। ঐনা হংই – ইচারা?

– মান্নি।

মমায় ঙাঙলপ তৌনা খুম্লকই। ঐনা অঙাংদুদা হংই।

– করি মিং কৌই?

– নাউবী।

অঙাংদুনা খুম্লকই। মচীন য়ান্না য়াংই অঙাংদু।

– এ, মৈতৈ মিংনিনা?

– মপাদু মৈতৈনি।

করিমতা মোং-হাবা তৌদনা মমাদুনা থৌনা ফনা খুম্লকই।

– ক্লাস কয়া তম্লে নাউবীদি?

– ক্লাস-টু।

– য়াম্না তমলেনা। মপাদি করি থবক তৌই?

– হান্নদি ফূরিৎ তূরম্মী। খঙদে, হৌজিক্তি করি তৌব্রা?

– লৈমিন্নদবরা?

– লৈমিন্নদে। নাউবী পোকপা চহী অদুদগী লৈমিন্নখিদ্রে।

মহাক্কী ৱাতা অদুদা নোংমা ইয়াম্বা অমনা হায়রম্বা ৱা নীংশিঙলকই – ইনাউ, মৈতৈসি মীনুংশি লৈ কাদি হায়রোইহে, ইয়াম্বদি। নঙনা চৎলগা খঙনি, চীংদা খূন অমবু লৈরবা, নক্লে নকউ, লাপকে লাপ্পু মৈতৈনা হন্দোক্লমবা অঙাং অমা নৎত্রগা অনীদি মথেংনবা শোয়দ্রে।

– অদুবু মৈতৈ নূপাতনা লানব্রনে? মশানা য়াদনবু হেক্তা য়াবা নত্তেদা।

– থাজবা হাৎপগী য়ানি। লানবদি অনীমক লান্নরম্বা য়াই। মমাদুগী মরানসু য়াম্না লৈরম্বা য়াই। অদুবু অঙাংদুদি লান্দেদনা। শা মক্তি নত্তে হায়বা মখোয়, হেক পোকখোকপগা মচা হন্না য়েংলমদনা হুন্দোক্নুনা চৎপা।

তশেংনমক শাউই ইয়াম্বদু। ঐঙোন্দা ওনশিন্নকই – অদুনা নশা নহানি চেকশিন্নু হায়রিসিনি।

মখা তানা মৌ নহাদুদা ঐনা হংই – মপাদুবু নাউবীগী শেন কাদি পীরক্লো?

– পীদে, লৌসু লৌনিংদে।

ইচঙ থৌনা শাউরপ খুমলকই। মখা হংনিংবনি। অদুবু মফম চাদে। মী অমগা অহানবা থেংনবা মক্তদা কয়া য়াম্না আশা তৌরুগনি!

– নাউবীদি মরীনবু লৈনে। মপাদু মরীন য়াম্না লৈরম্বা তাইয়ে।

ঙৈহাক তূম্মিন্না লৈরুরগা ঐনা হায়রুই। অরেম্বগী হায়রুরে। মমৈ নেৎলুরবা লিন্না মকোক হাইগৎতুনা কাম্বশুম খুমলকই – হিংচাবগী মচানিনা হিংচাবগী মরীন লৈবা তাবনি।

ঐ মখা অমুক তাজদ্রে।

কদায়য়াইদগী মুম্বুখিবনো খঙহৌদ্রে ঙৈহাক উইরুরে। মীয়াম লাংবগী মখোল তাবদা মীৎকপ থোক্লক্লে। ঐনা তোংলিবা বস অদু খামদুনা লৈরম্মী।

– কদায় য়ৌরে?

– ফিনচ কোরনর।

মৌনহাদুনা খুমলকই। পুং খরতগী খোঙচৎ ওইরবসু ফমফম নুংঙাইবা হায়বসিসু নুংঙাই। হনু-হম্থি অমগা ফমমিন্নববুদি ইশুং-ইমান্নবা, ইমান্নবীগা ফম্মিন্নবা হায়বসিনা লমশাং চৎপগী অয়াবা কাউবোই নীংই। য়ারীতা শারবসু, ফাগি-জুগাইতা তৌরবসু হকচাং তেকখৎলি।

– কদোমদগীনো মীয়ামসিদি?

– সংসক খুনগীনি। উখ্রুল চৎকদবনি।

– উখ্রুল ফাওবা লেপ্পা চৎকদরা?

– চৎত্রবদি করম তৌগদ্রা? চীংগী মীদি য়াম্না য়াবনি। বসসিনা খাম্বীদ্রবদি উখ্রুল ফাওবা খোঙনা চৎকদৌরিবনি।

মী নীপাল মাপলমুক মরী মরী কাখৎলকই। বসতি হান্নদগী মপূক থন্দুনা লৈরবনি। মখোয়শিং অদু কাখৎলকপদগীদি লেপফম ফাওবা লৈখিদ্রে।

মশা লুপ্লবী লিন অমোমগুম থেক্লা খোয়না লিরি লিরি লাকপনা উচানগী লমদম নুংশাংখোং য়ৌরে। উচান মনাগী জগোয় অমুক্কসু উবা ফংলে। ইশা খজিক্কং তেকখৎপোই নীংই। অৱাংবা চীংদোন্দগী লীক্লাই মহীগুম চেম্থরিবা ঈশিং চাইবীগী ঈশিং উরকই।

কৃক কৃক ইন্ননা বস মনুংদা লেপ্লিবা মীয়ামদু উবদা অমুক ইতন তঙ্গই। খুবাক অমা ফাওবা হাণ্ডদে। অমগী নঙ্গলদা অমনা কোনবগুম লেপ্লি। য়েংবদা নুংঙাইত্রিবদি নুপী মচা থরা অচিনবা মরক অদুদা য়াওরিবদুনি। উরিনা উশাদা য়ানবগুম লাম্বা ফংবগুম ফংদবগুম মখুৎ মচাদুনা বসকী খুৎপায়ফমদা য়াল্লদুনা লেপ্লি। মায়থকপা শন্নাউগী শাজৎকুম উখ্রুলগী থেকখোই থেকখোইবা লম্বীদুদা বস চেল্লি। বসকী মায়ঙাওবা শাজৎতুনা, নৌরিবীশিং অদুগী মশাদু তুরোই ঙারোইনহল্লি। পাম্মুনা চেৎনা থমজবা থবাক্কী অথোৎপা মপোপ অদুদা কনাগী মনঙ্গলনা ঙাথু থেংথুরকই।

'সিবু য়েংহৈরিব্রা!

ফম্বা ঙমদে। অদুবু, অদুক যাম্বা মীয়ামদু অমতা হৌগৎতুনা কৌশিনবা তৌদে। লুরিবদি ফিভম চাদনা লেপ্লিবীদুদি ঐগা খ্বাইদগী নক্করে।

অদুমঙাইরে থন্দুনা ঐগী ফমফমদু নুপী মচাদুদা লানথোক্লে।

– ইবেম্মা, নঙ অমুক ফম্মু।

নোক্তা মনোকই নুপী মচাদু। মমীৎ অদুনা কদায়দনো তুং হন্না য়েংই।

– ফম্মুনে ঙৈহাক, অসুৱাইদা ঐ অমুক ফমগে।

নুপীমচাদুগী মমাঙমক্তদা লেপ্লা পাখং মচাদুদি শাউবু শাউমাল্লে ঐঙোন্দা খারপ য়েংলকই। নুপীমচাদু ঐগী ফমফম অদুদা ফমখ্রে। মহাক্লা লেপ্লম্বা মফম অদুদা ময়াংশেকপী য়ানবগুম য়ান্দুনা লেপ্লে। য়ানবতা নত্তে, হাইবা অমসু য়াওরিবনি। খাদা অমুক ৱাংদা অমুক। নুপী মচাদুগী অথোৎপা থবাক্কী মপোপতুনা খাঙলমগদবদো!

মায় অসি লৈথোক নৈশিন তৌনবা মফম ফাওবা লৈতে। খোঙ অসি লৈতারিব্রা, য়াল্লিব্রা খঙদে।

হুন্দুং সিমেন্ট ফেক্টরী য়ৌবা মতমদদি মী অহুম মরি কৃমথহৌরে। অদুবু

কোম্বদি লৈতে। হান্নগুম্না চিনববুদি নত্তে। মায় লৈথোক লৈশিন ফাওবদি কোন্না য়ারে।

ফনা কুইরে নুপী মচাদুনা ফমখিবা। ঐ অমুক ফম্মুকা হায়রক্তে। ঐনা কমদৌরিবগে হায়দুনা হন্না য়েংথরুবদদি ঐগী ফমফম অদুদা মশা মউ ফরবা তাংখুল পাখং অমা ফমদুনা লৈরমলে। পাখং অদুগী মতাফরবা মতম্বাক্তা নুপী মচাদু খোমগী অঙাংগুম ফমলি। ৱারী শারি, নোক্লি। করি ৱারীবু ওইরিগবা! নোকপু নোকদ্রা! শাউগদ্রা!

– 'সিবু য়েংহৈরিব্রা!

হুন্দুংমক য়ৌরকপদদি মখোয় লৈহৌরে। ৱাহৈ অমা ফাওবা হেক হায়রমদে। হন্না ফাওবা য়েংলমদে। মরী মরী কুমথত্রে। নোক্না নোক্না চৎখি, ঙাঙনা ঙাঙনা তামখি। ঐ য়েংদুনা লৈহৌই।

ঐ হান্নগী ফমফম অদুদা ফমথরে। ঐনা হেক ফমথবগা মৌনহাদুনা হায়রকই

– করিগী হৌগৎপ্রা?

ৱাবু ৱারৌব্রা!

– নুপী মচাদুনা নুপা মরক্তুদা ৱানা লেপ্লদু য়েংবা নুংঙাইতদুনা তৌবনি।

নুপীদু মখা তারকখিদে।

ভিয়ুলেগু য়ৌরকপদদি বস অদুদা তোংলম্বা মীশিংদু অয়াম্বা কুমথহৌরে। নাউবী মমা মচাসু কুমথহৌরে। কুমলমদায়দা হায়রম্মী – হোটেল ভিয়ুলেগু অসি ইচেগীনি। চা থকপা কোয়রকউ।

ঐসু খুমই – হোই লাক্কে।

– 'হিংচাবগী মচানিনা হিংচাবগী মরীন লৈবা তাবনি'। কন্থিথোক্না চৈথি নাউবী মমানা। চৈরিবদু কনাদনো! চৈরিব্রা! ৱারৌরিব্রা! নৎত্রগা ৱাকৎলিব্রা!

তুমথগে হায়দুনা হেক তৌবদা নাউবী মমা মচাবু নীংশিঙলকই। কায়নরমদাইদা চাগী বার্তন তৌরম্মী। ঐনসু লাক্কে হায়খি। চৎতি চৎখিদে।

মীওইবা অমতনা মীওইবগী মচরিততগী থক হেন্দোক্লুনা চৎপা ঙমদ্রি। ওইজবা থীবা, তৌশিনবা, হেক্তা হায়জিনবা, চীনগা খুৎকা মান্নদবা, শক মায়

য়েংনবা মীওইৰগী অনৌবা লীচৎ নত্তে। ঐসু লীচৎ অদুদগী পাণ্ডলাপ লাপ্পা চৎথোক্তি। নাউবী মমাসু মীনি অদুনা মপুরোইববু ৱারৌরিবনি, শাউরিবনি। পূং খরতগী খোঙচৎকী খোঙবু ওইরবসু নাউবী মমানসু ঐবু ৱারৌরম্বা য়াই।

– লাক্লোইদবা লৈরবদি করিগী লাক্কনি হায়রমলিবা?

শুকখনমক খল্লমদবসু য়াই। অদুবু ঐ লান্দে হায়বসিমদি হায়বা ঙমলোই।

করিসু নত্তবা ৱাফম অসিনা ঐবু তৃম্বা য়াহন্দ্রে। ঐনা করিসু লৈতবনি হায়না খল্লিবা অসিমক লাল্লবনি। করিসু লৈতে হায়না খনবা কয়ানা পূনশিল্লগা অচৌবা অরানবা হায়বদু ওইরকই। ঙৈহাক্কী অশাউবনা তুংকোইবা অশাউবা ওল্লকই। মী অমখক্তগী অশাউবা ওইরম্বদগী জাতিগী অশাউবা ওইরকই। মী অমগা অমগা পৈনরকপা, লৈবাক অমগা অমগী লান শোক্করকপা – মৈরিকপীদগী মৈজাওবী ওইরকপা ঙাক্তনি।

নাউবী মপাদু নাম্নোকখ্রে। মচা অমা নাউয়োক নাউকোনগী পোৎলুম অমা কোকথোং নারদুনা নাউবী মমাদু লৈহৌরে। নাউবী মমা নহা ওইবি। নহা ওইবগী কুচু কুমেন, শকওং শাদা চপ চানা লৈবি। মহাক্না অদুমঙাইরে হায়দুনা খোঙবু অমা থিখিবদা থোইনা ঙকনীংঙাই ওইদে। মদুদা মরায়বক থীহৌগদৌরিবদি নাউবীনি। অসুন্না মপানা মীরায়বিরবা নাউবী কয়া মপাগী মিনুংশি ফংদনা হিংলি।

নোংমা ইয়াম্বদুনা হায়রম্বা ৱাহৈদু হেন্না হেন্না ময়েক শেংলকই – ইনাও মৈতৈসি মীনুংশি লৈ কাদি হায়রোইহে, ইয়াম্বদি।

তশেংনমক, ঐ চা থকপা ঙৈহাক্তং চৎলম্বনা ফবনি।

– তৃম্বা য়াদ্রবরা?

ঐনা য়াওন তোয়বদু তারমাল্লে, ওঝা বসন্তনা হংলকই। মহাক্তি মীৎকপ অমা ফনা ফজনা তৃমলুরে। মঙোন্দদি উখ্রুল অনৌবা নত্তে। কা অদুসু, ফমুং অদুসু অনৌবা অমা নত্তে। চহী তরেত নীপাল মহাকপু কোন্দুনা লাক্রবনি। নৌরিবদি ঐতনি, ঐঙোন্দতনি।

– তৃম্বা কায়রবরা ওজা?

ঐনা হংই।

– নঙগীসিবু য়ূম নীংশিঙলক্লিব্রা হায়বনি?

ওজা বসন্তনা মখা তারকই। ঐনা ফাগি ওইনা খুমই।

– য়ূম নীংশিঙলকপা নত্তে, ওজা, লম্বীদা ঙসাই উরকপা খজাই ঙাঙবীশিংদু

নীংশিঙলুবদা য়ুম কাউরক্রদ্রা খল্লুবদনি।

– হাই, মদুমদি লুইহে, ঐবু সনাদা পাউ পীহৌবনা চুম্রা? অহীংনি হায়বা কাউবা মখৈ ঐখোয় অনী নোকমিম্রে। নোকপা হেক হন্থরকপদা ওজা বসন্তনা মখা তারকই।

– হৌজিক্কী ফিভম অসিদা ওজা লাকপসি লাইবক থীরবনি। অমরোমদনা ফরবনি।

– করি হায়রিনো অদুদি, ওজা?

ওজা বসন্তনা হায়রিবদুগী অর্থ খঙই। অদুবু মহাক্কী ওইবা ৱা তানীংদুনা হংবনি। মহৌশানা ওজা বসন্ত ফাগি পামই। নোক্না নোক্না ৱা ঙাঙই। অদুবু নোক্তনা শকক্ষম হঞ্জিল্লদুনা খুমলকই – ঙসাই ডি.ই.ওনা চাক চারিঙৈদা করি হায়খি নীংশিঙলিব্রা?

উখ্রুলদা ইহান হানবা খোঙদাবা নুমিৎমক্তদা ওফিসতা মযাম পূন্না চাক চামিন্নবগী তাঞ্জা অমা ফংখি। তাংখুলদি চাকচা হৈজান্নবা য়াম্না পামই। হরাওবসু চাক চায়, নুংঙাইবসু চাক চায়, ৱাববসু চায়। লুহোংবসু চাক্কি, শিবসু চাক্কি কায়নবসু, উন্নবগীসু। ওজা বসন্ত উখ্রুল থাদোক্তনা চৎখিগদবা অমসুং ঐনা উখ্রুলদা খোঙদারকপগী চাকনি। তাংখুল নুপীশিংগী সেবাদি মখোয়গী অতিথি ওইরুববা মীওনা খঙগনি। থরায য়াওই, হৈ, লৃ-নাল্লি। মখোয় ফাগিসু য়াম্না পামই। নুপীশিং অদুদা ওনশিল্লদুনা ডি.ই.ওনা ফাগি তৌবকই।

– 'বসন্তগুম্না ওজা লৈবদি নুংশা থিদে। নহা অমা লাকপসিদি লৈশাবীশ চেকশিল্লহে।'

– নীংশিঙলি, অদু কৈদৌরবা?

– ফাগিদি ফাগিনি হায়ববু মহাক্কী ফাগিদু মবৌ লৈবনি।

উখ্রুলদা লাকলমদাইদসু, উখ্রুল য়ৌবগসু তরিবা ৱাশিং অসি অফ-নুংঙাই অমং ওইদে। ওজা সমবনসু ঐনা উখ্রুলদা চৎকদৌবে তাবদা হায়বকখি – 'মৈতৈ নুপাগী খোক, তাংখুল নুপীনা য়াদ্রবনি। ওক কোংবতনা য়াদ্রবনি, চেকশিল্লু।'

উখ্রুলদা পোটিং তাবগা তাংখুল নুপীগা কবি মবী লৈনবা! অমসু অমসু তাংখুল নুপীগী ৱা ঙাক্তা। তাংখুল নুপীনা মৈতৈ নুপাদা থাজবা লৈদ্রে। মদুনা কবি মাঙজরিবা!

– তাংখুলশিংনা মৈতৈবু থাজদ্রে সিরা ওজা? মদুদা লাইবক থীরিবসি

কৈদনো? থাজবদুদি ঐখোয়না মাণ্ডহঞ্জবনি।

– য়াম্না চুমগ্রবা ৱানি। লাইবক থীরে হায়বদি মহৌশাগুম ইচম চন্না লোয়নবদু য়াদ্রে। নশা নহানিনা করিগুম্বা পূকচেল তিন্নরুদুনা লোয়নরুবা তারবসু নহারোলনা থিংলে হায়বগী ৱানি।

– লাইবক ফরিবনা কৈদনো, ওজা?

– চীংদা লমহেন তূহেনবা নহা ওক্তবা লৈত্রে। য়ু থিংলে, জুৱার শান্নবা য়াদ্রে। সরকারগী ৱা নত্তে। নহারোলগী হুকুমনি। ফোংনা থকপা চাবা চাদ্রে। থক্লদ্রে। চীঙ্গাকপু ঙাক্লবা, নুপী অঙাংদবু কারন তৌরুদ্রবা খূয়া-তূশিংনা লৈবা য়ারে হায়বগী ৱানি।

– ওজাদি অথিংবসি অসি লৈত্রিঙৈদা পুন্নমক্তু খরদি থেংনহৌরবা নংত্রদো?

– হাই, নঙগীসিবু হয়েং ইথোক্লকদৌরি জাৎলা? থেংনদে, থেংনদে। নতৈমহোই থুংলবনা হানগ্রে।

ওজা বসন্তদি ইমুং মনুং পুরক্তুনা য়াম্না নে-না তানা চহী কয়া লৈরক্লবনি। ঐমক্তি য়ুমগী নুপী অঙাং পুরক্তুনা লৈগে হায়রবদি শুকথন থন্দে। ফিভমনসু য়াদে। য়ুম শঙবিনীংঙাই লৈতে। ইথন্ত্র কাটরদুদা লৈগদবসু নত্তবনিনা থোইনসু হঙ্গোইরুদে। মতম খরতা ওইরবসু চহী তরা হেন্না লৈরক্লবা মণিতোনগা লৈমিন্নগদবনি। মহাক ঐগা ওফিস অমতদা থবক তৌমিন্নগদবা ইনাওনি। মহাক্তি তাংখুল লোনসু নীংথিজনা ঙাঙবা ঙমলে।

ওজা বসন্তনা তত্তনা হায় – ইনাও মণিতোনগা থাদোক্লগনু। মহাক য়াওরবদি উত্রুলদা কিনীংঙাই লৈতে।

ৱারী শানা শানা হিপ্লম্বদগী ঐখোয় অনীমক তূমথখিবা খঙহৌদ্রে। নোংঙানবসু খঙহৌদ্রে। মীৎকপ থোক্লকপদা নুংশা য়ক লাউনা থোক্লমলে। ■

# অনী



ঐগী মরূপ অমনা নোংমা হায়খি।

– য়ুবু ফংদ্রবা নঙগী উখ্রুলসিদি চাউরবা উন মতুম অমনি।

ৱাহে অসিমক্তি হায়মল্লি। ঈশৌ কনবা নুংশিংকা, পিনৌবা নোংদুতংগা য়াওরমদ্রবা উখ্রুলদি ইয়ার কন্দিসন হোটেলদগী হেন্না নুংঙাইবা পোত্থাফম ওইরমগনি। তশেংনমক, উখ্রুলদা ঐনা নুংঙাইজবা অমা হায়বা তারবদি নুংশা মঙালগা লোইননা নোং ঙাপ্লেকমিন্নরকপা অসিনি। নোংমতং য়াহৌ খজিক্তং থেংলুবদা, মেংলবা অয়ূক্কী নুংশা মঙালনা, থোংনাউদা লিংখিলক্লুনা হৌদোক্লগনি। উখ্রুলদা অয়ূক অসিদি হৌদোকপিনবা ৱাংতে। অমা নংত্রগা অমনা লাউরক্কনি।

– হিপাশি।

খুমদবা য়ারোই, খুমদ্রি ফাউবা কৌরক্কনি – হো হিপাশি।

শীংয়োনবী, মৈতান য়োনবী, স্কোস য়োনবী, হৈখা য়োনবী অমা নংত্রগা অমা থুংলগনি।

নুমিৎ অদুমদি কনামতনা মিৎকপ থোকহনখিবা নত্তে। তৃস্না য়াখিদবনি। তৃমলমদায়দা হৌরকখিবা ইচা অমসুং নুপীগী দাবী মচাদুনা তৃমহনখিদবনি। ইচানুপীনা নিংঙাই তৌই। এনশাং হাওতে, ঙা চাগে হায়। ঐবু কনখৎপদি মাল্লি। অদুবু ঐগী নুপীনা মচেক্তা য়ৈরকই – কনানা ঙমদোইনো নুংতিগী ঙা চাবা! হায়গে হায়রগা শেন থোকপা মীদা হায়য়ু।

অকোনবগী ৱাহেদু ময়াক কল্লি। কদোমদগী ৱাংখৎলকখিবা নুংশিৎনো খঙদে ৱাহৈগী ময়াক অদুনা থামৈগী মীহুন্দা য়ৈরুরমালে, মমাসু মচাসু-শেৎ, শেৎ।

য়ুমলোন্নবা তাংখুল ইতৈমদুনা ফক্লাং ৱাংমদগী লাউরকই – কদৌরে ওয়া, নখোয়দি নুমিদাংসিদা?

হাইফেৎ ইকাইরুই। ঐখোয়না লৈরিবদু ইয়ুম নত্তে, ইম্ফাল নত্তে হায়বা

কাউথোক্লুরে। শেৎ শেৎ অমুক অনীরক পীখিবদুদগীদি দাবী পুন্নমক লেপগ্রে। অদুবু খুৎচাউ থারুবদুগী নীংঙমদবদুদি অসুম অসুম ৱাংখৎলকই। তুম্বা য়াখিদে। খনখি নোংহেক ঙানবগা ঙায়োনবীগী নাক্তা চৎতবা য়াদে।

মমাসু ঙাঙবা মখে ঙাঙলম্লগ, চৈবা মখেসু চৈথোকলুরগা, নুংঙাইত্রমাগ্রে,মচা নুপীদু কোল্লদুনা তুমগ্রে। তৌবগীদি তলব মচা চাবা ঐখোয়দদি থামৈদা অসিঙম্বা থৌদোক মচা অমা অনী থোকপসিদি অনৌবা নত্তে।

অয়ুক্কী চীন য়া শেংবা হেক লোইবগা ফিজাউ অমা ইল্লদুনা ঙায়োনবীগী নাক্তা চৎনবা শেম শারম্মী। ঐনা চৎকদবগী শেম শাবদু উবদা মমানা হংলকই – কদায় চৎতোইনো?

ঐ খুমদ্রে। ইচানুপীদুসু হৌগৎলক্লে। মমীৎ অদু তরাও তরাও পাঙলদুনা ফলপ ফলপ য়েংলকপদু ফনা নুংশিরুরে। নানবিসিরা খল্লি, খুবাক্সা থাখিবা মনঙ্গল অপাকপদুদা।

তাঙ্গা অদুদা তাংখুল নুপী অমসু য়াওররে। কৌরকই,

– হিপাশি, হো হিপাশি।

ঐনা থোঙ হাংদোকই। শীংপুবী মরি মঙা লেপ্লম্মী।

– থিং মখুইর?

– লৌরোই, য়াম্না নৈরি।

ঐনা খুমই। মৌ নহা অমনা মখা তারকই – অতে লৌদ্রবসু অঙাংগী সিতং লৌশে। মহাক য়াম্না ৱারে।

চহী তরামাথোই তরানিথোইকাতমক শুরমখিগদবা মাল্লি, নুপী মচাদু। য়ামদ্রবদা এনশাং হাউতবগী নিংঙাই তৌরিবা ইচানুপীনা চহী অমগী মথক্তা হল্লমগনি। মঙক অদু পুবা ঙস্তোই ঙমদবোই শীংঙৈবাক থল্লা য়াওবা সম অদু মকোক্তা য়াল্লদুনা লেপ্লি। অয়ুক অদুদা, নৌরিবী নুপীমচাদুগী তঙাংলবা খজাই তম্লা চুবাদগী হুমাং মরী মরী চেম্লুরি। মমীৎ অদু তরু তরু পাঙলদুনা ঐঙোম্দা য়েংলকই। ঐ অমুক খম্নরুদ্রে। হংই – কয়ানো?

– তরা।

মৌনহা অদুনা খুমলকই। নংহৌরবোই মতাঙম মমাদু চেম্লেক্লকই। হায়রকই – শীং অসুক য়াম্না নৈরিসিদি?

মাগী ৱাকা তারুদ্রে। ফুরিতখাউ শঙলিবা লুপা তরাদু পীথোকপ্রে। মকোক্তগী

পোৎলুম অদু থারম্রগা নুপী মচাদু ময়ামগী তুং ইন্দুনা চৎশ্রে। তপ্না তপ্না ঐসু ইমুংদা চঙলে। ঐগী ইতৌদু উবদা নুপীনা হংলকই – চৎখোক্ররোইদ্রা?

ঐনা খুমই – চৎলরোই।

থামৈগী নুংশিংনা য়ৈবদা ইশা অসি অনম অহা চুবগুম তৌরে। রাখল ইথোক থোক্তে। অসিগুম্বা মতমদদি নুপীনা খরা খৌনা লৈ।

– ঐ ওইনা থোক্রুরসিরা দুকানসিবো? চাহি হায়বা অমতা তাদে।

নুপীনা মখা তারকই। ঐ খুমলমদে। হৈনীংদ, হৈনীংদ, থোক্রকই। ঐগী ফিরিতথাউগী ফিভম খঙবা নুপীনা মখা তারকই।

– পৈশা য়াওরবরা চৎলিদুবু?

তাম্ররক্তুনা নুপা কুনখক পীরকই। তৌববুদি নোংমা নীনীসিদদি তলব মফংলগনি। উখ্রুলগী নাতে চাদবা হায়ববু হেলিকপ্টর হেক লাক্তবদা তলব ফংদবসিনি। পোইলা তারিক ওইখিবা নুমিৎ মঙানি শুগ্রে। নোংথি-নোংমংলবা, নোংজু থাগী মতম ওইরবা, অসিগুম্বসি তোইনা থোকই।

য়ুমদা থোক্লীংবনসু লোইবে। নুপী অঙাং পুম্বা য়ুম থাদোক্তুনা লাকপা থা ফাজিন্নরক্লদৌরে। নুপীগী ছুটিসু লোইশিলক্লে।

ঐনা থোক্লকপগা শীংয়োনবীশিং অদুনা থোক্লকপগা তুংথা-মাঙথ ওইরে। মখোয়দি কাটর খূদীং চঙদুনা শীং থারুবনি। সমশিং অদু ইহাঙ হাঙলে। শীংয়োনবী নুপী মচাদুসু ময়ামগী মরক্তুদা য়াওবি। মনজুনববা মফি অদু ইন্নদুনা মযামগী তুং ইন্নি। ঈংশ্রবদুদা খোঙউপ তোংদবা মখোঙ অদুনা উনগা শীংনরি।

মখোয়গা ঐগা তুংথা-মাঙথা চৎমিন্নবে। মেনরোড য়ৌবদা মশক মতৌ চঙখোল্লবী, মশা নানবী অমা ময়াম অদুবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। শীংয়োনবী মযামদু মহাক্কী মনাক্তা চঙশিনখি। ইকোয় কোয়না ফিজিদগী শেল লৌথোক্তুনা নুপীদুদা পীশিনখি। করি করিনো ঙাঙনরি। মৌনহাদু নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরদুনা শেনশিং অদু থীর থীরদুনা লৌশিল্লি। অমমমতা ওইনা মৌনহা শকহেনবীদুনা অচোইবা খরা পুথোক্তুনা য়েনখি। অদুক কুইনা উখ্রুলদা লৈরকপদু অদুগুম্বা দৃশ্য অমুক্তা উদ্রি। ইচাগুম্বী নুপীমচাদুগী মতেং খজিক্তং পাংলে হায়না খল্লুবদু, চাং খঙহন হন্থখি। অদুবু য়ামদ্রবদা মকোক্তুগী পোৎলুম অদু ঐনা ঙমজবা মওংদা থাংদি

থাংদবিরেদনা, হায়দুনা পুক্নীংবু থেমজিনজে। শীংয়োনবীশিং অদু মানা মনা থোকপা চৎনখ্রে। খরনা দুকান্দা চৎলি। খরনা ময়ুমদা হনখি।

খরা থেংদোকপ্রমান্রে হুন্দুংদগী হাইগৎলকপা শীংয়োনবী, মনামশীং য়োনবীশিং ইরাক লাক্লে। অয়ুক্কী দৃশ্য লোইশিলক্লে। মনা-মশীংদি মখোয়দগী লৌরগা খরাখিৎ ওইজে। দুকান্দা হেক চঙখিবগা মমল হেঙ্গৎখ্রগনি। লুপা মঙাগী হঙ্গাম মপুন অহুম তৌবদু মপুন অমদা লুপা অনী চিংখ্রগনি। ঐনা উখ্রুলদা লাকপা নৌরিঙৈদদি অনীগী মপুন অহুমদুম তৌরম্বনি। খঙহৌদে অহুমদগী মঙা শৎ হাইগৎখি। লমনা অসুক মরাং কায়রবা, চীংগী লৈহাও লৈরবা লম অসিদা মনা-মশীং অসুক তাংবসিদি শাউনীংই।

উখ্রুলদা মরাং কায়রিবা হায়ববু ইরোই শা মঙাইরে। উখ্রুলদা লাকপা নৌরিঙৈদা মৌনহা, লৈশাবী, পাখং খাক্তনা পোরোং শারেং য়াম্দুনা পুবগুম ঈ তপ তপ তাবা মখৈ শেম্বতা ঙাইরিবা ইরোইশা মথা মথা য়াম্দুনা লম্বীদা চৎপদু উবদা মীৎ উইশিন্দুনা খাঙখি। হৌজিক্তি হৈনরে, চাদ্রি হায়বতা মঙাইরে। তশেংনমক চাবা ফাওবদি ঙমদ্রি।

হুন্দুংমক লৈরমদ্রবদি উখ্রুলদা মনা-মশীং অতেকপা খক চাবা ফংলমলোই। তাঙশনু হুমাংমননি। অতনবা কাঙবু চাদশনু।

উচিন নাচিন্না য়াহৌথেংবী শীংয়োনবী খরা মমৈ খোমলক্লে। শীংমথক্তা হঙ্গাম মপুন খরগা মরোই খরগা য়াওবদু উই। হঙ্গাম মপুন অহুমদু লৌশিন্নে। মঙাগী অহুম। সিকি অমা তাউ য়াদে। মখোয়গীদি হায়খ্রগা লোইরে। ফিক্স রেতনি। লৈগে খনবা ঙাদি ফংদ্রে। অতেকপা নৎত্রগা অহিংবা ঙা চাগে হায়রবদি মখোয়দগী নৎত্রবদি ফংদে। পয়াদা ঙা মচা অনী অনী, অহুম অহুম লেংদুনা হেক হেক পুরকপনি। অয়োক ঙানি। ফংহৌদ্রে।

অকংবরা, অতেকপরা ঙা অমা পুশিন্দনদি চঙনীংদ্রে। হঙ্গাম মপুন অহুমদু হংমিলাগী দুকান্দা থনম্রগা ভিয়ুলেঙদা হাইগৎলক্লে। খরখিৎ চাউবা মনা-মশীং য়োনবা, এনশাং নাপী য়োনবা দুকান অনম্বা ভিয়ুলেঙদা লৈ। মনা-মশীং য়োনবা দুকান অয়াম্বা মৈতৈ নুপীনা ফমই। মতম অমদা অচৌবা কৈথেলসি পুলিস বজার ওইরম্মী। মথংদা ব্রিনু বজাররনি। হৌজিকমক্কীদি অচৌবা বজার হায়বা তারবদি ব্রিনু বজাররনি হায়বা তারে। হৌজিক্তি অমুক ব্রিনু বজারসি অরিবা তারে। ভিয়ুলেঙনা হেঙ্গৎলক্লে। নুংথিলদদি ইম্ফালদগী পুরকপা ঙা অতেকপা ফংই। অতেকপনি

হায়বতনি অহিংবদি নত্তে। অয়ুক্তসু ফংবা য়াওই। ঙরাং ইম্ফালদগী পুরকপা শিংহৌদবদু ঙসি য়োনবগী রানি। মদুমদি চাদবনা হেন্না ফৈ।

সোরোগী দুকান তম্না লাক্লে। সোরোগী দুকান য়ৌরবদি শেন য়াওদে হায়বগী রানীংঙাই লৈতে।

– সোরো, হেলিকপ্টর লাক্তবসিদি থামৈ থাকোক মান্নরে। অয়ুক্তা হুমাং শৌইহে।

– কৈদৌরগে তামো সোরোগী দুকান লৈরিবসিদি।

– অদুনবু লাক্লিসিনি।

লুপা তরা মঙা খুলামখাং কৌনবা থাদরগা শোংপা য়াবা শোংলে। তাঙ্গা চারিঙৈ হায়দুনা চাত্রিব্কী নুংঙা অকংবদু কে.জি. অমসু য়াওশিন্নে।

– হেলিকপ্টরদু ঙসিকাদি লাক য়াইদা, তামো।

– সিবু লৈরদি সোরো লাক্লে হায়বা মতমদা লাক্লসনু। য়ুমদা ইশৌ লাংবদু থরা ফরনি।

পোৎশিং অদু খাউজাউ অমদা হাপচিন্নগা কাটর তান্না লাক্লে। লম্বীদা কনানো অমনা হোটেলদগী কৌরকই

– হো ওয়া।

য়ুমলোন্নবদা লৈবা ওজা লোংগ্রেনি। অহলনি, অফিস অমতদা থবক তৌমিন্নে। ফাগি য়ান্না পাম্বা অহলনি।

– চা থককখিসি।

– ঐদি চাসু থক্তনা।

– চা থক্লবসু রারী শাখিসি। কাদা শুম লৈবসিবু করিনো? নঙগীদুবু হুইনা চেনগদ্রা?

– এনশাং লৈহৈদ্রিনে, ওজা।

– এনশাংগীদমক্তবু নুপানা রাগদ্রা? নুপী লৈরিদুদি।

মহাক্না ফনা হায়দুনসু ঐনা ঙমদুনা লাক্লে।

হোটেল অদু মীনা পীক থল্লি। খঙনবসু য়াওই, খঙনদবসু। উখ্রুলগী নুপা মখৈদি অয়ুক অসিদি হোটেলদা লৈ। চাকলোইবা ঙাইরিবনি। নুপী মখৈনা ইখোলদা নৎত্রগা লবুক্তা নৎত্রগা চাকখুমদা নৎত্রগা জঙ্গলদা শীংচনগনি, পাম য়ানগনি, মনা মশীং থাগনি, চাক থোংগনি।

মরাইবক ফৈ তাংখুল নুপা। থোইনা খল্লুবা লৈতে, অনীগী অহুম তৌরম্বা হঙ্গাম মপুননা লুপা মঙা য়ৌখিবগী। ইকুই কুইদনা, হঙ্গাম মপুন্দা লুপা ১০ য়ৌখিবা খঙহৌররোই। ■

# অহুম



নন কানতা সিংলো
ইন খাইলন সিংদ,
কোংলি অলৈ সোনগা য়াহো।
*(নঙনা লোংখ্রাই খোম্নু/ঐনা ইন চিংগনি/ লেনমিন্নসি নঙ ঐ তুরেনসিদা।)*

উখ্রুলদি নুমিৎ হেক তাবগা তৃমখ্রগনি। লমদমদুদা মতম লেনবা অৱাবগী মশক্তি। নহারোলনা য়ু থিংগ্রে। জুৱার শান্নবা য়াদ্রে। সরকারনা অয়াবা পীরগা হাংলম্বা য়ুঙাং দুকান থোঙ লোনখ্রে। মনম চৈ চাখি, হায়বা ইন্দবগী দুকান্দার। শীংঙৈবাক কিবদগী কাটরদা জুৱার শান্নরম্বা, হায়নরুবা তৌদনা তোক্রখ্রে। অফবা থবক্তি পুন্নমক্কা থাগৎনৈ। অদুবু অকোনবগী হুকুম অসিমদি কমদৌবা!

– তাংখুল নত্তবা জাৎকী মীওই অমতা তাংখুল নুপী লৌবা য়ারোই।

অপাম-নুংশি, নুংশি-নুংওম্দা খোয়দজবা তাংখুল নুপীশিংগী মফমদা হুকুম অসিমদি শনজীংনি। নুংশিবগীদমক থৱায় পাম্মুবা লৈতবা তাংখুলনি। পূক্লীং ঈহুলদা খক শীংনবা য়াদবনি। লানফমদনা নোংশানি, কপং অমসুং মরিংথৈগী মচা মশুনি। অপাম নুংশিদনা লৈনি, থিংজাওন অমসুং মরাগী ঈনি, মাইতোনফি শিমরৈশাংগী চারোননি।

অসুক মহু চাউবা হুকুম অসি করিদগী থোক্রক্রিবনো। পূক্লীং লাকশিনবা গুম্বী, অখাংকনবী তাংখুল চনুরাশিংগী লমচৎতা করি অমকপা লৈরবগে! চৎনবীনি, মৈহৌরোনগী ইনাৎনি খন্দুনা ময়ুমদা খুন্নাল্লকপা শকখঙদবা পাখঙ্বু ইকাইখুন্নবা উৎপা ওইনা অহীং চুপ্পা ফমুং অমতদা হিপমিন্নবদা চিংনবা লৈতবী, ইনখৎপগী লমকেৎপা পূক্লীংবু খূদুম চনবা গুম্বী, মীকৌ মীচান ফবী তাংখুল নুপীনি। লমচৎকী ফিদম মাঙখিনি মিপাইবনা, লৈশাবী অমগী ধর্ম্ম মাঙদনবা পূক্লীং ঈহুনবু ইরাং পোকহনবা হকচাং কয়াৎশিংবু ফিজেৎ মখল অমনা (চেষ্টিটি বেল্ট) চেৎনা য়োমশীন্দুনা থমজবনি। থবাক্তী মপোপ কায়হনবা য়াদে, খুৎফম লৈখিনি, খুনাইনা

লৈশা লৈশানা মৌগী লীচং চংপীনি, লমকেংপীনি হায়খিনি মিপাইদুনা চেকশীনজবীনি।

লৈশা লৈশানা মৌগী লীচং চংলবা লৈশাবীবু খুনাইনা তাখি, ইস্কেকই। পূকচেন মক্ত্রিবীনি, খুংফম নাইদ্রিবনি হায়বা, লৈশা পুন্নমক, থবক পুন্না শুমিন্নবদা মথক থোংবা মচেম মনেমশিংদা থবাক্কী মপোপ উৎপা তাই। খাঙগী মথক থংবা হকচাংগী শরুকশিংদা ফি থোংবা য়াদে। কনাগুম্বীনা মদুদা য়ানীংদবা উৎলবদি মপূক মাংলে, অরোনবদা মৌগী লীচং চংলে নংত্রগা মীরোললে হায়না লৌনৈ। অসুক চেকশিন্না থম্মী তাংখুল চনুরাশিংনি।

নুপাসুনি! ইন্দ্রিগী ইরাংবু খুদুম চন্নবা ফিনুংগী হকচাং কয়াৎতা উরী নংত্রগা শরুনা শেম্মা খুদোপ নংত্রগা কোম্মাংগুম্মা (রিং) অমনা হুকচিন্দুনা থম্মী। লুহোংত্রিঙেদতা নত্তনা লুহোংলবা মতুং ফাওবদসু নুপা নুপীগী হকচাং কয়াংকী মরী অসিদগী লাপথোক্কবা চংনবী কয়ানি। কাঙলুপ অয়াম্বগী চংনবীদা লুহোংবগী অহীং হায়বসি পুন্সিদা খৌরাংনা ঙাইনবা নুমিৎ অমনি হায়না লৌনৈ। অদুবু তাংখুলদদি অদুক হাক্লা খৌরাংনীংঙাই ওইদে। মথম্মোয়গী চান্নবীদুগা চাকতিন ফিতিন্নদ্রিঙেদা নুপা ফিদম হান্না তানবা তাই। লুহোংলবা মতুংদা অনৌবীদুগা হিপমিন্নদনা মথক্ত মোরুংদা হিপ্পগী লেম্নবা চংনবী অমা লৈ। খাইদগী নুমিৎ মশীং য়ান্না মোরুংদা হিপ্পা ঙম্মা নুপাদু মীনা ইকাই খুম্নে। য়েক্কবা লাঙ্গেংনবদা, খুনবু ঙাকপদা, হেদ হন্টিংদা মপুন্সি কৎথোকপা ঙমগদবা নুপানি হায়না লৌনৈ।

অসুক ফিদমনীংঙাই ওইবা চংনবী লৈনা লৈনা করিদগী অনৌবা হুকুম অসি থোক্লক্লিবনো? ইনখৎলকপা ইনখৎলকপীশিংগী পুক্নীং ঈহুনবু কনানা খুদুম চন্দুনা থম্মা ঙমগদগে? জাৎ বিজাৎকী পলনা নুংশি-নুংওনগী ঈহৌবু থিংবা ঙমগদ্রা? অতোপ্পা জাতিগী মগুং মমান্নবদা য়ুমনাইখ্রবীশিং অসিনা কমদৌবা? খাইনবা তারিব্রা? খুনাইগী চংনবীনা, লাইনীং লাইশোন্না চেংনা ঙাকুনা থনম্বদু খোইদাজনা লৌবিবা অনৌবা ধর্ম্মনা ঙাকপা ঙমদ্রবরা? ফিদম লৈবা নোংচুপলোমগী লাইনীং-লাইশোলদা লাইমিং লৌরে। মীহাৎ-মীপুনগী ওইবা হেদ হন্টিংগী চংনবী থাদোকখ্রে, ফিজেৎ চাকচা ওনখ্রে। তাংখুল শমকক মাঙখ্রে। সাহেব ঙাক্তা ওইখ্রে। অসিদগী হেন্না নৌবা করি রাৎলিবা?

লাইনীংদা ঙাক ডাইনরুফমসু লৈতে। ধর্ম্ম অমত্তনা মীওইবগী অকাম্বা চংনবীবুদি য়াবা ঙমদে। লৈশা লৈশানা মৌগী লীচং চংপা, অতোপ্পগী নুপী

ভাজনবা, নমজা নমথেক্রদুনা নুপীগী হকচাংশোকপা ধর্ম অমতনা য়াদে। খৃষ্টান ধর্মসু অদু মদাই। অদুবু ওমথৈ অম থম্বতনি, পা অমসুং পী অনীগী পুক্নীংগী ঈহলনা অমত্তা ওইবা ঈচেলনা চেন্নবিদুনা ঈতিনকমনা তিনথিবদুবুদি কনানসু থিংবা ওমলোই। ধর্ম পুন্নমক্কা হায়রি নুহোংলবা নুপা অমসুং নুপীগী মফমদদি অথাকপা অমত্তা থন্নরোইদবনি। খৃষ্টান ধর্মনসু হায়রি – 'A man should fulfil his duty as husband and a woman should fulfil her duty as a wife and each should satisfy the other needs. A wife is not the master of her own body, but her husband is, in the same way, a husband is not the master of his own body, but his wife is.'

তাংখুল চনুরাশিংগী লমচৎকী ওমথৈ লৈত্রবরা? করম্বা নত্তবা শাজৎকীদমক য়ুম্বানবগী মনীংতম্বদা ওমথৈ অমা হাপচিন্দুনা চৈরাক পীগদৌরিবনো। নুপাশিংগী ওমথৈনা কঁরি!

নহারোলশিংগী আইন্দি চীনগা খৃৎকা মান্নবনি। কনানা কিদবা ওমগনি। সরকারগী আইননা নিশা পীজিন্নবা য়াদে, হুরান চিষ্টী য়াদে। আইননা য়াদবা থবক তৌবশিংবু চৈরাক পীনবা লোইশঙ লীংই। মী কয়া তলব পীদুনা থমই। অদুবু য়ু অদুম য়োল্লি, অদুম থকই। হুরান চিষ্টী তৌবগী মশীং হন্থদে, মীহাৎ মীপূনগী খৌদোক অদুম থোকই। অদুবু নহারোলগী হকুমবুদি কনানসু শীংনবা ওমদে। হকুম ইন্দবশিং অদুবুসু লেন্না থক থাদে।

অদুনা উগ্রন্নদা খূয়া তুশিংনা, নে-না তানা হিংগে হায়রবদি কনামতগা উন্না-ঙাঙনদনা লৈবনা মশোইদ্রে। অদুননি ঐনা ক্বাটর মনুংদা কনাগসু উন্না-ঙাঙনদনা লেল্লিবা।

থবক খূদীংমক্কী পান্দম লৈ। অফবা পান্দম অদু পাঙথোক্নবা হোৎনবদা ওন্ন তৈনবা ফল ওইরকপা অঙকপা নত্তে। লমকেৎপী থরগী লমচৎকী অকাম্ববু থিংনবা হকুম অদু থোক্নকপা ওইরম্বা য়াই। 'মরাইবক থীরবী ইচম চমজবী চীংমী চনু কয়াবু সহরদগী লাকপা অতোপ্পা কাঙলুপকী মীওই কয়ানা শান্নপোৎকুম থনবা, মচন মচে কয়াবু লুখাক তাহন্নম্বা অদু উরুবদগী হকুম অদু লাকথিবা ওইরম্বসু য়াই। অকাম্বা লীচৎ চৎপশিংবু ব্রারকপা, থিংবা মী পুন্নমক্কা য়ানীংফম থোকই।

অদুবু ইনথৎলকপগী ঈথক-ঈপোন্না হুমদুনা পুন্নবা লৈশা পাথংশিংগী মফমদদি তমথিরবা চৈফূ অমা ওইররে।



নুমিৎ অদু ঐ কাটিলা ইখরা লৈ। ইনাও ফজল মযুমদা চৎখি। হৌনক মরক ঐখোয়গী লৈকায়দু ইয়াং থরা লৈ। যু থকপা, জুরায় পাম্বা মীওই কয়া নহাওলোমশিংনা ফাদুনা থাররকই। কোলাসকী লমীনা হিগাহন্দুনা নেৎলি, শীংঙৈবাক্রা কষ্রি। মথোল মখেদি তাই, ঐদি অমুক্তা থোক্কুনা য়েংলুদে। কিরুবদি লৈতে। মরমদি ঐ নাম্দে। অদুবু পূক্নীং ইকম নুংঙাদি ঙমদে।

অদুন্না পূক্নীং তয়াং-তশোইনা লৈরিঙৈদুদা মপান্দা কনানো অমনা কৌরকই।

– ওজা, ওজা!

ফনা কুইনা খুমদে। খোঞ্জেল অদু মথা তারকই।

– ঐ অচৌনে।

ঐগী কলেজ তমলিঙৈগী মরূপনি। লাংদাংদা ওজা ওইবনি। মহাক্তি খঙবদগী থোঙ হাংদোক্লে। নহা অমসু য়াওই।

– চঙলক্লিব্রা, থোক্তদৌরিব্রা?

– ঙরাং চঙলকপনি হয়েং অয়ুক ঙস্না হনখিদবা য়াদ্রে। অচৌ, মহৌশাগা ইমান মান্নদে। মহাক্তি য়াম্না লাঙবা পামজবনি।

– চাক্তি চারক্লব্রা?

– চারক্লে। ঈশিং অশাবা লৈরবদি খিৎতা থক্লে।

ঐনা ঈশিং পুথোক্তুনা পী। ঈশিং অদু খৌরাংনা থকচিনখি। ঈশিং থকপা হেক লোইবগা হায়রকই।

– ঐগা লাকমিন্নরিবসি স্কুল অমতদা ওজা ওইমিন্নবা ইনাওনি। মোবী কৌই।

ওজা মোবীদু মমায় মমীৎ ইপোম পোম্বগুম তৌই। কা হেন্না চোকথবগুমসু তৌই।

– ফম্মু ওজা, হকচাং ঙমদবরা?

– ঙম্মী, তামো।

মোবীনা খুমলকই।

– তূমগে হায়রবসু তূম্মু।

অচৌনা খোম্বাংলকই – অহীং অনী অহুম ঙরবনি তূমলক্লিবা।

হায়ফাংব্রিঙৈদা মোবী ফমুং কাখৎতুনা তূমথখ্রে।

– কৈদৌরে, মোবীসি নারব্রা?

– কৈদৌনি, রোমিওনবু জুলিয়েটকী ৱাখলদা নাবনিদনা।

রোমিও হেক হায়রকপদুদা ভাব তারকই। নোংমা ৱারী পূম্বা অচৌনা শীরমই।

– ও, নঙগী রোমিওদু মহাক্রা?

ঐখোয়না শারিবা ৱারীদু মোবী তারিব্রা, তারমলোইদ্রা খঙদে। তূম্বা মাম্রা হিপ্লি।

– মখা ৱারী লৈব্রা?

– ৱারী লায়রি, মায়সি অমুক্তা তাথোক্কে।

করিগুম্বা খরাদি শোইদনা থোক্কে। মোবী তশেংনা তুমথম্রমান্নে। মফিকা অমতা হোংদোক্কে। মীৎকপ থোক্লগা মরাইনা হোংদোকচরনি খন্দুনা হৌদোক্লে।

য়াম্না ঈংনা তপ্পা উই। অচৌনা হায়বা চুমই, মশক্কু নুংশি। থম্মোয়গী ওইবা ইরাংদদি মোবীগুম্বগী মায় অসি য়াম্নমক চানে। বামন অয়াম্বা মুরগা ফনা ফজনা মুই, ঙৌরগসু কা হেল্লা ঙৌই। ঙৌবসু নত্তবা মুবসু নত্তবা মরক্কী কুচুসি খরা তাংই। অদুবু মোবীদি বামন মান্দে। মুসু মুদে, ঙৌসু ঙৌদে। লাংদাংগী জুলিয়েটনা ঙাওরিবদুবুদি কুচুদা ওইরমলোই। মমীৎ অদুদা শোইদনা ওইরমগনি।

– ফনা ৱাইহে, ভাই।

– কৈদৌরুরগে?

– অহীংসু তূম্বা ফংদবা, লাংদাংদগী খোঙনসু লাকপা। ঐগবু থেংনরমদ্রবা ঙরাংগী নুমিৎতা মা লোইরবনি।

ৱারীদু ময়ায় থিগাংদগী হৌরকই।

– মাদি অঙ্কতা তম্বীরমদ্রে। য়ুম্বানবসু তম্বীরমলে। মাগী জুলিয়েটতু থা মরিগুরে।

– হাই, অদুদি কমদৌরে, মতম মতাসিদা? জুলিয়েট অদুদি কমদৌহৌরে?

– য়েংহৈদে ভাই।

– নুপীমচাদুগী মমিং করি হায়বা?

– লসেংলা। মতৌ মানখিদ্রপোৎনি। ঈংলদনা, তপ্পদনা। অনীসে চপ মান্নবনি। মরীনসু চপ মান্ননা খাবা।

– ভাইগদি লৈমিন্নবনি খরা কন্না থিংবিহৌবা য়াদ্রো?

– সি য়ৌনা থিংনীংঙাই লৈতে। মমাদো ঐগী লৈকায় নিংঙোলনি। ঐঙোন্দা কন্না শিন্নরকপনি। মমানা মথক্তসু পোকপা। হৌজিক ফাওবা মমা তাহন্দ্রি। করিগুম্বা

তারবদি লোইগনি। মপাকা লৈরে, বামনগা ওইশিন্নে।

– নুপীমচাদুগী মমা মপাদি কমদৌরি?

– লৌবু লৌবিনি হায়রবদি মখোয়গীদি পামলিবনি। মখোয়না য়াদুনবু সি য়ৌরিবনি। ঐনা ফনা হায়বী। কৈসু তৌদে হায়। হৌজিক্তা আ য়ৌরবা কানদা মরোল চুমলক্রিবসিনি।

– নঙোন্দদি কনানা হায়রকই?

– মহাক্কী বাতাদগী ফারকপনি। নোংমা মহাক্না হংলকই – 'বামননা তাংখুল লৌবদা করি কায়বগে?' ঐ খাই লাউই। মীনা পঙহায় হায়জিনবরা খল্লম্বনি। নুমিৎ অদুদগীনি ঐনা মাগী ট্রান্সফারগী চৎলুরিবদু।

– য়াদ্রিবরা?

– ফল তাদ্রি। হৌজিক্তি ওর্দর থোকপা থোক্তবা চপ মান্নরে।

– কৈগীনো?

– নুমিৎ নীনী-হুন্নী শুরে, নহারোলশিংনা মাবু থিরক্রিবা।

– মোবীনা লৌবা শুমলরোই হায়রকপগী বারা?

– মাগীদি হৌজিকসু লৌগে হায়রিবনি। হুকুমদো, অদুনা য়াদ্রবা।

– অদুদি, নুপীমচাদু হুন্দোক্লম্নগা চেল্লক্লে?

– চেল্লকপা নত্তে, নুপী অদুনা থিন্দোরকপনি। মখোয়গী রোমিও জুলিয়েট, লৈলা মজনু, খম্বা-থোইবীগী বারীনা হেনবা নত্তে।

– চৎসি হায়বদি য়াদবরা?

– মহাক খঙই, চেন্দুনা হিংলোই। মহাক্না হায় – 'মহাকপু অমুক্তা কনবিয়ু ওজা। ঐগীদি কৈসু খনবিগনু'। ফনা থেম্বনি য়াদে।

– অমবু ওইরে, অমবু ওইরে, নুপীমচাদুবু থম্বীরম্বদুদি চুমদেবু।

– মরীন মতা অমনি ভাই। মহাক করম থোক্লমগদবনো খঙদে। ঐখোয়সু ইম্ফাল হেক য়ৌদ্রি ফাওবদি নাম্লোক্লে হায়বা য়াদ্রি। মাদি শিরবসু শিমিন্নহৌরগে, লৈহৌরগে হায়রিবনি। ঐনা নমদুনা পুরকপনি।

মহাক্কী বাতাদুনা ঐমক কিশিল্লক্লে। মখোয়গী নহারোলশিং অদুদি মফম খুদীং লৈবনি।

বারমান্নে অচৌবসু ঙাঙবা মখৈ ঙাঙলমলগা তুমথম্নে। ঐদি শুকতুমমক তুমহৌদ্রে। নোং ঙাম্লোক্লক্লে।

উচিন নাচিন্না অয়ুক অঙনবগী গাড়ীদা মখোয় চৎথ্রে। মদুদতা হকচাং অসি নে তাই। করিগুম্বা ঐগীদা মখোয় লৈ হায়বা খঙদুনা লাক্রম্বা তাব্রবদি পুন্নমক হিংলবগী য়াদি লৈতে।

মখোয় থিন্দোকললুরগা ইমুংদা চঙদুনা চাক থোংশিরা হায়দুনা চাকথুমদা চঙবতা ঙাইরি। কনানো অমনা কৌরকই। নুংশাথিরুরে। ওফিসকী দ্রাইভরনি। শ্বর হোন্দোকই।

– কৈদৌরে?

ঐনা হংই।

– ডি,ই,ওনা সোমদল চৎসি হায়রকই।

লাইকু অমনি। ইথত্ত কাটরদা লৈববুদি মদুনা হেন্না ফৈ। ফি পরপ পরপ শেৎচিন্নগা দ্রাইভরগী তুং ইরে। গাড়ী মনুংদা নুপী মচা অমগা মীয়ায় ওইরপ তৌবা নুপা অমগসু য়াওরম্মী।

– ডি,ই,ওদি কদাই লৈহৌই?

– ওফিসতা।

ওফিস তন্না গাড়ী থৌরক্লে। তুংদা ফমলিবা নুপাদুনা দ্রাইভরগা তাংখুল লোন্দা য়ারী শান্রে। লোইনমক লৌশিনবা ঙমদ্রবসু য়ারীদু খরা খরা খঙবা ঙমই।

– কনা কৈদৌরে হায়বা?

তুংদা ফমলিবদুনা খুমলকই – লাংদাংগী জঙ্গলদা নুপীমচা অমা শিদুনা লৈরমই হায়। হৌজিক্তা হোসপিটালদা পুখৎখি।

– কদায়দগী হায়বা?

– লাংদাংদগী।

অচৌহোইনা লৈবা খুন্দু লাংদাং হায়বনি।

ঐ মখা তানা হংদ্রে। ওফিস য়ৌরে। ইশা খঙহৌদনা অশাংবা শ্বর মপী অমা হোন্দোক্লকই।

– মখোয় অদুবু কদায় য়ৌরম্রদগে। ■

# মরি



অয়ুক পুং ১০ খরা হেনবদা সোমদল য়ৌরে। চীংগী লিরিবা নুংশিংনা খোঙ্গাং য়ৈনা পুরকপা সোমদল লৈশা-পাখংশিংগী পূক্নীং নুংওনবা ঈশৈনা ঐখোয়বু তান্না ওক্লি।

মসালুইপাই, ও, থিংরৈওন!
ও, থিংরৈওন, ভাইখঙাইভু।
ও, ভাইখঙাইভু কয়া লৈশিলো।
ও, লৈশিলো, নবুই ভাং কজতন।

**'মণিপুর সনা লৈময়োন, চীংনবু কোয়না পনশাবা'**

মৈতৈ অশৈবনা শৈথারম্মী। পনশাবত্তা হায়নীংদে, চীংনি মণিপুর অসিমক। অদুগী মনুংদা উঙ্গ্রুলদি চীংগী চীংনি। ফজবদি মীনম্বা য়াদে। তম্পাক্কী ফজবসু লৈ, চীংগী ফজবসু। খুৎশেমগী অহোংবা কয়ানা মোৎশিনবগুম তৌগ্রে তম্পাক্কী মহৌশাগী ফজবদি। অদুবু চীংদি ঙসি ফাওবদসু মহৌশা অমসুং খুৎশেম অনীনা লেঙ্গোম্রদুনা চৎমিন্নবগুম তৌরি। কোনশাং পরেংশিবীনি, তৈদনা খজাই তঙাংবী। ঙাইমু চীংদোম্দা লেপ্লু মায়কৈ মরি লৈনা লৈনা য়েংউ। মদুতদা উগনি চীংগী ফজবা।

উঙ্গ্রুলদগী সোমদল য়ৌবা লম্বীদা থেংনগনি উচানগী উমং। ঈশৈ শক্রমগনি, জগোয় শারমগনি উচান মনানা। চীংমাইদা, নেমনেম, য়াইপাল মপাল শাৎলমগনি।

উঙ্গ্রুলদগী সোমদাল ফাওবগী লম্বীদু লাকপদা অহীং তৃমলক্তবগী চোকথবা পুম্বা মাঙত্রে। অমুক্তা হেন্না হকচাং তেকখৎলিবদি নাৎকী ফিজেৎ লৈতেংলবী তাংখুল চনুরাশিংনা নোকমি নোকমি ঐখোয়বু ওক্তুনা লৈরম্বদু উবদনি। চৰ্চকী লম্পাক্তু পাখং লৈশাতনা পীক থল্লি। অরাংবা চীংথক্তগী য়েংথরকপদদি মচু মচুগী লৈশিংনা লৈমায়দা পুন্নপ কেনগুম্মী।

মফম অদু য়ৌরবা মতমদুদতা ঐনা লাক্লিবদুগী মরম খঙলকই। নহারোলশিংগী কুম্মে 'য়ারা ফনিট' লোইশিনবা নুমিৎনি।

ডি,ই,ওনা চিফ গেষ্ট ওইগদৌরি। ঐখোয়না হেক য়ৌবগা থৌরম অদু হৌরে। ডি,ই,ওদি ফম্বাক্তা কাখৎতুনা ফমখ্রে। চৌকিদা ফমথরবা মতমদদি হকচাং অসি ইমুন মুম্ভরক্রে। উচান মনাগী মনম্না তেকখৎলুরবা হকচাং উইথরক্রে। ফিবম অদুমক্তি মফম চাদে। মপানগী অঙ্গংবা নুংশিৎ ঙৈহাক য়েহন্নুগে হায়দুনা ঐ হোল অদুদগী মপান থোক্লে।

– ব্বারবরা, ওজা?

তুংলোমদগী খেঞ্জেল অমনা কৌরকই। ওম্মোক্তুনা য়েংবদা ইনক নক্লা মৈতে অমা লেপ্তুনা লৈরম্মী। উখিবগুমদি তৌরে। শক্তি খঙবা গুমদ্রে।

– ফম্বা ব্বারে।

ঐনা খুমই।

– কা চারুশি, ওজা।

ঐ কা পামই হায়বা খঙবগুম্না মহাক্লা হায়রকই। তশেংবসু কা চানীংদুনা লৈরম্বনি। ইবানি তুংথা মাংথা থোক্লকই। ঐনা মহাকী তুং ইল্লকই। খুন অদুদা লৈবা সরকারগী স্কুল অমদা ওজা ওইবনি। মশামক্তি মোইরাংদগীনি।

– সিদা লৈবদি কয়াম কুইরে, ওজা?

– চহী তরানীথোই হুমদোই শুজিল্লকদৌরে।

মহাক্লা খুমলকই।

– ট্রান্সফারকদি নোমদ্রবরা?

– মতম হেন্নে, ওজা। কৈদৌরুনি হৌজিকপু অমুক তম্পাক্তা কুমলদুনা, ঐ হৈনররোই।

– হায়রিসিবু খাইদসুম য়ুম-কৈকা পাম্দুনা লৈরজাংলা? নৎত্রগা ইমুং মনুং সিদা গুম্না লৈরবরা?

– ননাও নুপীদু তাংখুলনি। থবক হেক তোকত্রি ফাওবদি সিদাগুম লৈরগে খল্লে।

ইরাপ লাপ্তনা পান দুকান অমা লৈ। দুকান্দুদা চঙদুনা ইবানি কা চায়। দুকান অদু মৌনহা অমনা ফমলমই। মৌনহা অদুসু উখিবগুম তৌরবা শকফম ওইনা তৌই। ওজাদুগা মৌনহাদুগা তাংখুল লোম্দা য়াম্না খঙননা ব্বারী শাই। ঐঙোম্দা অমুক ওনশিল্লকই।

– ওজাবু অয়াওনা খঙই হায়রি। মহাকসু ওজা ওইবনি। সাইন্সকী ট্রেনিংদা মহাকসু য়াওখ্রে হায়।

অসিগুম্বসি তন্তনা থোকই। চহী অনীমুক ঐ ইম্ফালগী বেসিক ট্রেনিং কলেজদা ওজা ওইরম্মী। ঐনা সাইন্স সুপরভাইজর ওইরবা মতুংদসু ওজাশিংগী ট্রেনিং প্রোগ্রাম কয়া য়াওনবগী তাঞ্জা ফংখি। উক্রুল মক্তদা প্রোগ্রাম মঙাদগী তাদনা চংথখ্রে। মসিগী খুদোংচাবা অমনা চংলু চংলুবা মণিপুরগী মফম অয়াম্বদা ঐবু খঙবিবা ওজা অমা নংত্রগা অনীদি হেক্তা লৈরম্মী।

– শাউগনু ওজা ঐদি নীংশিঙলুদ্রে।

ঐনা খুমই।

– করিগী শাউগদ্রা? করিগী লাকপরা?

– ডি,ই,ওগী মতুং ইল্লকপনি।

– চা থকখিসি, ওয়া।

নুপীদুনা হায়রকই। ঐ চা অদুক হাকনা পামদে। অদুবু চাক লামশিনলকপগা করিগা থকপনা ফরদরা খন্দুনা খুমই।

– য়াইনে থকসি।

মৌনহাদু ইমুংদা চঙখ্রে। মখোয়গীদি ঈশিং অশাবদি মতম চুপ্পদা ফংই। হেক য়াহৌবগা ঈশিংদি মৈথক্তা থাঙ্গৎতুনা থমগ্রবনি। মৈসু মতম চুপ্পা মুৎতবনি। অদুনা ইকুই কুইদনা চা গিলাস অনী পুথোক্রকই।

– ওয়াদি ঙসি সিদা লৈগদ্রা?

চাদু পীনা পীনা হায়রকই।

– ঐদি হায়বা ঙমদে, ওজা। ডি,ই,ওনা লৈসি হায়রবদি লৈগনি।

– কুম্মৈদি নুংদাং তৌগদবনি। ঙসিদি লোইবা নুমিৎনি, জগোয় শাগনি।

তশেংবসু ঐদি কুম্মৈ য়েংনীংবনি।

– ডি,ই,ও চংগ্রবসু ঐগীদা লৈসি, কুম্মৈ য়াওগ্রসিদনা, ওজা?

মৈতৈ ওজাদুনা মখা তারকই। ঐনা অমুক হংই।

– করি করি কুম্মৈনো তৌগদৌরিবসে?

– ঐখোয়গী য়াওশংগুম্বনি, পাখং লৈশাবীগী কুম্মৈনি। থকমিন চামিন্নবা, পাখং-লৈশা ঈশে ফাংনবা, কোয়মিন্নবা, ফম্মিন্নবা, জাগোয় শাবনি। তাংখুলগী নাৎকী ওইবা কুম্মৈনি।

মৌনহাদুনসু পাংশিনলকই।

– হৌজিক কানদি, থাইনগুম নুংঙাইত্রেদা। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙেদু ফাওবদি খরা খরা নুংঙাইরম্মী।

অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ঐঙোন্দদি ইনৌনৌনা থোক্কদৌরিবনি। অদুবু হনবগী খল্লুবদা ঐ রা হেক তুপথোকপা ঙমখিদে। ডি,ই,ওদদি কৃষ্মে অদু অনৌবা নত্তে। অদুনা য়েংনীংবগী খৌরাংবা থোইনা লৈতে।

চাদু থুম্বনা ঐ চিংশিনবা রানা থোকই। রারবসু রানা চাক লাম্বদুগা, মৌনহা ওজাদুনা পিথক্লীংনা তৌবদুগা ঙমশিল্লে।

– কৃষ্মেদি চর্চতা শুম তৌগদ্রা?

– চর্চতদি মিতিং তৌবনি। কৃষ্মেদি বিয়ুটি কুইনগী ময়ুমদনি।

ফেব্রুয়ারী থাদা তাংখুলশিংগী চহীগী অহানবা খ্বাইদগী চাউবা কৃষ্মে 'লূইরা' পাঙথোকই। কৃষ্মে অদুদা চহী অদুগী, খুন অদুগী খ্বাইদগী মশক-মতৌ ফজবী লৈশাবী অমা খল্লি। মহাক অদুবুনি বিয়ুটি কুইন হায়রিবসি। বিয়ুটি কুইন অদুগী ময়ুমদা কৃষ্মে অসি হেক হেক পাঙথোক্লে।

– মহাক্তি কদায়দা লৈ?

– করিগীরা ওয়া?

– য়েংগনিদনা।

– হোরেন চাক চাফমদা শোইদনা উগনি। মহাক্কী য়ুমদনি চাক চাগদৌরিবসি।

খুন অদুগী য়ামগ্রবা মীয়ামদু য়ুম অদুদা চাগদৌরিবনি। নোংমতগী রা নত্তে, কৃষ্মে মনুং নুমিৎ মরিনি চাগদৌরিবনি। পুন্নমক অদুগী খরচ পুনবা 'লূইরা ফনিট' হেক লোইবদগী হৌনা খুনগী পাখঙ-লৈশাশিংনা শেন তানগ্রবনি। পুন্না থবক শূমিন্নগনি, মীঙোন্দগী নিগনি, খুন্নসু থায়নগনি। মখোয়গী কৃষ্মে অয়াম্বা থবক্কা মরী লৈনৈ। লৌ তাবা, লৌলিংবা, লৌখাউবা মখোয়গীদি কৃষ্মেনি। থবক্কা হেক মরী লৈনদবা চহীগী অচৌবা কৃষ্মে অমনা খিশান ফনিট কৌই। অশি-অনাগা মরী লৈনবা খৌরমনি। অমরোমদা হায়রগা মৈতৈগী ফিরোইগুম্বনি। কনাগুম্বা মী অমা শিরবা মতুংদসু মহাক্কী থরায় অদু য়ুম অদুদগী চৎথোক্তে হায়না মখোয়না থাজে। থরায় অদুনা অশি লমদমদা চৎখিনবা পাঙথোকপা কৃষ্মেনি।

অতোপ্পা তাংখুলগী কৃষ্মেশিংনা – লৌ লিংবগী কৃষ্মে – মংখপ, লৌ খাওবগী

কৃষ্ণে থরূশত্ত অমসুং চুমফুট নি। চুমফুটতি ঐখোয়গী কোৎলাই থাবগা চপ মান্নে। কৃম অমা চানবা কোৎতা হাপচিনখ্রবা ফৌ অদু চাবা হৌনবা পাণ্ডখোকপা কৃষ্ণেনি। কৃষ্ণে অদু হেক পাণ্ডখোক্লি ফাওবসি কোৎতগী ফৌ খাইদুনা চানদে। কৃষ্ণে অসি নুমিৎ হুন্নি পাণ্ডখোকই। চহী তরাগী হেক মথক্তা লৈবা নুপা পুন্নমক নুমিৎ নীনীদি অহীং অহীং লৌশঙদা লৈগনি। নুপাশিংনা লৌশঙদা লৈরিঙৈদা য়ুমগী নুপীনা ফৌ খাইগনি। মতম অমন্দি থৌরম অসি অরুবা তৌদবা য়াদবা অমা ওইনা লৌনরম্মী। ফৌ খাইবতা নত্তনা কৃষ্ণে মনুংদা খুন চণ্ডদুনা পুম্নি, ঈশিং খোংনচিংবদু শেংদোক্কনি। অনৌবা ঈশিং শিনগনি। খুন্দগী মশা খ্বাইদগী নানবী, মরম ওকপী নুপী অমবু ইহান হান্না ঈশিং হৈহনগনি। ময়ান্না, অরিবা ঈশিংগা খাইনবা অমসুং অনৌবা ঈশিংবু তরান্না ওকপগী ঈশে অমতা ওইনা শক্কনি।

চৎপ্রো হে, অরিবা,
তরান্না ওক্লিনে নঙবু, হে অনৌবা।

ফনা কুইনা দুকান্দুদা ব্বারী শাদুনা ফমলে। ঙৈহাক অমসু খোঙনা চৎতুনা লম য়েংলুরে। চীংগী লম্বীনিনা য়ান্না শাংনা চৎপদি ঙমদে। য়েংনীংবদি থুংনবা চৎতুনা য়েংনীংই। ব্বারী শানা শানা লাকপনা চর্চ য়ৌরে। চর্চ ফাওবদুগী লম্বীদা মী কয়া থেংনৈ। ওজাদুগদি কৌনদবা অমতা য়াওদে। তাংখুল লোন্দা য়ান্নমক খুৎলোইনা ব্বারী শাই। তশেংনা কন্নকই। ঐসু তাংখুললোন হৈনীংই। অদুবু ইহৈ হৈয়ু য়াদে।

– ওজাদি তাংখুললোন ফজনা ঙাঙলে।

– লোন অসি হৈনবা হোৎনবদনি, ননাও নুপী লৌরিবসি, ওজা।

– ইনাও নুপীদু থেন্নবা হোৎনবদা লোন তমখিবকাদি নত্তেকো।

ইবানি নোকমিন্নে। মী হায়বসি মান্নদে। খরা খঙগনবা, হৈগনবা হায়বা অমা লৈ। ঐ মক্তি কয়া হৈগনবা হায়বদু নত্তে। থৌশারুদবনসু মরম অমনি। থৌশারুন্নিবমক অসি অফবা নত্তে। তাংখুল অয়াম্বা মৈতৈলোন ঙাঙবা ঙমই। মখোয়না হায় – তাংখুল লোনগা মৈতৈলোনগদি য়ান্না মান্নবনে।

মান্ন মান্নবা ব্বাহৈ কয়া থেংনৈ। অদুবু লোনবতদি মঙমদ্রে। লোনতসু নত্তে, কলচরদা, চৎনবীদা, চাকচা ইথক্তা মান্নবা কয়াসু লৈ। মনুংগী পুক্নীংদি খঙদ্রে মপাঙ্খোংদদি মখোয়নসু তত্তনা হায় – নখোয় মৈতৈদি তাংখুলগী মনাওনি।

ৱাফম অসিগী অচুম অরান্দি ইতিহাস শূবশিং অমসুং অখণ্ড ঐহেনা লেপ্লসনু। ঐনা খনজবা হায়বা তারবদি মৈতৈ লাই হরাওবদা তাংখুল শাবা য়াওনা থৌরম পাণ্ডথোক্লিবা, মৈতৈ লুহোংবদা তণ্ডাইফদবা মচাক অমা ওইনা য়াওনরিবা 'লৈরুম' ফিনচিংবসি উরুরগা অনী অসি হাইফেৎ নকশিন্নরম্বা য়াই ফাওবদনি।

সোমদলদা মশীং য়াম্রা খুন্দাদুনা লৈরিবসি শিগ্রে শাগে অসিনি। ৱারীগী মতুং ইল্লবদি শিগ্রেশিংনা উগ্রুলদা লাকখিবগী ৱারীগা উগ্রুলদা তাংখুলশিংনা খুন্দারকপগী ৱারীগা অমতা ওইনা তৌই। মকলা হায়না খণ্ডনবা মখোয়গী খুনুং ঈশৈদা শিগ্রে কৌবা লাইওইরবা লিনগী বর ফংলবা নুপা অমনা লূচিংদুনা বর্ম্মাগী সমসোক হায়বা মফম অদুদগী উগ্রুল তান্না লাক্লুনা খুন্দারবগী ৱা য়াউরি। ঈশৈ অদুগী মতুংইন্না মখোয় অসি মখেলিয়ান গী চাদা নাউদানি। মখোয়না সমসোকতগী মথং মথং লাকপনা সোকভাও য়ৌরকখি। মতম খরা মফম অদুদা লৈরমলগা মৈজাইলুং হায়বা মফম অদুদা হোংখি। লম অদুবু মাভালুং হায়নসু খণ্ডনৈ। মফম অদুদা মখোয়না চাউরবা নুং অমা থেংনখি। নুং অদুদগী শিগ্রেনা মৈবা চিংদুনা মৈ পুথোকখি। মফম অদুদগী মৈ পুরগা শিগ্রে অমসুং মহাক্কী কাণ্ডবু অদু রু-ঙাতক তান্না লাকখি। কাইনথংদা শিগ্রেগী কাণ্ডবু অদু লোংপীদা খুন্দাদুনা লৈখি। মহাক্কী মচা মণ্ডশিং অদু মথং মথং ঙাইহঙা, ফদাং অমসুং শোংরান্দা চৎতুনা খুন্দাখি। সোমদলবু মতম অমদা শোংরান হায়না খণ্ডনরম্মী।

ও! মিলুং কথুই কলৈদা থুইথোইলো?
ও! সমসোক মরোক লৈদা থুইথোই,
সোকভাও-এ লৈদা শোক ঙভাও,
মৈচাই লুংলি মৈ শোক ঙয়ের,
রুঙতক লৈদা মি উংঙ য়ার
হুনফুন বুঙ খবর-অ
ও! হুনফুন বুংঙ খরর-আ
ও!-রোনর শিগ্রে নবুই
শাইলুন মশেনে ঔ ও!

ৱারী অসি ইতিহাসলা, নৎত্রগা ফুঙ্গা ৱারীরা হায়বদুমক্তি ইতিহাস শূবশিংনা লেপ্পনা চুমগনি। ইতিহাস ওইরম্বা য়াবগী প্রমান ওইনা উগ্রুল ডিষ্ট্রিকী কুইরে হায়বা

খুন অদুদা শিগ্রে শাখোঙ হায়না খঙনবা নুংগী প্লেট অমা লৈ। শিগ্রে কাঙবুনা মফম অদু হৌজিক ফাওবা চেকশিন্না থমলি। অতোপ্পা মফম অমনা শিগ্রে পেট অমসুং শিগ্রে কহাংনি। মফম অদু শিগ্রেনা শাতানবা চৎপদা য়ারদুনা তুম্ফম ওইখিবা মফমনি হায়। মফম অসি উগ্রুল্লদগী জেশামি য়ৌবা হাইরেদা উবা ফংই।

শিগ্রে নত্তবা তাংখুলগী অতে শাগে কয়ামসু উগ্রুল্লদা লৈরি। শিগ্রেই কাঙং হায়না খঙনরিবা মফম অসিদা ইহান হান্না খুন্দাখিবা শাগেদি কাঙং নি। হায়রিবা কাঙবুশিং অদুনা মমৈথংদা হুনফুনদা খুন হোংখি। হুনফুন হায়বদি হৌজিক ঐখোয়না উগ্রুল্ল হায়না খঙনরিবা মফম অসিনি।

হুনফুনদগী উগ্রুল্ল করম্না লাকখিবনো হায়বদুদি খঙদ্রে। চীনবুঙদা হায়নবা কয়া লৈ। নোংমা সাহেব থরা লম অসিদা লাকই। লম্বীদা নুপী থরনা য়ু থরুং অচৌবা অমা তেংথোক্লগা নুংশাদা ফৌদোকপা থেংনরম্মী। সাহেবশিং অদুনা নুপীশিং অদুদা হংই – করি লম কৌই?

নুপীশিং অদুদি সাহেবকী মরোল খঙদে। য়ু থরুং অদুবু হংলিবোইনীংদুনা খুমই – য়ু থরুংনি।

'য়ু থরুং' হায়বদু থোক্তবগী 'উগ্রুল্ল' হায়বা ওইনা লৌখি।

মসিসু হায়নবা হায়বদুনি। অতোপ্পা উগ্রুল্ল কৌখিবগা মরী লৈনবা ফুঙ্গা য়ারী অমসু লৈ।

মতম অমদা হুম্দুং খুল্লাকপগী মশক মতৌ ফজবী লৈশাবী অমা লৈরম্মী। খুল্লাকপাগী অমতা পোকচবী মচানুপীনি। তাংখুলগীদি লৌউবনা মখোয়গী অমতা ঙাইরবা শিনফমনি। লৌঙাকপা, লৌ শূবগী থবক নুপীশিংনা খিৎ নম্না তৌই। অদুনা খুল্লাকপগী মচা ওইরবু লবুক্তা চৎতুনা উচেক ঙাক্লম্মী। নোংমা মহাক্না লবুক্তা উচেক ঙাকুনা লৈরিঙেদা কদোমদগীনো খঙহৌদনা কুরাক অমা পাইরক্লুনা মহাকী থোইদৌদা তোংলরে। ফনা কন্না তাপ্লেকপা হোৎনজে, চৎপা কৌবা লৈতরে। লৌথোকপসু য়াদ্রে। অসুন্না ঙৈহাক তোংলমলগা কুরাক অদু মথন্তা পাইজখ্রে। অদুবু অরাবদি কুরাক অদুনা তোংলম্বা মতুংদগী লৈশাবীদু মীরোললে। লৈশাবীদু হায়ফম তৌফম

খঙদ্রে, তাইনফমসু লৈত্রে। ফোংবসু য়াবা নত্ত্র, মথক্ত্র কপ কপ্পুনা লেপ্রে। ফরিগুম্বা মপা খুল্লাকপনা খঙলক্লবদি লৈশাবীদু হিংবগী য়াদি লৈত্রে।

মথবায় নুংঙাইমন্দদুনা নোংমদি মহাক্না লবুক্তা চৎতুনা কুয়াক অদুবু কৌরম্মী। মশাদা ইল্লিবা করাওফি অদু থাদুনা ফমলগা লাউরকই – ইয়ান লৈজদবী ঐবু মীয়োল হল্লিবা নহাকপু কনানো? লাই ওইরবসু, মী ওইরবসু থোরক্রো।

লৈশাবী অদুগী অৱাবদু উরদুনা কুয়াক অদু লিনগী শক্তম লৌদুনা থোরক্রে। লিন অদু উবদা হন্দুং খুল্লাকপগী মচানুপীদু কিরে। লৈশাবীদুগী অকিবা মওং অদু উবদা লিন অদু মশক মতৌ ফজরবা পাখং অমগী শক্তম লৌদুনা মনাক্তা ফমলরে। পাখঙ অদু উবদা লৈশাবীদু কিবা ফরে। পাখং লৈশাবী অনীদু য়েংকা ওইগা ফম্মিন্নদুনা চামিন থকমিন্নরে, ৱারী ৱাতাই শাখরে।

অসুন্না মতম কয়া হৌখ্রে। থাশিং কুমশিং য়াম্রক্রে। অদুবু মপা-মমাবু কিবনা মহাক্কী ফিভম অদু হায়দোক্কে।

কয়াম কুইনা লোৎকনি? মকুম মথাগী মতুং ইন্না লোৎপা য়ারক্রে। মমা-মপা অনীমক মচাগী ফিভম অদু খঙলক্রে। খুল্লাকপা শাউবনা মৈ হৌরে। মচাবু চৈ-ঙাঙলদুনা নুপা অদুগী মরী মখোঙ হংলক্রে। মপাগী মমাংদা লোৎপা ঙমদদুনা অশেংবদু হায়দোক্রে। লাই ওইরবসু মী ওইরবসু ৱারী শাগনি হায়রে।

চেনবা য়াদদুনা লৈশাবীদুনা নুংতিগী মতৌগুন্না করাও ফি অমগী মথক্তা ফম্লদুনা মাগী নুপাদুবু কৌরক্রে। লাইবক থিবদি মাগী নুপাদু লাক্রে। মপা খুল্লাকপদু শাউবগী ঙমখৈ লৈত্রে।

– 'হয়েং ফাওবগী মনুংদা নুপা অদুগা উন্নহন্দ্রবদি হাৎকনি' হায়রম্লগা চৎখ্রে।

মপাগী মরিংজেন খঙবনিনা লৈশাবীদু নুংশা থিরে। অহীং চুপ্পা চাদ-থক্তা মখৈ কপ্পুনা লেপ্লে। মহাক্কী অৱাবদু উবদা নুপাদু মমঙদা লাক্রে। মহাকপু থেন্নদুনা হায়রকই।

– কপ্পনু ইবেম্মা, নঙনা কৌবা ঐ তাদবা নত্তে, তাই। অদুবু ঐ লাকপা য়াদে। ঐদি লাইনি, নঙ নত্তবা মী অতৈগা উন্নবা য়াদে। নহাকপু ঐনা নুংশিদবা নত্তে। নহাক্না মফম অদুদা লৈবা নুংঙাইত্রবদি ঐগী নাক্তা লাক্রো। ঐ নঙবু হুইমী খুনদা ঙাইরমগে।

ৱাহৈ খরসি হায়রম্লগা মাগী নুপাদু চৎখ্রে। মীৎকপ থোক্লকপদা কনাসু লৈবা উদ্রে। মপাগী নাক্তা কপ কপ্পুনা লৈগদবগী শরুকপুদি মপুরোইবগী নাক্তা চৎলগে

হায়দুনা অহীং অদুদা হুইমী তাগ্না লাক্রে।

হুইমীদা মহাক্কী নুপাদু থেংনরে। নুমিৎ কয়ানি চুপ্পা লৈমিন্নরে। থাশিং কূমশিং শুরদুনা খুন্নাকপগী মচানুপীদু মচানুপা অনী পোক্রে। অদুবু লাইবক থিবদি মচাঅনীদু হেক পোকপগা মপুরোইবদু য়ূম থাদোক্লুনা চৎখ্রে। অমুক হন্নকথিদ্রে।

খুন্নাকপগী মচানুপীদু মচা অনীদুগা চহী কয়া লৈরক্রে। মচা অনীদু নোংমা নোংমগী চাউখৎলকপনা পাথং ফাররক্রে। নোংমদি মচানুপা অতোনবদুনা মমাদা হায়রকই।

– ইমা, ঐ তমদা কূমদুনা তম্পাক্কী ফজবা য়েংলুগে।

অহানবদা মমানা য়ারমদে। মচানা হায়মল্লক্রবদুদি য়াথং পীরে। মচাগীদমক্তা মমানা ওক অমোম অমগা, য়াইঙং মনাও খরা,পাল মনাউ খরা, চাকয়োম, য়ুয়োম খরগা লোয়ননা চাউরবা ময়োম অমা পীরে। মমাগী য়াথং ফংবদা হরাওবগা লোইননা মচা নুপা অতোনবদু তম্পাক তগ্লক্রে। খরা চৎলবা মতুংদা মফম অমদা মহাক্না পুরিবা ওক অমোম অদুগা লাবা অমগা ওক্লখি। ওক অমোমগা লাবগা ওক্লখি হায়বগীদমক 'উগ্রুল' কৌখি।

তম্পাক্কী লম্বীদা মথং মথং অসুম অসুম লাকপনা থাশিং কূমশিং শুরদুনা ওক অদু মচা পোক্রে। ওক মচা পোকপা মফম অদুবুনা ওকপোকপী কৌরে। হায়রিবা মফম অদু হৌজিক ঐখোয়না য়াইঙংপোকপী হায়না খঙনরিবা মফম অসিনি।

তম্পাক হেক য়ৌবগা মহাক্না য়ূম অমা শাদুনা লৈরে। নোং য়াগ্না কন্না চুবা নুমিৎ অমদা কবুই মচিন মৌপ্পা অনীথক লম্বী চৎপা য়াদদুনা মহাক্কী য়ূমদা থুংলরে। নোং হাংবা কৌবা লৈত্রে। চৎপা য়াদ্রে। কবুই মচিন মৌপ্পাদু য়ূম অদুদা অহীং লেক্রে। অহীং অদুমক্তদা কবুই লৈশাবীদুগা শকখঙনরে। শক খঙনবতা নত্তনা নুংশিনরক্লুনা অনীদু লৌন লৈনরে। য়ূম অদুদা তাংখুল পাখঙ অদুগা কবুই লৈশাবী অদুগা নুংঙাইনা পানখ্রে।

ঐখোয়না চর্চ য়ৌবদদি মিতিং লোইরমলে। ডি,ই,ওনা ঐ লাকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঐ উবদা হংলকই।

– কদাই চৎলুরে?

– লম য়েংলুবনি।

ঐনা খুমই।

মিতিং হেক লোইবগা অহৌউবা চাক চরা অমসু চারে। অদুক য়ামগ্রবা মীয়ামদু পূন্না চাক চামিন্ত্রে। খুনগী লৈশাবীশিংনা ময়ামগী সেবা তৌই। তাংখুল লৈশাদি সেবাদা চোকথবা নাইদে।

– আদা মগ পাইদুনা ঈশিং য়েল্লিবসিনি কৃমশি চহীগী বিয়ুটি কুইন।

ফজে, তশেংনা ফজে। মতম চুপ্পদা নোকমী নোকমীতা তৌদুনা লৈ। মহাক্না তাদনা কনানা তাগনি! শক্তা নত্তে, শাওং শাদা চপ মান্নবা ফজে। তাংখুলদুম মান্দে। মমিৎ তরাও তরাওই, য়াতা ফজে, কুচু ঙৌই। মফম চানা খজাইদা দিম্পল অমসু লৈ। নোকফেৎতং তৌবদা দিম্পল অদুসু য়াওই।

মহাক উরগা নোংমা তাংখুল মরূপ অমনা হায়খিবা ব্না নীংশিঙলকই।

– তাংখুল লৈশাবীনা মশক ফদ ফজরবা; মহৈ হৈত হৈরবা তাংখুল নুপাগী ওইদ্রে।

মদুমক থোক্রোইদবগী ব্না লৈতে।

চাক হেক তোকপগা ডি,ই,ওনা হন্নবা শেম শারকই। ঐমক্তি নুমিদাং লৈদুনা কুম্মৈ য়াওনীংবনি। ওজা মরূপ অদুনসু কন্না খামই। ডি,ই,ওনা য়াদে। নোংমা লাক্কে হায়রম্রগা অদুম কাইনরক্রে।

অদুবু অমুক হন্না চৎলুবদি ঙমদ্রে। ফনা শাংবা ফাওবা তাংখুল পাখঙ লৈশাগী ঈশৈনা ঐখোয়বু থিন্দোকই।

মসালুইপাই ও, থিংরৈওন!

ও, থিংরৈওন, ভাইখঙাইভ!

ও, ভাইখঙাইভ কয়া লৈশিলো।

ও, লৈশিলো, নবুই ভাং কজাতনা।

ও, থিংলৈওন, মচাপ্পালো

ও, মচাপ্পালো, নিংযুই শরা

নিংযুই শরা শা-খরিং চিশাইভালি,

ননে কসলে, হি চোংমৈয়া।■

# মঙা



ব্রিনু বজারদগী নোংচুপ পাংনা হাইগৎখিবা লম্বী অদু খরদং চৎলগা পুলিস বজার লৈরে। হৌজিক্কা লম্বী অমনবা হায়না খঙনবা, তম্পাক তাবা ইম্ফাল উখ্রুল লম্বীনা, মপান ফরিঙেদদি পুলিস বজারসু মপান ফরম্মী।

পুলিস বজারদগী খবদং চৎলগা চীংথক্তা তাবা খুন অমা লৈ। খুন অদু খুঙ্গাও হায়না খঙনৈ। খুন অদুগী মচীন মক্তদা সেভিও স্কুল লৈ। উখ্রুলদদি য়াম্না মমিং লৈবা মিসন স্কুলনি। মরক মরক্তা ঐ স্কুল অদুদা হেক হেক চৎলি। স্কুল অদুদগী অৱাং পাংনা থক্তিক্তং চৎলগা লম্বী ময়ামক্তদা খুঙ্গাও খুল্লাকপগী য়ুম লৈরে। লম্বীদা লেপ্লুনা য়েংবমক্তদা য়ুম অদু উরে। মমায় নোংপোক ওন্নি, তাংখুল য়ুমশা হায়বদুমক্তি নত্তে। অদুবু য়ুম অদুগী তোপ তোপ্পা অমদি লৈ। য়ুম অদুগী মমায় মক্তদা মী মকোক্কী শরূ খরা থেন্দুনা লৈ। মদু ঐঙোন্দদি নৌনা থোক্রম্মী। অদুনা ঐনা সেভিও স্কুলদা চৎপা খুদীং য়ুম অদুদা ঙৈহাক্তা ওইরবসু চৎতুনা য়েংই।

খনবদি খল্লি, নোংমতং খুল্লাকপগা উন্নদুনা ৱারী শাগে। অদুবু মদুগী তাঙ্গা থক ফংদে। অমুক অনীরক অতম্রনা খুল্লাকপা উন্নগে হায়দুনা চৎলুরে। অমুক্তা উন্নবা ফংলক্তে। অদুবু উন্নদ্রবসু য়ারে। ঐনা খঙনীংলিবা পুম্বদু মতোং য়াওদ্রবা কোকশিং অদুনা হায়বগুম তৌরি। পাঙ্গলবা কনাগী কোকনো? মফম অদুদনা করম্না লৈরমলিবা?

খঙলুদুনা কৈদৌরুগনি?

মীংনহা য়াউদ্রবা মীংফম অদু অরৈবা মখে লাউথোক্রদুনা, চীঙ্গান্না খুমদ্রবা ময়াশিং অদু থিগৎলদুনা অচৎ-অওক্তা থৌনা ফবা কপংগী ৱারী তমলি। চোকথবা লৈতনা শোংরান খুনগী খরিমগী মগুন শক্তি।

সোংরান খরিম! রিকলুসু মৈরুঙমাননা,

মৈরুঙমাননা, ন রিলু, আই ফু থরামা।

কোক অমমমগী ৱারী অমমমনি। কোক চাম্নগী ৱারী চাম্ননি। ৱারী অমমমদা কোক কয়া কেনখিবনি। মতম অমগীনা থৌদোক্লি। ঙসিগীনা ৱারীনি। চায়নবগী চৎনবী, লুখাথাবগী চৎনবী লৈখিদ্রে। অদুবু তাংখুলশিংগী লূ-তোংদা কপং অমসুং মরিংথৈগী ঈদি ঈচেল কংবা লৈতনা চেল্লি। চীনবুঙ অমদগী অমদা মরিংথৈগী মতিক মগুন ঙসি ফাওবা শক্লি।

ও, লোংপী মরিংথৈও,

ফাকচাংলি নবুই শরাই মিরাই কফা

ইশভা নবুই রাইথত ঙসাহাওরা।

ঈশৈ অসিনা চহী ৩০০ মুক্কী মমাঙদা থোকখি হায়না থাজনবা কপং অমসুং মরিংথৈগী ৱারীবু তাংখুল চারোল শুরোন্দা লীরি। কপং অমসুং মরিংথৈগী ৱারী চুন্নগী চায়না ৱারী নত্তে পাঙ্গল অমসুং লৌশিংগী ঈনোৎ পীবা তাংখুলগী ৱারীনি।

ৱারী অদু হান্না তমখিবা তারি।

নোংমা, ঙারী হায়বা খুন অদুগী, পাঙ্গলদা মরিংজেন্দা মপা লৈতবা কপুঙো, পাউয়ি খুন্দা লুইরাগী কৃষ্মে য়েংবা লাক্লম্মী। মহাকপূ মীয়ান্না কপং হায়নসু খঙনৈ। লুইরাগী নুংঙাইবা থৌরমশিংগী মনুংদা মুক্লাসু অমনি। চুন্নগী মুক্লা নত্তে অঙম অঙম্বা হাৎতোক্লবনি। কপংনা পামজবসু কৃষ্মে অদুনি। চুন্না য়েংবা নত্তে, লম্বা থিদুনা কৃষ্মে য়াওবনি। ঙারী খুন্দদি কপংগা পাবিনবা লৈতে।

কৃষ্মে অদু য়েংবা লাক্লিবশিংগী মনুংদা লোংপীগী নিংথৌসু য়াওরি। লোংপী নিংথৌনা চীংলেন্না মীয়াম মরক্তা ফমদুনা লৈবদু উবদা কপংনা নাপলগা লোয়ননা শীংনরক্লম্মী।

– ঐ ঙারীগী কপং হায়বদুনি, হে লোংপী নিংথৌ, নরিন লৈরবদি থোক্লকউ নিংথৌ অমা ওইবগী ইকায়খুন্নবা ফংনবা ঐবু মায়থিবা পীজৌ।

লোংপী নিংথৌ লুইভাওদি কপংগা মায়য়োক্লদুনা লম্বা পাবগী থৌনা লৈরমদে। লৈপাক মমাঙদা ইকাই ফিরুক খুমলে। খুদক্তা মায়থিরে হায়বা য়াজবগী মগুংদা মখুন তন্না চৎখ্রে। মখুন হেক য়ৌবগা থৌদোক পূম্বদু মহাক্কী মরূপ মরিংথৈদা তমলুরে। কপংগী মপাঙ্গল মথৌনাগী মরমদা মরিংথৈ হান্নদগী তারবনি। অমুক্তংদি হায়দুনা শীংদুনা লৈবনি। তাঙ্গা চারে খন্নদুনা খুমলকই – মরূপপু শীংনরকপদি ঐবু

শীংনরকপগুম্বনি। ঙসি নোং ঙান্দ্রিঙৈগী মনুংদা কপংবু ঐনা মায়খিবা পীগনি।

খুদক্তা মরিংথৈ নিংথৌগা লোইননা পাওয়ি তম্রা লাক্রে। মী পিকচবতনি মরিংথৈ মরীন লৈবগী মতিক মরৌশিং লৈ।

লোংপীগী মরিংথৈ লাক্রে হায়বা কপংসু তারে। মরীন খাবা কপংনি। অরাংবা চীংদোম্দা লেপ্লদুনা মখোয়না লাকপদু য়েংদুনা লৈরম্মী। মখোয় থুংলবদু উবদা লাউরকই - থোকলকউ পাঙদবা লোংপী নিংথৌ, নিংথৌনবু অদুক পাঙদবরা? অদুক নরীন লৈত্রবদি করম্না নথুন ঙাক্কনি?

মরিংথৈনা মনাক্তা লেপ্লিঙৈদা লোংপী নিংথৌনা কনাবুসু কিবা লৈতে। কপংগী পাউখুম নাপলগা লোইননা পীরকই - তাউ, হে ঙারীগী শক্তি মচা। শক্তিগা নোংশাগদি খক লাম্বা পাদে। নঙগীদমক লোংপীগী খ্বাইদগী শোনবা শম্লাও অমা পুরক্লি।

চৈনা ফংলবা নোংশাগুম কপং মীয়াম মমাঙ মক্তদা থোক্লক্লে। কপংগী মমাং মক্তদা মরিংথৈসু লেপ্লরে। কপংগা য়েংনবদদি তশেংনমক শম্লাওগুম্না পিকশিনগ্রে।

মীয়াম্না হায়নরকই - নোংশাগা শম্লাওগা করম্না লম্বা পাগদৌরিবা?

মীয়াম পুম্বা মরিংথৈগীদমক বাবিরে।

মীয়াম্না খনবদুমক থোক্লে। অহানবা মায়য়োক্লবা মক্তদা কপংনা মরিংথৈবু থাঙ্গৎতুনা পুম্রে। অচৌবা নুংপাক অমদা লংথনবা থৌরাং তৌখ্রে। নুংপাক অদুদবু লংথরবা মরিংথৈ হিংবগী বাদি লৈব্রে। লোংপী নিংথৌ য়েংবদা বারে। মহাকথক্কী মম্লপ অমা শিবা তায়বোইদো খম্লুবদা লৈতাফম খঙদ্রে। মমীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা লৈখ্রে।

খঙহৌদনা মীয়াম্না খুবাক হৌনা খুরকপদা লোংপী নিংথৌদু মমীৎ পাঙথোক্লককই। ঙকখ্রে নিংথৌ। কপংনা করম্না মনম লৈবাক তারমলিবা! মরিংথৈনা করম্না নুংপাকথক্তা লেপ্পুনা লৈরমলিবা!

লোংপী নিংথৌ চেনশিনখিদুনা মরিংথৈবু কোম্লুরে। থোঙগী হৈশিংবদুতনা শামুমুক চাউবা কপংবু মায়খিবা পীরে। কপং ইকাই-নুংশি য়াম্লখ্রে। নাপল পুম্বা তেক্লে। অদুবু হনবা লৈতে। অমুক হম্না মুক্লা শাম্লনবা হায়রকই। পাওয়িগী নিংথৌনা মদুগী অয়াবা পীদ্রে। তাংখুলদি কৈদৌঙৈদসু মুক্লা অনীরক শাম্লদে।

কপং বাখল তৌরক্লে। তা চায়নসি হায়দুনা অমুক শীংনরক্লে। মদুদসু মরিংথৈ মাই হায়দে। মীয়াম পুম্বা মিপাইনরে। তা চায়নবদদি অমা নৎক্লগা অমদি শিবা

হায়বসি মশোয়ম্রে।

খুনগী ফমনাইবনা পীবা খোঙকাপ তরুক্কী খোঙফমদা অনীদু লেপ্লক্রে। মমাঙদা লেপ্লিবা কপংবু য়েংলদুনা মরিংথৈনা হায়রকই – ঙারী খুনগী ইতাও কপং, শীংনবা নঙনা হৌবনি, নঙনা তা লংজৌ।

মরিংথৈগী রাদু তাবদা লোংপী নিংথৌ রাখরে। ফমলম্বদগী হৌগৎলদুনা লাউরকই – ইতাও, মদু য়ারোই, মহাক্না শীংনবা হৌরকপনি। ইতাওনা তা লংগদবনি।

মতাওগী রাদু তাবদা মরিংথৈনা নাচুংবা পোক্তনা খুমলকই – থাংখ ফর থাংখ খি, ফাখ লপ্প খি, থরা শি। (নোংমদা পোকপা মচানা নীনী শিবা হৌনদে। পাঙদবা মীতনা তরারক শিবনি) হায়দোকপ্রবা রাদি অমুক হঞ্জিনফদে। রাক্লগনো ইতাও, লোংপী নিংথৌও।

লোংপী নিংথৌ উপাই লৈখিদে। হায়নবা মতুংইন্না, কপং নুংপাকথক্তা লেপ্লদুনা তা থৌশারক্রে। তা খুদুম চেৎনা পায়রদুনা মরিংথৈ তন্না লংলক্রে। মীপুম খুদীং ঙক্লরে। কপংনা লংলকপা তা মরিংথৈনা পায়দুনা লৈরমলে।

মপুন্সিদা মনম লৈপাক তারক্লবা কপং হৌজ-অনীরক্তা মায়থীরে। অদুবু হনবদি লৈতে। অমুক্তসু শীংনরকই।

– ফরে ইতাও মরিংথৈ, থেংখাঙ অনীদা নঙনা ঐবু মায়থীবা পীরে। য়েক্লবা মথাক থমফদে, ইপু-ইপাগী অহুমলক অমুক্তংগা মায়য়োক্লখিসি। নঙনা ঙমলে ঐবু হাৎলো, ঐনা ঙমলে ইতাওবু হাৎকে।

থৌ-রা ইশা শাদমখৈ খুমলকই মরিংথৈ – ঐদি ইতাওনা হায়বতা ইনবনি। ইতাওনা ফৈ হায়বদু ঐসু য়াই।

মরিংথৈগী রাদু তাবদা কপংনা মখা তারকই – হম্দক্তি ইতাও, অকক্লবা নুমিৎ থানগুমসি। ঐনা ঙমলে নশামক্কী লবুক্তা নঙবু হাৎকে। নঙনা ঙম্বা মতাং থোক্লে ইশামক্কী লবুক্তা ঐবু হাৎলু। নঙগী ঐগী লবুক্লি খঙনবা খুদম অমমমদি থম্লসি।

রাফম অসিদা য়াম্লরগা লোংপী নিংথৌগা লোয়ননা মরিংথৈ মায়পাকপগী পজেং পুদুনা মখুন্দা হনখ্রে।

নোংজু মতম য়ৌরক্লে। লৌ তাবা হৌনরে। লমন খুন্নীংবগী মৈনা খাঙঙমদ্রবা কপং মরিংথৈগী লবুক তন্না লাক্লে। মফম খুদীং থুংনা চৎতুনা মরিংথৈবু থিরক্লে। মতম অদুদা মরিংথৈদি অরাংবা চীংদোম্দা লেপ্লদুনা কপংনা তৌরিবা পুন্নমক্তু

য়েংলি। তাঞ্জা চায়ে খল্লদুনা মরিংথৈনা লাউরকই – লোংপী খুঞ্জা পুন্নমক থোরক্লো, য়েক্লবা লৈয়ে। মহাকপু লেপ্পা থারনু।

মরিংথৈগী খোঞ্জেল তাবদা খুঞ্জা পুম্বা চেপ্লেক্লক্লে। কপং চেনবা নত্তনা উপাই লৈখিদ্রে। মথৱায় হিংনবা চেনখ্রে।

হন্দক্তি মরিংথৈগী পালি লাক্লে। নুমিদাং অমা লোংপী নিংথৌগা লোইননা কপাংগী লবুক্তা থুংলরে। থাবলনা ককচেং চৎপা উবা মখৈ ফৈ। মথুংতা তাদু খুদুম চেৎনা পায়রদুনা মরিংথৈ কপংবু থিরক্লে। চীংথক্তগী লবুক তন্না চেম্বরকপা ঈশিং মখোলগা হৃঙোইগী ঈকৌ ঈশেগা সৈফাংনরি। অনীগী শৈফাংখোম্না অহীংগী অচিকপগা শীংনরি। কপংদি শৈফাংখোনগী মরুম থুথুনা মশানা শেমজবা কোম অমদা নাখোকপা মখৈ নীংঙাইদনা তুমলি।

ৱাশক্লা পুন্নবা মরিংথৈনি। অহীংসিনা লোইহ্রিঙৈ কপাংগী মকোক্তা মশাগা তোঙান তাহনগনি ৱাশকখি। মদুসু হায়নখিবা মতুং ঈন্না লবুক অদুমক্তদা পাঙথোক্কদবনি। কোয়না থিবদা ফংমল্লক্লবদুদা লোংপী নিংথৌ নুংশা থিরক্লে।

– ইতাও, অহীং অসি তঙখায় চনখরে।

নিংথৌগী নুংশাথিবা মতৌদু উরদুনা মরিংথৈনা খুমলকই – ইতাও, শনাউ অমা হাংপবু করিনো, মিংকুপ অমগী মতম ফংলগা লোইরেনা।

চীন্দদি ৱাহৈ অসি হায়রবসু মরিংথৈ নুংশা থিদবদি ঙমদে। – অহীং অসি লোইখিবনা হান্নবদি কমদৌবা? চৎনা চৎনা খল্লি, খল্লা খল্লা চৎলি। মরৌশিং লৈবা মরিংথৈনি। খনবা মখৈ খল্লবা তুংদা লংজীন অমা ফংবঙম তৌরে। অহীংগী অচিকপবু থুঙাইহিবা লোক্কী ঈচেল মখোল অদু পল থিংদুনা খুদক্তা লেপহল্লে। তান নাইনা খোংবা হৃঙোইগী খোঞ্জেলতমক ঙাইহৌরে। না থাঙ্গৎতুনা তাই, মরিংথৈ। তান নাইবা হৃঙোইগী খোঞ্জেল মরক্তা তানকায় খোঞ্জেল অমা তারক্লে। খুংগু তাদু চেৎনা পায়খৎলি। খোঞ্জেলনা লাকপা মায়কৈদা চঙশিল্লি। নীংলম্বদুমক চুমলে। কোম অমগী মনুংদা কপং ইশি শি মখৈ নাখোক্তনা তুমলি।

থিম্নবা তৌদনা মরিংথৈ কোম মনুংদা কুমথদুনা তুমলিবা কপংগী মনাক্তা য়ুংলিবা তা অদু লৌথোক্লুরে। হয়ান লান্নাদা য়েক্লববু লোইশিনবা মরিংথৈ পামদে। অদুনা চীংদোং অমদা লেপ্পদুনা লাউরক্লে।

– মীৎকপ থোক্লোনে হে ইতাও! নতাও মরিংথৈ লাক্লে। নচন নুপীনা য়োম্রকপা চয়োম য়াওরি। কজাইরমদা চৎপদা পাঙ্গল ওইনবা কালৈ য়ুবু অয়াকপা

পুরক্লি। থাবল ফরবা ইতাওগী লবুক অসিদা চয়োম অহাওববু খোক্নুনা চামিন্নসি, য়ুবু অয়াকপা থকমিন্নসি।

খংপ্রেক খংই কপং। তৃমলম্বদগী ফূক হৌগংলি। শাদা হৈবা, লাম্পা থৌবা কপংনি। শারম, লানলম খঙবনি। মখূৎশু তা থিরকই। য়েক্লবনা খোঙফম শেম্বা হানখ্রে। অদুবু মায় ওন্দুনা চেনগদবা কপং নত্তে। কম্বি থোক্লা লাউরদুনা খোঞ্জেলনা লাকপা মায়কৈদা চেনশিনলক্রে।

কপংগী লাললাউ তাবদা উশাদা য়ায়েক্রম্বা উচেক-ৱায়া পুন্নমক মীংকপ থোক্রে। তুন্নম্বা শা-কৈ মখৈসু হৌগংতুনা মমীং মনা তথক-তথক য়েংদুনা লৈরক্রে।

হায়নরুবা তৌদনা নোংশা অনীদু কোন্নরক্রে। খূংলাই পায়নদে। পাম্বোমগা পাম্বোমগা পায়নৈ, খোঙগা খোঙগা কাউনৈ। অমনা অমুক মথক থংই, অমনা অমমুক থংই। নোংমদোন তক্কী থাজসু মাগী খোঙচং লেপ্তুনা য়েংবগুম তৌরি। লোংপী নিংথৌ মখূৎতা থৌরী মকোন অমা পায়রদুনা লুমদুনা কৃম্নেগুম য়েংলি। তাঞ্জা য়েংলদুনা লোংপী নিংথৌনা থৌরী অদু মরিংথৈদা পীরকই।

কপং মরিংথৈগী মখূৎ চনখ্রে। মদু ফাওবা কপং হন্দে। তাঞ্জা য়েংদুনা লোংপী নিংথৌগী থবাক্তা কাওরকই। শাফূ কন্না কাওরকপা কপংগী খোঙপাক্লা পানবদা লোংপী নিংথৌ লবুক্তা লোংনা হাইথখ্রে। মদু উবদা কপং খেক্লা খেক্লা নোক্লদুনা করেন্নরকই।

– ঐদি মাঙজরেদনা লোংপী নিংথৌ, কুম অমা চানবা থাজবা ফৌ পুম্বা নঙনা নৈথাইবিরে। ঐগী নুপী, ইচা-ইশুশিংদি করি চাদুনা হিংগনি?

কপংগী উশিং থওইদবা ৱাঙাঙদু তাবদা মরিংথৈ খাঙবা শুমদ্রে। খূদক্তা কপংবু লবুক্তা, ফৌনাশিংগী মরক্তা লংশিলক্রে। কপং ফৌ পাম্বী মরক্তা উপ্না তারে। মদু উবদা মরিংথৈনা করেন্নরকই – ইতাও নঙদি করিনো, নশানা থাজবা ফৌবু মহে য়াম্রিথৈ চাথোক্লগে খল্লবরা?

লোংপী নিংথৌ তুরম্বদগী হৌগংলদুনা থৌজিল্লকই।

– ইতাও, শক্তিক চাবা শন অদু লেন্না থাগনু। কজাইরম চংপা থেংথিনি। মশানা পামজবা মশাগী লবুক অসিদা মশাগা মকোক্লা তোংঙানহল্লু।

মরিংথৈনা খূমলকই – হাংপা য়াম্রি ইতাও, লবুক্কী উচেক ঙাক্লবা পুগে খল্লে, লোংপীদা।

শিখিবনা ফরবা মায়থিবনি। লম হেল্লি হায়দুনা কপংগী মমীৎ অনীদু কোৎথোক্রে। ঙৈহাক্তং তুমথোক্নগা ঈংনা তপ্পা হাৎসি হায়দুনা মরিংথৈ তুমথব্রে। অকি-তুজুং অমতা লৈতনা লোংপী নিংথৌসু তুমথব্রে। অদুবু কপংদি তুম্বা য়াদে। মখোয় অনী তুমথব্রে খঙবদগী তপ্পা তপ্পা মৈনাক্তা চঙলক্রে। পুল্লিবা থৌরীদু থাদোক্রে। মখুৎতা পুন্নম্বা থৌরী নাম্বেক্রবা মতুংদগীদি মা মাদুনা তা থিরক্রে। তুমদুনা লৈরিবা লোংপী নিংথৌগী নাকন্দা য়ুংলিবা তা অদু থেংনরে। মতম মাঙহন্দে। খুদক অদুমক্তদা তা অদুনা লোংপী নিংথৌগী থবাক্তা থিনজিনব্রে। অমুক্তং হৌনা লাউরম্রগা লোংপী নিংথৌ লৈমায়দা হায়থব্রে।

নিংথৌনা লাউবদু তাবদা মরিংথৈ মীৎকপ থোক্রে। মহাকী নুংশিজরবা মরূপ্পা লৈমায়দা তাদুনা লৈরম্বদু উবদা মরিংথৈ অয়াকপা খোল্লাউ লাউরদুনা কপাং তন্না চেনশিলক্রে।

– ইতাও লোংপী নিংথৌ, ঐ নঙবু কনবা ঙমহৌদ্রে। অশিলমদমদা মথন্তা চৎপা য়াগনি। পুথ্রো ঙারী মচা অসি পোৎ পুননবা।

য়াহে অসিগা লোয়ননা মখুৎতা পায়রিবা থাঙ অদুনা কপংগী মকোক্তা মশাগা তোংঙান তাহল্লে। মদুনসু পেন্দ্রদুনা মরিংথৈনা থবায় য়াওদ্রবা কপংগী হকচাং অদু মকক মকক ককথৎলে। মককশিং অদু অমমমতা ওইনা পায়রদুনা মায়কৈ মরিদা লংলক্রে।

– ও, শিরি শিরা নথুম ভাংখো।

মতাও হাৎখিবগী লমন খুম্বা মদুনসু লোইদ্রি। কপংগী শাগে নাতে, ইমুং মনুং পুম্বা থিদুনা অমমমতা ওইনা হাৎলক্রে। কপংগী মচানুপা মরিমক হাৎব্রে। মচা নুপী অদুদি থিবা খঙদ্রে। মরিংথৈ হুম্বা লৈতে। কোইথি থিরকই। মরিংথৈগী মখুৎতগী কনানা নাম্বেক্লনা চেনবা ঙমগনি?

তশেংবদি, মমা-মপা কায়নরবা, মবুং-মৌপা, শাগে নাতে পুম্বা শেৎনরবা কপংগী মচানুপীদু চেনবা নত্তে, লোৎপসু নত্তে। তমথিরবা মরিংথৈগী মখুৎতা থবায় থাগদবা মরেরে। শিদ্রিঙৈগী মনুংদা মপাগী হকচাংগা শেৎনরবা মায়থোং অদু অমুক্তং ওইরবসু য়েংজহৌগে হায়দুনা খোঙ্গুল লীরকপনি। উনীংবদু উরে। নুপীগী মপোক্তা পোকলুই। পাঙ্গলদা তমথিরবা মরিংথৈগা লম্বা পানবগী মতিক্তি পীরমদ্রে।

কপ্পগী ঙমথৈ লানব্রে। পিদি অতৎ অথম লৈতনা শিন্থুরি। অঙাওবীঙম্না লৌরী থক্তা ঈশে শক্র শক্রদুনা চৎলি।

ও, লোংপী মরিংথৈও,

ফাকচাংলী নবুই শরাই মিরাই কফা,

ইশভা নবুই রাইথত ঙসাহাওরা।

*(ও, লোংপী মরিংথৈও, অঙকপনি নঙগী য়েক্লববু মায়থিবা পীগম্বা থৌনা)*

য়েক্লবা হাৎপদা হালেংবা লৈত্রবা মরিংথৈ, মখূৎতা ঈ তৈরবা থাঙ অদু পায়রদূনা, থেংনবা মফমদা হাৎলূরগে হায়দুনা লাকপনি। ঈশে অদু তারুবদগী থাঙগী ময়া কুম্বগুম তৌখ্রে। য়েক্লবগী মচা ওইরবসু শিঙ্গরিবা পি অদুদি মীওইবগীনি। মরিংথৈসু মীনি। পি উবদা নৌরোইদবা পূক্নীংদি কনাগী লৈ? তপ্লা তপ্লা ঈ তৈরবা থাঙ অদু লুকথনা পায়রদূনা চঙশিলক্রে।

– লাইগী মচাগুম ফজবী হে কপংগী মচানুপী, কিগনু। ঐ নহাক্কী নমা-নপা, নবুং-নৌপা শাগে-নাতে পূম্বা হাৎপা নহাক্না শৈথারিবা মরিংথৈ হায়বদুনি। নহাক্কী ঈশে অদু তাবদা ঐ পেন্নে। ঐবু নপামক্কি খল্লু। য়েক্লবগী মচা ওইরবসু নঙবুদি ঐনা কনবিরবনি। অদুবু নহাক্না মতম পূম্বদা ঈশে অদু শকপা তাই। খঙউ, করিগুম্বা ঈশে অদু শকপা হেক লেপ্লদা নহাকপুসু নপাগী মনাক্তা থাগনি।

কপংগী মচা নুপীদু হিংহৌরে। মরিংথৈ লোংপী নিংথৌগী থরায় য়াওদ্রবা হকচাং অদু পুরদুনা লোংপী খুন্দা হনখ্রে।

চহী কয়া হৌখ্রে। মতমগী মতুং ইন্না মরিংথৈ অহল ওইশিলক্রে। পাঙ্গল ময়েং তারক্রে। অদুবু হিংবগীদমক্তদি ব্রানীংঙাই লৈতে। নহা ওইরিঙৈ, পাঙ্গল ফরিঙৈ তানশিনহৌবা লনতনা লেম পান হিংলি। শননা শঙ্গোন থগ্না লৈ। খুন কয়ানা তৌবিমলগীদমক পীরকপা লোইপোৎতনা পূকে পুন্নমক পানা লৈ। লোইপোৎশিং অদু খোমজিনবনা অহল ওইরবা মরিংথৈগী মথৌ ওইরি।

নোংমা মরিংথৈ রচাই খুন্দা লোইপোৎ খোম্বা চৎলম্মী। মহাক্না লোইননা মহাক্কীদা শন শেন্নবা লৈবা নুপা মচা অদুসু য়াওরম্মী। মরিংথৈনা নুপামচা অদুবু মগুতা মগুগুন্না লুনা তৌজে।

মখোয়না লৌরুগদৌরিবদু থুম থুমোক অমতনি। মতম অমদা মরিংথৈনা খুন অদুবু তমথিরবা কৈ অমগী খয়াংতা তারগদবদগী কনখি। মদুগীদমক খুন অদুনা মহাক্না হেক হিংলিবা মথৈ থুম থুমোক অমমম পীগনি হায়না রাপকখি। লোইপোৎ অদু মরিংথৈনা চহী খূদীংগী খোম্বা চৎলি। খুন অদুনসু তৌবিমল অদু কাউবা লৈতনা মরিংথৈনা হেক লাকপগা পীননবা থাজুনা থমই।

থুম থুমোক অদু পুরদুনা রচাই খুন্দগী মশু মপু হলক্লে। থুম থুমোক অদু নুপামচা অদুনা মনঙ্গলদা পোরদুনা তুংথা মাঙথা লাক্লম্মী। অসুম লাকপনা মরিংথৈগী খুনগী থোঙ্গাল য়ৌরে। মফম অদু য়ৌরকপদা নুপামচা অদুনা হায়রকই

– অরো, পোৎসি য়াম্না লুমলে, অমুক্তা থাগে।

মশুগী বাদু তাবদা মরিংথৈ নোক্লম্মী।

– নুপানবু অদুক পাঙদবা! ঐ নৈরিসিদি, থোঙ্গৎলকউ ঐঙোন্দা।

থুম থুমোক অদু মনঙ্গলদা পোরদুনা মরিংথৈ চৎপা হৌরক্লে। থোঙথাং অহুম মরিতা থাংবতা ঙাইরি ইখঙ খঙহৌদনা তুংদগী লাউরকই – নহাদে, কপংগী মশুদে, ইমাগী বাশক ঙাক্লবা, ইপুগী মংশৎ তান্নগে, য়েক্লবা মরু ফুক্লপে।

থোঙ্গেল অসিগা লোয়ননা মখুৎতা পায়রিবা থাঙ অদুনা অহল ওইরবা মরিংথৈগী থবাক্তা থুম্না থিংজিন্নে। লমহুইগুম নৌশিংবা, নোংশাগুম পাঙ্গলবা লোংপী মরিংথৈ নৌরিবা অঙাং অমগী মখুৎতা থরায় থাম্রে। লায়না মখাক য়েক্লবা মচিৎ হায়বদু চপ চানা থোক্লে।

কপংগী মচানুপীগী মফমদদি কোথক্তা থোংগৎতুনা নৈরম্বা লুমলবা পোৎলুম অমা থাংথবগা চপ মান্নখ্রে। মহাকথক ঙমলক্লবা মপা-মমা, শাগৈ-নাতৈ তুম্না হাৎখিবগী লমন মচানা ইরাই লাইনা খুমলে। কপংগী মচানুপী মখা তানা ঈশৈ শকখিদ্রে। অদুবু মহাক্কী ঈশৈ অদুদি ঙসি ফাওবা চীনবুং অমদগী চীনবুং অমা তন্নরুবা নৈতনা শক্লরি।

অসুম্না লমন খুন্নবা অসি কয়াম কুইনা চৎথখিগনি? মরিংথৈগী মচা-মশুশিংনা অমুক লমন খুমলক্লরোইদ্রা? করিগীনো তাংখুলশিংনা মীওইবগী কোক্কী শরুশিং অসিবু অসুক চেকশিন্না থমলিবা? চাইনবা, হেদ হন্টিংবু অসুক খোয়দারুরিবনা করিগী?

খৎন-চৈনবা, লান মীওইবগী ইতিহাসতা অনৌবা নত্তে। লান হায়বসি অনম তান্নবনি, লমন খুন্নবনি, হাৎন-শুনবনি অপান্বা অমা ফংনবা কাঙলুপ নাইনদুনা খৎনবদু লাননি। কাঙলুপ অনীমক অমনা অমগী য়েক্লবনি। য়েক্লববু মায়থিবা পীবনা লানগী পান্দমনি। ঙসি মরূপ ওইরম্বা হয়েং য়েক্লবা ওইরোই হায়নীংঙাই নৈতে। ঙরাংগী য়েক্লবনা ঙসি মরূপ ওইরোই হায়নীংঙাইসু নৈতে। তাংখুলগী লানসু মসিদগী তোপ্পা নত্তে।

লমগীদমক লান শোক্লে। মশাগী ইকাইখুন্নবা ফংনবগীদমক লানথেংনৈ। নাংকী ওইবা ইরাং পূজগীদমক লান তৌদুনা, লুখা থানবা মীগী মকোক ককই।

তাংখুলদি য়েক্লবগী কোক অসি থক মাঙহন্দে। মায়পাকপা, থৌনা ফবগী পজেংনি। অদুনা কক্লবা য়েক্লবগী কোক অদু ময়ূম ময়ূমদা পুদুনা লাকই। মসি মখোয়গী চৎনবীনি। চৎনবী অসি ঙাক্তবদি তাংখুল খুনাইনা চৎনবী ঙাক্তবগীদমক চৈরাক পী। অদুনা তাংখুলগী লানবু হেদ হন্টিং হায়নসু খঙনৈ।

তাংখুলনা হেদ হন্টিং পাঙথোক্লব্গী থোইদোকপা মরম কয়ামুক লৈ। মখোয়না কোকপু মমল য়াম্না লৌই। লৈপাক লৈহাও চেলহনবা, চাথোক হেঙ্গৎহনবদা মীওইবগী কোক তঙাইফদনা চঙই হায়না থাজে। অতোপ্পা খুনগী মী মকোক অমা কৎতুনা ইরাংপূজা তৌদ্রবদি মহৈ মরোং চুমদে, চাথোক লৈতে হায়বসি মখোয়গী অচেৎপা থাজবা ওইরম্মী। অদুনা লৌতাবা হৌরমদায়দা খুন অমগী মীনা অতোপ্পা খুন্দা চৎতুনা মীহাৎপগী চৎনবী লৈরম্মী। নুপাগী কোকতগী নুপীগী কোকনা নৎত্রগা শমনা অমুক্কা হেন্না লৈহাও হেঙ্গৎহনবদা মতেং ওই হায়নসু থাজনৈ।

য়েক্লবা মশীং খাইদগী য়াম্না হাৎপা মীওই অদুবু তাংখুলনা ইকাই খুম্রে। য়েক্লবা মশীং য়াম্না হাৎপা ঙস্বা মীওইনি হায়বসি চীননা হায়বতনা চৎনদে। মহাক্লা হাৎখিবা মীওইশিং অদুগী মকোক পুরক্তুনা উৎলবদতা অচুম্বনি হায়না খঙনৈ। অদুনা মখোয়না মকোকশিং অদু তঙাই ফদনা পুরকই। মকোকশিং অদু য়ুমগী হেক চঙফম মক্তদা, মীনা উগদবা মফমদা থেক্তুনা থমনৈ।

অতৈ মরুওইবা হেদ হন্টিংগী মরম খরসু লৈরি। হায়নখিবা ব্বা ঙাক্লদ্রবা, মতিক চাবা মরম পীবা তৌদনা নুপী অমবু হেক্তা খাইনয়ক্লবদি অঙম অঙম্বা হাৎতোক্লবা য়াবগী চৎনবী লৈরম্মী। নাংকী ওইবা থাজবা কয়ানসু হেদ হন্টিংগী চৎনবী অসিদা মতেং পাংই। মখোয়না থাজে শিরবা মতমদা থবায়না অশিলমদমদা চৎলি। শিরিবা মীওই অদুনা অশিলমদমদা নুংঙাই-য়াইফনা পাল্লুনবা হিংবদা চঙবা পোৎচং কয়া হিংহৌরিবশিংনা তমই। পোৎশিং অদু অশিবদুনা অশিলমদম তাল্লা পুদুনা চৎলি হায়বসি মখোয়গী থাজবনি। করিগুম্বা শিরিবা মীওই অদুনা হিংলিঙেদা মী য়াম্না হাৎখিবা ওইরবদি, মহাক্লা হাৎখিবা মীওইশিং অদুনা পোৎশিং অদু পুই হায়না থাজে। থাজবশিং অসিনা মরম ওইদুনা শিরবা মতমদা পোৎ পুনবা, অশিলমদমদা সেবা তৌনবা মী হাৎতবা য়াদে।

মরম অমা নৎত্রগা অমগীদমক মী হাৎপগী চৎনবী কয়া অসি লৈরম্বনা নুপা খুদীংমক মথৌনা লৈবা, মপাঙ্গল ফবা, শা-লান হৈবা মীওই ওইদবা য়াদে। মশাবু য়েক্লবদগী কনবা ঙমজনবা মমা-মপা, মচা-মশু, নুপী-অঙাংশিংবু ঙাক শেন্নবা মতম পূম্বদা শেম শাদবা য়াদে। ফিভমশিং অসি লৈবনা নুপীনা নুপা খনজবা মতমদসু মহাকপু কনবিবা ঙমগদবা য়েংদুনা খনবা তাই। পাখঙ অমবু মথৌনা লৈবা, নুপী-অঙাংবু কনবা ঙমগদবা মীওইনি হায়বসি মহাক্না হাৎখিবা য়েক্লবা মশীংনা লেপ্লী। পাখঙ ওইরিঙেদা মী অমতা হাৎপা ঙমদ্রবদি পাঙদবা, অয়ম্বা মীনি হায়না লৌই, নুপীশিংনা নুপা ওইনীংদে। য়েক্লবা হাৎপা ঙম্বা মীওইনি হায়বসি মীয়ামদা খঙহন্নবা মহাক্না হাৎপা মী অদুগী মকোক ককতূনা পূরকপা তাই।

পাখং অমগী পুক্সিদা মী হাৎত্রিবা অমগা, হাৎলবা অমগা ফিজেৎসু মান্নদে। কুম্মৈ ফিয়োংগী মতমদসু ফমফম তোঙান্না থমনৈ।

হেদ হৃন্টিংবু কৌরবসু, চায়নববু কৌরবসু, লানবু হায়রবসু মরম লৈতনা, নিয়ম য়াওদনা পাঙশোক শোক্লবা লান্দি নত্তে। মরুওইনা তাংখুলগী লান অসি মখল মরি থোক্লা খায়দোকই। খুন অমা মানরগা শোক্লবা লান মখল অমা লৈ। মদুবুনা ফররৈ হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা মখলগী লান্দদি য়েক্লবদুগী মকোক কক্লগা পুনদে। মাগী মাগী কাঙলুপ্না মখুন মখুন্দা পুনৈ। নাৎকী ওইবা ইকায়খুন্নবা উৎতূনা হকচাং অদু লোয়শিল্লি। অনীগুবা মখলগী লান্না হুরান লান্নাদা য়েক্লবগী খুন নৎত্রগা য়ুমদা চঙদুনা লান্দাবনি। লান অদুবুনা ঙখিরাই হায়না খঙনৈ। মখল অসিদি মশাগী ইকায়খুন্নবা ফংনবা নৎত্রগা খুনেক্তা লমন খুম্বগী পাম্বৈ ওইনা শোক্লবা লাননি। তাংখুলশিংগী খ্বাইদগী তোইনা শোক্লবা অহুমগুবা মখলগী লাননা চায়নবনি। মখল অদুবু তাংখুলনা ঙাগুংরাই হায়না খঙনৈ। নিয়ম অমগী মখাদা শীংনদুনা শোক্লবা লাননি। মরিগুবা লান মখল অদুবুনা – খরিংতুক হায়না খঙনৈ। মরম চাদনা মী অমা ফাখিবগীদমক, ফাগ্রবা মী অমবু লৌথোক্লবা খুন নৎত্রগা মীওই অমগা থেংনবা লাননি।

শীংনবা, মুক্লবা, ওইজবা থিবা, অঙম তান্নবা, অঙম অঙম হাৎতোক্লবা, কাঙলুপ নাইবা মীওইবগী মচরিৎনি। মচরিৎশিং অসিবু মমায় চুমদুনা, ফাখদুনা থন্নবগী রাখল, মীওইবদা লৈরমদ্রবা করিবু খেন্নরি শাহিংচাবা শাশিংগা মীওইবগা। মীওইবনা মীওইববু নুংশি। মীওইববু নুংশিবা হায়বা থম্মোয়গী ওইবা ধর্ম্ম অসিতনা কাঙলুপ নাইবা রাখলবু ফাজিন্দুনা থম্নি। নৎত্রদবু মালেমবু উৎ ওলহনবা মীৎকুপ

অমগী লম নত্তে।

অদুবু অকিবদি অদুমক লৈরি।

বা ভাঙবা থোক্লবা, খুল্লাকপশিংগী য়ুমগী লৈতেং ওইরিবা শরুশিং অসিনা কনাবু য়েংদুনা লৈরিবা। করি চিরোনবু তৌরিবা। করিগীদমক তাংখুল পাথৌশিংনা, হন্দোক্লরবা মপা-মপুগী শরুশিং অদুবু নৌহৌনা খুনগৎতুনা ইকাই খুম্নবা উৎলিবা। উচান মৈরা পায়দুনা অশুকপা উমংদা কোয়না চৎতুনা করিগী মপা-মপুগী খোঙ্গুল লীরক্লিবা।

হে, কপং পাঙ্গলবা!

থেমজিল্লু নহাক্কী নগুশিংবু,

হে লোংপী মরিংথৈও,

মীওইবগীদমক ফাজিল্লু

নরোই ননাওশিংবু। ■

# হৈথুমগী লমদমদা



চৎলিঙৈ ৱাই, অমুক হন্না লাক্লরোই খনখি। লমশাং চৎপগী ৱাবা হন্দোক্লবা তূং অসিদদি অমূক চৎনীংলক্নে। মসি ওইরমান্নে লমকোয়বগী নিশা হায়রবদু। কাউবা ঙমদে, চীংলৈবাক্তো, হৈথুমগী লমদমদো, অওন-মমা মচাদো, নুমিদাংৱাইরমগী ফজবা চীংগী দৃশ্যদো। থিংজাওনগী ৱারী নীংশিঙলকই*। মারাগী ঈশৈ তারকপঙুম তৌই।

ও লৈগসিগ্ন আওন
মমলাই ঙরোক অসৈ জো
কূম থর খরা ক চিন
য়াও থুই রাচিঙগ।

অয়াওগী মপাদুবু হিংলমখিগদ্রা। ওজা শিমরৈঙমদু ঐবু শোয়দনা ৱারৌরমগনি। ঐনদি হায়রব্বনি – নোংমা শোয়দনা লাকখিগনি।

চহী মরি হৌজিনখ্রে। নোংমতসু চৎলুদে। ঙসি হয়েং চৎপগী ৱাসু লৈতে। অসুন্না সুম হৌখিদুনা পুন্সিগী ওইনা চৎপা ঙমখিদবসু য়ারি।

অনীরক্তি লমদমদুদা চৎলুবা। তাংখুল হুন্দুং পংলাপ লাপ্পা লম নত্তে। উখ্রুল ডিষ্ট্রিক্টকী মনুং চন্না লৈবা চীংগী খুন অমনি। গাড়ী চৎথোক চৎশিন য়ারব্বা থোক্লবনি হঙৎ হন্দা নোংমদা কয়ারক চৎপা য়াবা মফমনি। নক্কা লাপই হৈথুমগী লমদম। চীং লন্বীদা খোঙনা পূং মরি মঙা চৎপা ঐঙোন্দদি লায়না থোক্তে। অমরোমদা লমদমদুদা গাড়ী চঙথোক চঙশিন য়ারমদ্রিবদু ফৈ। গাড়ী চঙথোক চঙশিন য়ারমদুনা মীতোপ মীনিল তোইনা তাবা মফম ওইরম্রবা ঐনা কাউঙমদ্রিবা হৈথুমগী লমদম অসি ওইরদবসু য়াই।

অহানবগী খোঙচৎ অদুমদি সরকারগী থৌ অমা কোকথোংনাদুনা চৎপনিনা ঐ নীংতম্বা ফংখিদে। মীখলগী শীঙ্গা পুদুনা চৎপনি। বেলোট পেপরদা শেন্নবদা হমাং

* ৱারী লমায় ৫৮ দা থোংনখিগনি।

কাখি। চীং লম্বীদুদা পূং মঙা-তরুক অদুকসু য়ানা চৎলুরগা য়েংনীংবা উনীংবা অমতসু উবা ফংদনা হল্লকখি। অদুনা খনখি – নোংমদি শোয়দনা লাক্কে।

চহী অমগী তুংদা খুদোংচাবদু ওজা শিমরৈঙমনা ফংহনখি। ইখঙ খঙহৌদনা নোংমা ওঝা অঙম ঐগী ক্লাটরদা ফোং ফাওরকখি।

– হো ওয়া।

– নন কলি লৈ খল্ল?

– ই হিলি লৈলি। ঐ নঙবু লৌবা লাকপনে।

– ক চিলি?

– নঙ কাউরবরা কৃষ্মৈ মতমদা নঙবু লৌবা লাক্কে হায়বদো? নঙ লুইর ফনিট য়াওনীংদ্রবরা?

– করিগী য়াওনীংদনি। কৃষ্মৈ হৌদৌরবরা?

অমুক খঙ্গরুবা তৌদনা অঙমগী মতুং ইনখি।

উখ্রুলদগী তাংখুল হুন্দুং য়ৌনা চৎকে হায়রবদি ইম্ফাল্লোমদা নোংদম তল্লা থোক্রুগা মফমদুদগী চঙবা তাই। লিতান ময়াদা লম্বী অমসু লৈ। মদুদগী চৎকে হায়রবদি খোঙনা শাংনা চৎপা তাই। নোংদমদগী চঙলবদি গাড়ী মচানা ফনা শাংনা চঙবা য়াই। নোংজু মতম নৎত্রবদি চীংদোন ফাওবসু জিপনা চঙবা য়াই হায়। ঐখোয়দি বসতা লাকপনি। অদুনা লমখাইদগী খোঙনা চঙলম্মী। খোঙনা চীংলম্বী চৎপগী অৱাবদি পল্লদুনা কাম্রদ্রে। য়ারুনি খঙনা লাক্রুবনি।

অহানবগী খোঙচৎ অদুগী য়া নীংশিঙলকই। খুন য়ৌরগা চানবনি হায়দুনা পুরকখিবা চেঙ, হৱাই, থুম, থাউ পুন্নমক চীংখোঙদা থনদ্রগা চৎখি। পোৎ পুনবা নেকপা কাঙবুদুসু মীনি, কয়াম য়াম্রা পুবা ঙমগনি। ঐদি পোৎ পুবদি লায়রদনা ফি ফাওবা থোংনীংখিদে।

পাইদুনা চৎপদি য়াত্রদো! অনীশুবা খোঙচৎ অদুসু লমশাং চৎপগী অৱাবদু অদুমক নংবা তাই। লম্বীদা অওন মমাদু থেংনরমদ্রবদি তশেংনমক ঐ চীংদোন য়ৌবদা অৱাবা অমা শোয়দনা ওইরমগনি।

পংশাং শাংনা চৎপা নৎত্রি। ঐ খোঙ থাংবা থোকচিল্লক্রে। ঐগী ইতৌদু উবদা ওজা অঙল্লা হংলকই – পোখাসিরা?

– য়াই।

ঐনা খুমই।

- চৎপদি হৌবতা ঙাইহিরি, হৃমাংনা ইরুজরে, করন্না চৎকদরা?

- ঐগী মহৌশানি।

ইকাইখাঙ ওইনা খুমই। ঙৈহাক পোত্থারিঙৈদুদনি অওন মমাহোয়গী খোঙবু থুংলবদু। মখোয় মরিনি - নুপী অহুম নুপা অমা। নুপী অনী অমদি নৈশানি। নুপাদুদি মীয়াই চন্নে। মখোয় মরিমক ঐখোয়গী খোঙবু ওইরে। খোঙবু য়াওরকপদুদদি ঐসু থৌনা খরা লাকপঙম তৌই। লিৎলিবা ফুরিত অদু লৌথোক্লগা ঙক্তা কিশিন্নে। অঙন্না চৈত্ত অমসু কদায়দগীনো পুরক্লুনা পীরে। ঐগী ইতৌদু উবদা খোঙবুশিং অদু নোক্লম্মী। মতাং অদুবাইদদি ইকাইবগী বা লাপ্পা লৈখ্রে।

অওন মমাসু, নৈশা অনীদুসু করি করিনো পিক থন্না য়াওবা সম অমমমসু য়াল্লি। অহল অদুসু নঙো অচৌবা অমা পোরি। অহলনি হায়বতনি খোঙথাংদি নহা মরাই অমা হেল্লি।

ঐনা সুম সুম শোংথহৌই। খরা চংলি অমুক লেপ্লী। চপ লেপ্তুনা লৈবমক্তি নত্তে। ঐগী ইতৌদু য়েংবা নুংঙাইত্রমাল্লে। অওন মমানা হায়রকই - ওয়া, নঙগী বেগতু ঐ পুবিগে।

- য়ানিদা।

ঐনা খুমই। খুম্বগী বানি, ঐদি ঙসাইনা হুন্দোক্লীংলবনি। অহানবা খোঙচৎকী বাদু অমুক নীংশিঙলকই। চীংখোঙদা, লম্বীদা চান্নবা পুরকপা চেং, হবাই, থুম-থাও পুন্নমক হুন্দোক্লন্নে। চীংদোন য়ৌবদদি চানীংঙাই লৈত্রে। হেক থুংবা নুমিৎ অদুমদি নিংথৌগীদা চারে।

নোং হেক ঙানবগা চানবা থিবা তাখি। য়ুম অনী অহুম চঙদুনা হংলুরে। নিবসু নত্তে, শেন পীদুনা লৈগে হায়বনি। কনা'মতনা আলু ফাওবা পীরক্লে। কমদৌনি খল্লিঙৈদা ওজা অঙম থেংনখিবনি।

- ঐখোয়গী ইতেং খুরা পাংদবা য়াদ্রে, ওজা।

- করিরা?

- চেঙ, হবাই অমতসু ফংদ্রে। পান অলুতা ওইরবসু ফংহন্নু। নৎত্রবদি ঐখোয় তরাহুমদোই চন্না হেনবা তারে।

- ই, খুন অসুক চাউনা লৈববু করিগী চন্না হেনগদ্র? লাউ, ঐ তৌগে।

ঐখোয়না হান্না চঙলুবা ইমুং অমদা চঙই।

- অয়ি, হো অয়ি!

– খিপা খন্নৗ?

– শির্মরৈঙম।

তাংখুল মরোন্দা মখোয় অনী করি করিনো ৱারী শানখি। হনুবীদু ইমুংদা চঙখ্রে। ঙৈহাক্কী মনুংদা অলু খরগা মাইরেন অমগা পুদুনা থোক্লক্লে।

ঐ ঙকই। হংবদি ঙমদে। হংলুবা তৌদনা অঙম্না হায়রকই।

– ঐ থেংনরমদ্রবদি নখোয় অলু অমসু ফংলোই।

– করিগীনো, ঐখোয়বু খুল্লানলকপনি হায়দুনা তৌব্রা?

– তাংখুলদি গেষ্টতা পোৎ য়োম্দে। চীংমীদি য়াম্না ৱানা হিংবনি। খুন অসিদা ফংবা পোৎতমক চাবনি। নখোয়গী তম্পাক্তুম্না অচৌবা দুকান লৈতে, কৈথেল লৈতে। নখোয়না এনশাং পূম্বা লৈথোকখ্রবদি ঐখোয়দি করি চাগদ্রা?

– ঐখোয়না হায়বদদি পীদ্রগা ওজানা হায়বদা পীরক্লিবদি কৈগীনো?

– চাদ্রবদি করম্না হিংগদ্রা? চানীংঙাই লৈত্রে হায়দুনা নিরবদি পীদবা য়াব্রা?

অওন মমানা অমুক্কসু মখা তারকই – অদুম্না সুম চৎলবদি কৈদৌঙৈ য়ৌগনি? অঙম্নসু পাংশিল্লকই – ওয়া, পীব্রো, মখোয় নহা ঙাক্তনি। মরাইনা পুজগনি।

ঐসু তাঞ্জা অমনি খন্দুনা নঙ্গলদা পোরিবা বেগ অদু শিন্নথোকখ্রে। ঙৈহাক্তি খোঙকাপ মঙম শাল্লম্মী। কুইদে হামু হামু চীং লম্বীনা খোঙ অনীদু ফাজিনখি। লোইবা নাইদে চীংলম্বী। অমুক কাখৎলি অমুক কুমথৈ। অঙম্বা অমুক কাবদা শদৌ থোংই। তুংলোমদা অসুম অসুম শোৎথহৌবদু উবদা অওন মমানা হংলকই।

– অমুক ফমসিন্না, ওয়া? ইকায়বা শঙদে। ঐ ফমথৈ। অঙমসু তাবা মাল্লে লেপ্পী।

তাঞ্জা চানা চ্রোং চ্রোং লাউবা মখোল অমা তারকই। ইনক নক্লা লোক্কী ঈশিং লৈরে। থক্লবা ঈশিং লীক্কী অমা পুরকপদুদি চীংখোঙ য়ৌফাৎত্রিঙৈদা লোইথোকখ্রে। ৱা ঙাঙবা, খুম্বা শঙদে অঙম্বদগী চেম্বরকপা লোক্কী অঈংবা ঈশিং অদু খুজোক অচৌবা অহুম মরি য়াদুনা থকচিল্লে। মদুদা হাওবা ঈশিংগী মহাও অদুদি হায়রুদুনা কান্নদে। অহীং মীৎকপ অমা তুমলুরবা মতুং য়ুগী নিশা হম্বরকপদা কৌরকপা ঈশিংগী মহাওগা কনানা হেনবগে হায়বদুদি লেপ্পদা ৱারে। অনীমক থোইদোকপা মহাও লৈ হায়বসিমদি শোয়দ্রে।

অমুক চৎপা হৌরে। কয়ারক পোন্বারক্রবগে মশীং খণ্ডদ্রে। পোখা পোখা ফনা শাঙনা চণ্ডশিল্লক্লে। য়েৎ থংবা খূমীৎ অদূদি য়াওদবগুমলে। খরা চৎলগা লোক-হায়গদ্রা তূরেন হায়গদ্রা ঈচেল নাইনা চেনবা য়াংলবা ঈচেল অমা থেংনরে। য়াঙ্গংবা ঈচেল ওইরবসু তোর্ব্বান্দি পাকই। উরোক থোং অমনা তোর্ব্বান অনীদু শন্নরি। উরোক থোং অদু লাম্দুনা চৎপা তারি। নৎত্রগা ঈশিং কূমদুনা চৎপা তাই।

ঐ নুংলক্তা চেল্লিবা ঈশিং অদুদা কূমথদুনা চৎনীংই। য়াম্রা নুংঙাইগদবা মাল্লি।

– ওজা অঙম, থোং লানগুমসি, ঈশিং লানসিনা?

– কিবরা?

– কিবা নত্তে, য়াম্রা নুংঙাইগদবা মাল্লি।

পূন্নমক ঈশিং লাম্দুনা চৎপা য়ারে। ঐ খোঙউপ লৌথোক্লগা কূমথরে। ঈশিং ময়ায়দা লৈবা নুংজাও অমদা ঙৈহাক ফমদুনা লৈথোক্লে। মায় তাথোক্লে। ঈচেল অদুদা খোঙ থন্নদুনা য়ৈহল্লি। হিংদা হিংগদবা মাল্লি। ঐগী খোঙবুশিং অদুদি করিসু নাচুংদে। ঐঙোম্দদি হিমালয় কাবগুম থোকশ্রে।

তাঙ্গাদুদা নূপী অহুমথক পোম্মা চনবা বোরা অমমম পূরদুনা খুনলোমদগী লাকই। অহুমমক মৈতৈ নূপী ঙাক্তনি অনী অমদি মীয়ায় চনবগুম উরে। অমদি য়াম্রা নহানি। মখোয় লাকপা উবদা অঙন্না হায়রকই।

– য়েংউ ওয়া, পোৎ পূদুনা লাক্লিবশিং অসি মৈতৈ নূপী ঙাক্তনি।

মখোয় অহুমদু হায়নবা তৌদনা ঈশিং কূমলদুনা চৎখি। অওন মমাগসু কৌনখি।

– করি পূবরা ইচে?

– মোরোক্কা হৈথুম খরগনি।

পল্লমদে, মখোঙ অদু গম গম থাংলদুনা চৎখি। হান্না ইকাইরমদবদু মখোয় উবদগী খণ্ডইক ইকাইবগুম তৌই।

– কদায়দগীনো মখোয় লাক্লিবসে?

– ঐখোয়গী খুন্দগীনি। মখোয় ঙরাং লাকপনি। লমলাই নূপী ঙাক্তনি। খুন্দগী পোৎ লৈরগা ঙসি চৎলিবসিনি। মখোয়না লাকপদা থুম, থাউ, চিনি পূরকই। পোৎশিং অদুগা ওন্নরকপা পোৎনি মখোয়না পূরিবসি।

ঐ অমুক ফমথগে খন্দ্রে। খোঙউপ তোংশিল্লগা চৎপা অমুক হৌরে।

– ঐ ওয়াবু কদায়দনো উশ্রে।

অওন মমানা ৱারী হৌরকই।

– ঐবো? ইম্ফালদরা, উখ্রুলদরা?

– ইম্ফালদদি কদায়দগীরা? ঐদি পুন্সিদা অনীরক্তগী হেন্না চৎত্রি। মদুসু আ অঙাং ওইরিঙেদনি।

ঐ নীংশিঙলক্রে। মমাঙগী চহীদা মীখলগী লাকপদুদা ওইরম্বা তাই।

– মমাঙগী চহীদা ঐ খুনসিদা ভোত য়াওবা লাক্লম্মী, মদুদা ওইরম্বা য়াই।

– অদুরা? ঐসু নীংশিঙলক্রে। নিংথৌগীদা নখোয় নুমিদাং অমা চাক চায়। নুমিৎতুদা মী লৈতে হায়দুনা ঐসু চাক থোংবা য়াওই।

– নুমিৎতুদা চাখিবা হঙ্গামগা, পানগা, কৌতা ঙাগা পুন্না থোংবা এনশাংদুগী মহাও হৌজিক ফাওবা কাউদ্রি।

– অদুন্না নোক্লগনু। নুমিৎ অদুদা ঐখোয় ইকাইবনে। নিংথৌনা ঐখোয়দা ঙন্না পাউ পীদবনি। ঙন্না খঙলমবদি য়েন হাৎকদবনি।

ৱারীদুদা লখী ফনা তেনশিনবঙুম তৌই। ৱাবা কাউই। অওন মমাদু ৱারী নুংঙাই। মচীন য়াংই। মশকসু ঈংনা ফজে। কুচু তঙাং অঙাংই, চুং ফিরান চায়। নোকমি নোকমিতা তৌবা চীনবান অদু ময়া য়াম্না থৌই। লৈশারিঙে মতমদদি কমদৌরমগনি।

মহাক্কী ৱারীদগী খঙলে চহী অমমুক্কী মমাঙদা মহাক্কী নুপাদু শিখ্রে। মচানুপী অমখক লৈ, লৈশাবী ফারে।

– নহাক্তি জগোয় শারোইদ্রা?

– করি জগোয়রা?

– লখাঙনুই

অওন মমাদু ইশি শিবমখৈ নোকই। নোক্লা নোক্লা হায়রকই

– মৌনবু লখাঙনুই য়াওগদ্রা? ঐখোয়দি য়েংগদবনি। ঐগী ইচানুপী য়াওগনি।

– মৌদি য়াওবা য়াদবরা?

– মৌদা নত্তে লৈশাবী ফাওবা মৌগী লমচৎ চৎলবদি লখাঙনুই য়াওবা য়াদবনি।

অওন মমাদু ঐঙোন্দা উপায় অমনি। মহাক্কী ৱারী অদুনা খুন তান্না ঐবু পুরম্মী।



নুংথিল পুং অমা খরা হেনবদা ঐখোয় খুন য়ৌরে। খুন য়ৌরমদাই মক্তদা সিফাইগী কেম্প অমা লৈ। কেম্প মপাদু য়ৌবদা অঙন্না হায়রকই - ওয়া, অমুক্তা লেপসি।

- কৈদৌরে ওজা?

ঐনা হংই।

- সিফাইদা ঐখোয় লাকপগী পাউ পীসি।

- করিগীনো অদুদি?

- তুম্মিন লৈয়ু ওয়া, অসাম রাইফলনি।

তাংখুলশিংনা খ্বাইদগী তীন্নাইখোম্বী চুবসি অসাম রাইফলনি।

- করিগীনো হায়বনি অদুবো? লাইন বস চেক তৌবদুনা পেন্দদনা মীদসু তৌরবরো?

ওজা অঙমদু নুংশাথিবগুম তৌই। তপ্না হায়রকই - কোন্না হায়গে, ওয়া।

ঐখোয় তরুকমক চেক তৌবদা পুংখায় ফানীংচিং চঙই। ঐবুদি রা খরা হংলগা থাদোক্নে। মখোয় নুপী অহুমদুবুদি লোইরে, ফাকপু ফাকপনে, মাবু মাবনে। মফি ফাওবা কলহল্লি। মীৎ নাই, য়েংবা হৈনদে। পাখঙ মচা অনীমদি হান্না নৈরমলে। মখুৎ অনীদু মহাপ্রভু শাদুনা ফ্রিতকা অমতা লিংতমখৈ লেপ্লি। অদুম লেপ্পুনা লৈহৌরি।

খরা চৎলগা অঙন্না হায়রকই - সিনি ওয়া, ঐখোয়না হিংলিবসি। ওপন জেলনি। খুন্দগী থোক্লকপসু, চঙলকপসু মখোয়দা পাউ পীরমদবা য়াদে। মখোয়না হায়বা ইন্দবগীনি নহা অনীখক লৈহৌরিবদু।

ঐ ভাব তারকই। অমুক মখা তানা হংলুদ্রবসু খঙলে। ফিভম অসিমক্তি মফম অসিগীদা নত্তে। ওপন জেল ওইদবা লমদম অসিগী করম্বা মফম লৈরিবগে!

পুন্সি হায়বসি তপ্পা ঙমদে। অমুক্তা হেন্না লমদমসিদা লৈবসিনা তপ্পা ঙমদে। লান্নুংদা লৈবগা করি খৈন্রে। হাৎন-শুনবা, মীফা-মীপুন লমদমসিদা অনৌবা পাউ ওইদ্রে। মশামক নৎত্রগা ইমুং-মনুংমক নৎত্রবদি হাৎন-শুনবগী পাউদা নাচুংনদ্রে। চীং-তম, খুঙ্গং-সহর অপুম্বগী উখোঙ অমসুং ফক্লাংশিংনা রাকৎলি - নীংতমহন্নু, ঐখোয়বুসু হিংহন্নু।

লমদমসিগী ফক্লাংশিংদা চুরিবা অঙাংবা মচুশিং অসি কৈদৌঙৈ মুৎখিগনি!

মচুশিং অসিনা মুত্রিমখৈদি ঐখোয় ফিভম অসিদা অসুমক হিংখিবা তারি। রাখল খন্দবাতাই, চীন উমশিনবা তাই, মীৎ উইশিনবা তাই, নাকোং মেনশিনবা তাই।

– ঐগীদি য়ৌরে।

অওন মমানা অচিকপদু থুঙাইরকই। ঐগী রাখল লমফে চৎলুরে।

– সিদা উরিবসি ঐগী য়ুমনি। চা থকপা কোয়খোক্রকউ।

অওন মমাদু লৈহৌরে। ঐসু খুমলম্মী – লাক্কে।

লমশাং চৎপগী নুংশামপীতা শেন্নবদা চীংলম্বীগী ফজবা য়েংবা কাউই। রারিঙে মতমদা উবা দৃশ্যদি অরাবগী অরাবা গুাক্তনি। উরকপা খরদো ফজ-নুংঙাইনা উবা শুকঙম ঙমলক্কে। য়েংথরে অকিবনি – পতাল য়ৌনা লুথখিবা অশূকপা লোক, য়েংখৎলে – অতিয়া খেৎনা রাংবা অঙম্বা চীংমায়। নাক-য়েৎ, মাঙ-তুং উরীতনা য়েৎশিল্লবা উপাল, নুংশা মঙাল ফংদ্রবা চোৎ চোৎতা লাউবা লৈমায়, নম্বীনবা উবিনবা য়াওদনা শাৎলিবা উ পরেংশিং। কবি চাউবগী রা নীংশিঙলকই।

শীংঙেন নমান্নবসু উদা
লৈরাং শামান্নবসু য়াওদা
লৈরাং কনাবু য়েংদুনা
ফৈরাথক্তা ঙান্নিবা!

শংবান্নবা অতিয়াগী মচু উবা ফংলক্রবদা খোয়শাউনখি পূক্নীংনা। মিরবা চীংগী হরিগী খোঞ্জেল, কল-কারখনাদগী থোক্রকপা মখোলগুম য়াক্রকখি।

অদুবু চীঙ্গোল কয়া, চীংদোন কয়া লান্নক্রবা মতুং হৈথুমগী লমদমদু য়ৌরকপদদি অতিয়াগী মচু উবা ফংলে, পূক্নীংসু মকালান্নক্রে। লম্বীগী নাক-য়েৎতা য়ুম মচা মচাশিংনা তৃমপক তৃমপক লেপ্লদুনা ঐবু য়েংলি। শকখঙদবা মী অমা লাকপদা ঙকচান্নরবা উপাল রাপালশিং অদুসু তিঙক তিঙক মীৎ কুপথিদ্রে।

লম্বীগী নাক-য়েৎতা হরাও-তয়াম শান্নরিবা অঙাংশিংদু উরগা লমশাং লাকপগী চোকথবা খরা হঙ্গৎপগুম তৌই। পার্কতা শান্নহৌবা সহরগী, তম্পাক্নী অঙাংশিবু নীংশিঙহল্লি। অঙম্বা চীংমায়দু অমুক কাখৎলি, অমুক কুমথৈ। ইকাইঙাক্রবা পক্রিবা খোঙগ্রাও মতৎ অদু নত্তনা অতৈ ফি অমতা খোঙদ্রবা হকচাংনা চীংগী অঈংবা নুংশিৎকা শীংনরি। লৈখোম-লৈনাং, উফুল-রাইফুলতনা হকচাংগী কুচু মাঙগ্রে।

মশা মউ তিক-তিক লাউবা নুপামচা অমখক্তি মহাক্কা চাউবা মান্নবা ওক

অমগা নম্রদুনা শাম্ররি। ওকসু খোংই, অঙাংদুসু ওককুম্না খোংই। করম্বনা ওকনো, করম্বনা অঙাংনো খম্দোকপদা ৱাবা তাম্লাসু য়াওই। কুম্মৈ অদু উবদা থুইনাও অমনা হৌনা হৌনা খোংলি। করিবু হায়রিবা!

– ওক অসিনা চিক্রোইদ্রা, ওজা?

ঐনা অঙমদা হংই।

– এনশাংনবু চিকপ্রা, ওয়া?

অঙন্না চুন্না খুমদোক্রকই।

অঙাং খরা অমদি বোল শাম্ররি। বোল নত্তে, হৈথুমনি। অমা অনীতা নত্তে য়ামখ্রে।

– অঙাংশিং অসিনা শাম্ররিবসিবু হৈথুম নৎত্রনে?

– মানি ওয়া।

ঐ ঙকই।

– অসুক মমল য়াম্না হৈ অসিবু অসুন্না মাঙহল্লিবা করিগীনো?

– চীংদদি করি কান্নগনি, ওয়া? খোংলগা চাবা য়াবসু নত্তনা। য়েংউ মায়কৈ পুন্নমক্তা পাল্লিবশিং অসি হৈথুম ঙাক্তনি।

অমা অনীগী ৱা নত্তে। চীংমায় খুদীং হৈথুম পাম্বী ঙাক্তনি। অশংবা, অমুনবা, শংমুন্নবা হৈথুম মতুম মতুম য়াম্দুনা পাল্লি। লৈমায়দসু মতুম মতুম কেল্লি।

– হৈথুমশিং অসি ইম্ফাল য়ৌরবদি সনা ওন্নগনি।

– ইশা ইথত্তা চৎপদা ৱারবা চীং লম্বী অসিদা কনানা পুদুনা চৎকনি, ওয়া?

অচুম্বমক্কি, লম্বী অদুদদি অমা অনী চানবা পুবা নত্তনা কনানা পুরুগনি! করিগুম্বা লম্বী থোং ফরবা গাড়ী চঙবা য়ারম্রবদি তাংখুল হুন্দুং অসিমক হৈথুমগী মমল য়াম্রবা হৈকোন অমা ওইহনবা শোয়দনা য়াগনি।

চীং অকা-অকুমগী লম্বী লোইখিবগা লোয়ননা হুমাং খরগী মখৈ হল্লিনখ্রে। হুমাং হল্লিনবদা চীংগী অঈংবা নুংশিৎনা মতেং পাংলকই।

অঙমহোইগী ময়ূম য়ৌরমদাই খজিক্তা ঙাইরবা মতমদা লৈশাবী মচা অনীখক থেংনৈ। মকোক্তা সম অমমম য়াল্লি। সম অদুগী মনুংদা পান্ত্র অমমমসু য়াওই। ঈশিং শোক্রুবা মাল্লি। অঙমগা করি করিনো ৱারী শাম্রে।

ঐনা হংই – করি হায়রিবনো, ওজা?

– লৈশাবীশিং অসিনা ওয়াবু খঙই হায়রি।

— ওয়া, নঙ ভোততা লাক্রম্বা নৎত্রা? নঙনা ঐবু ভোত থাদহন্দম্বগো।

নোক্রম্দুনা লৈশাবী মচাদুনা হায়রকই।

— ঐদি কাউরেহে। ঐনা নঙবু কৈগী ভোত থাদহন্দ্রিবা?

— ইপাগী ভোত থাদগে হায়বদা নঙনা য়াদবদুদি। ঐ শাউদেদা।

ঐসু নীংশিঙলক্রে। ভোত থাদবা লোইরমদাইদা য়েৎনবা খন্না থোকখি। য়েৎনবদুগী মরম ওইখিবা নুপীমচা অদুনি। নিয়মগী হায়রুরবদি ঐনা চুমই। অদুবু নুমিৎ অদুদা নুপীমচা অদুনা পুখৎলকখিবা ৱাফম অদুমদি ঐসু য়ানীংই। মহাক থেংনবদা ঐ তশেংনা নুংঙাই।

— নুমিৎ অদুদা ওয়ানা শাউবদো?

— শাউরিবদি ঐ নত্তে নঙনিনে।

— ঐদি ভোত থাদবা য়ানবা শাউশিন্নবনি।

লৈশাবী মচাদুগী ৱাতাদুদা ঐখোয় মরিমক নোকমিন্রে। লৈশাবী মচাদু মচীন য়ান্না য়াংই। মমায় নুংশি। ৱা ঙাঙবদা তানীংই।

নুমিৎ অদুদদি মহাক তশেংনা শাউখি।

— ঐগী য়ুমদি আ মখাদা লৈবনি। ইপাদি নারে। মফম অসিদদি করন্না লাকদরা?

— অদু অদা খঙদে, ভোত থাদগে হায়রবদি মফম অসিদা লাক্লগা থাদগদবনি।

— ইপা লাকপা ঙমদবনিনা ইপাগী অপাম্বদা ঐনা থাদবা করি তৌত্রা?

— নিয়ন্না য়াদ্রবদি য়াদ্রে।

— অদু ওইরগা নখোয় ইপাগী নাক্তা চৎসি।

ৱাগা ৱারে ঐ তশেংনা শাউনীংখি। অদুবু শাউবা য়াদে। ঈংথরে। এজেন্টশিং অদুদা হংই – মহাক্কী মপানি হায়বসি চুন্নবরা?

— চুমলে।

— নখোয় করি পামই।

— থাদহনগ্রসি।

— ফরে নখোয়না য়ারবনিনা থাদহনগ্রসি। অদুবু মহাক্কী মখূৎতা হান্না ভোত থাদখিবগী মার্ক লৈরম্রবদি নিয়মগী মতুং ইন্না থাদহন্দবা য়াররা?

মখোয় অমতা খুমদে। মখোয়না খুমদবদুদা খুদোংচাবা লৌদুনা ঐনা থমকা তৌই।

– করিগুম্বা মার্ক লৈরম্রবদি নিয়মগী মতুংইম্রা মহাকপু ফাবা তাই।

মখোয় পুন্নমক তুমিন তুমিন লৈম্রে।

– নখূৎ য়েংগে।

নুপী মচাদু হন্দে। মথৌনা লৈ। মখূৎ তিংথোক্লকই। অমতবু নত্তে। মার্ক অহুম লৈ।

– অহুমনক থাদরে নৎত্রা?

– নখোয়না য়াবগী থাদবনি।

ঙাঙবনদি কাম্লররোই খম্নদুনা সিফাই অমা কৌরে।

– মহাক ভোত লোইদ্রি ফাউবা কা অসিদা থম্মু।

সিফাই চঙলকপদুদা মহাক য়াথল খজিক্তং হোংলকপগুম তৌখি। নোক্লদুনা মহাক্না হায়রকই – য়াদ্রবদি তোক্লগে।

ঐ পৃক্লীংদা নোকই। ওস্লেক্লা মঙাওথিবা অঙাংনি।

– নঙ অমুক হন্না লাক্লরোইকো?

– লাক্লরোই।

– ফরে অদুদি থাদোক্লগে, অদু নঙ হৈথুমদি কোংবা তাই।

খুমলমদে ইশি শি মখে নোক্লগা চেনখি। ঙৈহাক লৈরগা হৈথুম খাউ অমা পুদুনা চঙলকই।

– শাউগনুকো ওয়া?

অচুম্বমক্তি, মহাক্না শাউখিবদু ভোত থাদবা য়ানবনি। শাবানগী অহোংবদি লৈরে। কুচুদু ঈ থাংলে। কেবা হৈরে। অদুবু মহাক্কী য়াঙাঙদুদি হোংদ্রি।

– করি তৌবা লাকপরা, ওয়া?

– নহাক জগোয় শাগনি হায়বদুদা য়েংবা লাকপনি।

– নঙদি ফাগি য়াম্না হৈ। ঐ জগোয় শাগনি হায়বদি কনানা হায়ব্রা?

– কনাসু হায়দে ঐনা খঙবনি।

– অদুদি নঙ লাইরা?

মহাক্না ঙৈহাক য়ারী শাবদু হকচাং তেকখৎলি। ওজা অঙমনা, তাংখুললোন্দা করি করিনো হায়খি। অদুদগীদি – মঙ ফৌও, হায়রম্রগা লৈশাবী অনীদু চৎখ্রে।

ঐখোয় অনীসু অঙমগী য়ুমদা চঙলে।■

# অনী



অয়ুক মীংকপ থোক্লককপদা, নুংশানা য়ক লাউদুনা লৈরমলে। লমশাং লাকপগী রাবদুনা ওইবতাই, মীংকপ শুংথোক থোক্তে। ইশা পুম্বসু ইথিন থিন্দোক্লে। মীং পাঙথোক্লককপা মতুদা, অয়ুকী লুম্ বু শাবা নুংশা মঙালনা থোঙনাউদা লীংশিল্লকুনা ঐবু লক্লরকই।

– তূম্বা ওক্লব্রা, ওয়া?

ঐ খঙপ্রেক খংই। সেনমলানি, অঙমগী নুপী। উরুদ্রে, মহাক মাঙোলদা নুংশা য়াইদুনা ফি শারি। য়াহৌ মথেংদুদা ফনা ইকাইরুরে। ইকাইখাং ওইনা ঐনা খুমই

– মীংকপ শুকথোক থোকখিদ্রে।

– চীংলম্বী চৎপদি য়াম্রা রাবনে, ওয়া। ঈশিং অশাবা পুরক্নে, মায় চামশে।

ফি শারম্বদগী ফুক হৌগৎলদুনা ইমুংদা চঙখি। তাংখুল নুপীশিংগী সেবাদি অমুক হায়রুদুনা কান্নদে। মখোয়গী অচম্বা পূকচেন, ইতিং তিংবা য়াঙাঙ, নৌনা থেংনবা অমদদি ইনৌ নৌনা থোকপ ঙাক্তনি।

চীন য়া শেংবা লোইদুনা ফমথবতা ঙাইরি, চা পুশিনলকই।

– চা থকসি, ওয়া।

তশেংবদি ঐ চা কয়া পামদে। অদুবু ইথকমক থক্তবদি নত্তে। মফম মতম য়েংলগা অদুম থকই। ফিভম অদুমক ঐনা চা অদু থক্লবদি মহাক্না ইনুং-নুংঙাইররোই খনবদগী থক্লে। চা থক্লা থকনা ঐনা হংই – ওজা অঙমদি চৎথোকপ্রবরা?

– র্চতা মিতিং চৎখি। হয়েংদগী লুইর ফনিট হৌগদৌরি।

কুইরে, খাংদা ইয়োং ফি শাবকাসি উখিদবা। রা ঙাঙনা ঙাঙনা, মহাক থবক লেপ্তে।

– চাক লাম্রবরা ওয়া? চাক্তি ঙসাইনা লোইরবনি।

চীংদদি মহৌশানা চাক ঙনগল্লি। ঙন্না চাবা, ঙন্না হৌবা, ঙন্না তূম্বা চীংগী

হৈনবীনি। ঐসু চীংদা চহী অনী অহুম লৈশিন্নক্রবনিনা পুন্নমক্তু অদুম হৈনরে। অদুবু অঙম হন্নক্তি। অদুনা খুমই – তপ্না চাসিদা।

চীংগী দৃশ্যদি ইফদা ফজে। অয়ুকসু ফজে, নুমিদাং ৱাইরমসু ফজে। থাবলগী ফজবসু লৈরি। মফজদি অমমমনি। ফজবা পুন্নমক মীৎকিদি মিতাফম ঙাক্তনি। অদুবু, ফজবা খুদীংমক পুক্নীংনা তাবা ঙাক ওইগনি হায়বদি লৈতে। ইশাগী ওইনা পুক্নীংনা তাজবা অমা হায়য়ু হায়রবদি – অয়ুক্লি।

কবিগুম্বা নুমিৎতা, অয়ুক্তা, চীংগী খুন অমদা থুংলবা, মায় নোংপোক ওন্দুনা তান্না য়েংউ। অতিয়াগী মচু শংলবা চীংদোন্না, মৌ অনৌবীগুম, লৈচিন্না মকোক খুন্নদুনা তুম্পক-তুম্পক লেপ্তুনা লৈবা উগনি। ঙৈহাক্কী মতুংদা, নুহোংবগী অহীংদা ইকাই ঙাকচরম্বা মৌ অনৌবীগী কোকখুমফি মপুরোইবনা তপ্না তপ্না হাইদোকপগুম, নুমু শাবা অয়ুক্কী মশেক্লা লৈচিনগী কোকখুমফি অদু তপ্না তপ্না হাইদোকখিগনি। মশাদা ফি অমতা থোংদ্রবী, ইকাইবা ৱাংমা লান্নবী মৌ অনৌবীনা, মপুরোইবগী মাঙদা ফজবা পুন্নমক অমতা খাক্তনা উৎতুনা লেপ্তুনা লৈবগুম চীংজাউশিংনা মাঙদা লেপ্তুনা লৈবা উগনি।

সেনমলাসু মৌনহানি। য়ুম্বান পুঙ্গিগী অয়ুক্লি। অয়ুক্কী ফজবদুমক মহাক্কীসু লৈ। মশক কা হেন্না ফজবা নত্তে। অদুবু কুচুদি লময়োই। চুং-ফিবান চাই। মহাক্কী তোপ তোপ্লা মগুনদি ৱা ঙাঙবদা তানীংবা পোকপদুনি। নোকফেৎ নোকফেত তৌই। চীনবান তবা তবাই। নোক্নীংলকপা মতমদা খক ফাজিন্দুনা থমদে। পেন্না নোকথোকই। হায়নীংবা পন্দে, দৎ দৎ হেক্তা হায়দোকলকই।

– করিগী ওয়ানি পুরকতবরা? নথন্ত তৃম্বা নুংঙাইবরা?

ঐখোয়না পাক পননীংদবা ৱা, ইন্নাই ইন্নাই লায়না হেক্তা পম্লোক্রকই।

– মহাক য়াওরবদি 'সিদা করন্না লাক্কনি। মহাক্তি চীং কাবসু ঙমলোই।

– অদুগী ওইরবদি ফৈ। নখোয় মৈতৈদি চীংদা লাক্রবদি পাখং হেক্তা শাই।

ৱাহৈ অসিমক তাংখুল নুপী অমা অনীদগীসু তাপ্রে। ঐনা খুমখি – মী খুদীংমক মান্নদবনি ইচল। অতৈনা শান্নবসু ঐদি শাদেদনা।

– ফাগি শাবনিদা।

চীন লেপ্তবগী মতিক থবকসু লেপ্তে, সেনমলা। লংলা অমগী মথংদা লংলা অমা ফেন্নদুনা পাংঙদেম জগোয় শারি। খুৎপায় চেৎনা পায়রদুনা লাংলা খুদীং তেন্না য়ৈশিল্লি। চুন্না লংলাশিং অদু লেংশিনবতা নত্তে, ময়েকসু হাপ্লি। ফনা কুইনা

মহাক্না ফি শাবদু য়েংদুনা লৈথোকলুরে।

— করিগী অদুন্না য়েংব্রা, ওয়া?

খুতক তৌবা মমীৎ অদু গাওনা পাঙলদুনা হংলকই।

— নহাক্কী ফিদা হাপ্লিবা ময়েকশিং অসি ফজমন্দুনা য়েংবনি।

নোকফেৎ, নোকফেৎ তৌরদুনা খুম্নকই — ঐনা শাবা নত্তে, থিংজাওননা শাবনে, ওয়া। করাওফি হায়বদুনি, চংখোমসু কৌই।

মহাক্না হায়রিবদু ঐ ভাপ্পা লাম্বা ফংদে। ঐনা হংই।

— থিংজাওন হায়বদি কনানো?

— ফিগী লাইনে। ময়েক অসি মহাক্না শেমলম্বনি।

নুমিৎ অদুগী অয়ুক অদু ঐঙোন্দদি মমল য়ামই। অয়ুক অদুমক্তদা সেনমলাদগী নুংঙাইরবা তাংখুলগী ৱারী অনী তাবা ফংলে। অহানবা ৱারীনা থিংজাওন অমসুং মগুংলাংগী চীংগী হরি ওনথ্রবা মারাগী ৱারীনি (১)। অনীশুবা ৱারীনা শক্তা-চুদা মপা লৈতনা ফজবী, ফিশা-লোনশাগী লাইরেম্বী জিংতাই মানশিংলাগী ৱারীনি (২)।

---

## *১। থিংজাওন*

*থায়না মমাঙঙৈগী ৱারীনি। খুন অমদা থিংজাওন কৌবী, মশক মতৌ ফজবী লৈশাবী অমা লৈরম্মী। খুন অদুমক্তদা মারা কৌবা পাখং অমসু লৈরম্মী। মখোয় অনী অঙাং পিশক ওইরিঙৈদগী খঙনরকপদুনা ইুনখৎলকপগী মতম য়ৌরকপদদি অপাম নুংশিগী থোঙবু ওইরক্লে। মখোয় অনীমক নুংঙাই য়াইফবা মমা-মপাগী মচা ঙাক্তনি। মখোয় অনীমক্কী মমা মপানসু মবানিবু নুহোং-খোংদোংদুনা মচা-মমৌ ওইবা পাম্রম্মী। অদুনা হায়ন-শীংন তৌদুনা নুহোংবগী মতম ঙাইনদুনা লৈরম্মী। অদুবু লাইবক থিবদি, মারাগী মমা-মপা অনীমক ইখঙ খঙহৌদনা শিখ্রে। মারা, পিদৎ-পদৎপা হায়বদু ওইদুনা লৈহৌরে। মাগীনি হায়বা কনাসু লৈদ্রে। অদুনা মহাক থবক কন্না শূবা তারম্মী। মতম অয়াম্বা পামদা চৎতুনা ফৌ থাই,মনা-মশীং থাই। নুমিৎ খুদীং পামদা চৎলি।*

*মারানা নংথরকপা, ফিভম চাদবদু উবদা থিংজাওনগী মমা অমসুং মপানা মচানুপীবু মারাদা থাজনীংদ্রে। অদুবু থিংজাওনগী পুক্নীংদি মচী লেঙদে। অহোইম্দুম নুংশিন্না হেঙ্গৎলকই। মমা-মপা তাহন্দনা নুমিৎ খুদীং পামদা চৎতুনা মারগীদমক*

পাউ নৎত্রগা ৱারী তম্বা অমসুং লীবা হৈবা হায়বসিমক মী অমগী তোপ তোপ্পা গুণ অমনি। গুণ অদু সেনমলাসু চপ চানা চেন্নি। মহাক ৱারী লীবা হৈ, ৱা ঙাঙথোক্লকপদা তীনীংবা পোকই। মহাক্কী ৱারী অদু তাবদা অয়ূক অদু হৌখিবা খঙহৌদে।

করাওফিদা 'ফৈসিপ খরাং' হায়না খঙনবা ময়েক অমা হেক হেক হাপনৈ। ময়েক অদু চমু হায়বা খুন অদুগী লাইগী শক্তম লাকশিন্দুনা থিংজাওননা শেমলম্বনি হায়না থাজনৈ। ফৈসিপ খরাং নত্তবা ফি অতৈদা হাপ্পবা ময়েক মখৈনা জিংতাই মানশিংলানা শেম্লম্বনি হায়না থাজনৈ। অদুনা জিংতাই মানশিংলাবু ফিশা-লোনশাগী লাইনি হায়না লৌনৈ।

– করাওফি নত্তবা অতৈদি শাদবরা?

ঐনা মখা তানা হংই।

– করিগী শাদগনি ওয়া, মীনা শাবিয়ু হায়বদু শাবনি। সোলাখোম, খুইলং, লুইরিম লোইনা শাবনি। ফনেকসু শাই। ফুংয়াই কসন, থাকাং, জীংতাই, কোংগ্রা খুইলং, লোইনা শাই। ওয়ানা য়ূমদা চৎপদা ওয়ানিগী অমা ঐনা পিগনি, খ্বাইদগী

---

*চয়োম থিন্নি। চয়োম থোক্লুনা চামিম্রে। কালৈ অহাওবা থকমিম্রে। হিদাক মনা অয়াকপা উমমিম্রে।*

*কয়াম কুইনা লোৎপা য়াগনি? থিংজাওননা পামদা চৎতুনা মারাগা চয়োম চামিম্রবদু থিংজাওনগী মপানা থেংনরম্রে। চেনবা য়াদ্রে থিংজাওন। মচাগী অরোনবা শাজৎ অদু উবদা শাওরদুনা মপানা থিংজাওনবু ফু-চৈদুনা ৱারক্লম্মী।*

*পাউ অদু তাবদা মারা মপূক্লীং নুংশিরম্মী। থিংজাওননা মপাগী চৈরাক ফংলিবদু মাঙুংলাংগীনি খল্লুবদা মথরায় নুংঙাইদ্রে।*

*অদুবু থিংজাওন হন্দে। মথংগী নুমিংতসু মহৌশাঙম মারাগীদমক চয়োম পুদুনা পামদা লাক্লম্মী। মারাসু খঙই – থিংজাওন শোইদনা লাকখিগনি।*

*করিওম্বা থৌদোক অমতা থোকখিদবঙম মহাক্না পুরকপা চয়োম অদু থোক্লদুনা হায়রকই – ঙসিদি শা অহাওবা য়াওরকই। কালৈ অফবসু পুরকই।*

*ঙৈহাক্তি মারা, থিংজাওন্দা মীৎকুপ্তমখৈ য়েংলদুনা লৈরম্মী। য়েংনা য়েংনা মমীৎতা পি শিন্থরকই। অদুবু কুইদে মীৎকুপ খরগী মতুংদা হিংচাবগী শক্তম লৌথ্রে। নোংমতসু মীৎনা খানা য়েংলক্লিবা থিজাওন্দা শুক্তোক্লা য়েংলদুনা*

ফজবা অমা।

– ঐগীদি পিরোইদ্রা?

– করিগী পিদগনি, করি পামম্রা?

– ঐদি ফজবা পামদে, তাংখুলগী আ, ইপা-ইপু হাকতকী ফি পামই।

– এ তাংখুলগী ইপু ইপাগী ফিদুদি করি তৌনগদ্রা? ওয়ানা শেংপসু য়ারোই।

– করিগী য়ারোইদৌরিবা?

– ইপু-ইপাগী মতমদা তাংখুলনা শেংপা ফি অদুদি হরুগী লংনা শাবনি।

– হরু হায়বদি করিনো?

– উ মখল অমনি। ফি অদুসু কাপমুক্তা পাকপনি। করম্না শেংকদ্রা? মদু শেংলবদি ওয়াসু, গুবোং ইনবা তাবনি। শেংপা য়াদবা ফিদু করি তৌনগদ্রা?

– শেংব্রবসু নহাকপু কাউদনবা থমগদবনি।

– অদুরা? ফৈ পীগে। অদুবু য়ুমদা শেংব্রবসু ঐগী মাগুদা অমুক্তংদি শেংপা তাই। ঐনা ইন্নবা গুবোংসু পিগনি।

ঐখোয় অনী হৌনরুবা তৌদনা নোকমিন্নে। থবায় তানা নোকই, মহাক।

---

*লাওরকই – নগুবু কনানা চাক পুরকউ হায়। নগুগী চাক চানীংদে।*

*রাহৈতা হায়রগা তোক্তে, থিংজাওননা পুরকপা চয়োম অদু অমতা খাক্ত মখৈ হৈদোক্রে। মারাগী মতৌদু উবদা থিংজাওন গুকপনা থেংলে। রা অমতা গুাগুদে। মারাগী মতৌদু মীৎ কুপ্তমখৈ য়েংদুনা লৈরম্মী। মহাক্না খল্লরব্বা – লৌতাংশগু মনুগুদা চয়োম থোক্তুনা চামিন্নগনি, য়ু অহাওবা থকমিন্নগনি' হায়বদুমদি ওইদ্রে। য়েংন য়েংনা থিংজাওন কপথোক্রক্রে।*

*থিংজাওননা ফন কপচদুনসু মারা অমুক থেমবা তৌদ্রে। অরোইবা রাহৈ ওইনা,*

*ও, লৈগসিয়া অওন,*

*মমলাই গুরোক অসৈ জো*

*কুম থর খর ক চিদ*

*য়াও থুই রচিগুগ।*

*(ও, নুংশিবী অওন, কাউনগুমসিকো খক, কুমগী মতম লাকপদা লাক্তে অমুক ননাক্তা।)*

তাংখুল নূপীদি নোকপদা খক শেম শাদে। কল্লক পেন্না নোকই। কান্নক পেন্না শুগুই।

ফনা কুইনা সনমলাগা য়ারী শাদুনা ফমলে। অদু ফাওবা অগুম হুন্নক্রি।

ফি তনশেং শেংচিন্নগা কদায়দনো খগুদনা ঐ থোক্লক্লে। ঐনা থোক্লকপদু উবদা সনমলানা লাউরকই – য়ান্না লাপ্পা চৎচখিনু, লৈশানা ফাজখিনি।

ঐনা খুমলমই – ফাহনগ্রগে তৌবনে।

শক্রোন য়াম্বা চীংগী দৃশ্যনি। পূক্লীংনা হেক তাজবা অয়ুক্কী মেংলবা শক্রোন অদুমদি উবা ফংহৌদ্রে। তশেংনমক পুন্সিসিমক অয়ুক্তা ওইদুনা লৈরবা কয়াগী মতিক নুংশুহিজগনি।

নুমিৎনা চীংজাওশিংগী কোতোন হেনখ্রে। উনা-উবানা শিংদা পক্লম্বা নীক্লা পৃম্বা কোরৌনা থকচিনখ্রে। শঙ্গুলক্তগী নাঙ্গুহৌবা মগুম শান্দবা উচেক লাংমৈ অমা অনীনা লাক্লা লাক্লা খোংদুনা মপাং থিরপদু নত্তনা অতিয়াদা উচেক শঙ্গুসু পাইদ্রে।

কদায়দনো খগুদনা ঐ পগুচৎতা চৎলি। ইরাপ লাগুনা চীঙ্গোল অমা হেক

---

*হায়রক্রপা মারা চীংগী হরি ওন্দুনা পাইদ্রে। থিংজাওগ্রা ফনা হায়জৈ – মারা নগুবু হুন্নকখো।*

*মারা থিংজাওননা ফনা হায়জবা তাখিদ্রে। অরাংবা উয়ুং পাম্বীদা তোংলদুনা ঈশৈ শক্লক্লে।*

*মারা অমুক হুন্নকখিদ্রে। অৱাংবা উশাদা তোংখিবনা ফারুবসু শুমদে। কপ কগুনা ময়ুমদা হনখ্রে থিংজাওন।*

*থিংজাওন, নুমিৎ খুদীং কপ কগুনা ফি শারম্মী। মহাক্কী মতৌ অদু য়েংবা শুমদদুনা চমুগী লাই মক্লা লাকুনা থেগ্ররে। থিংজাওননা লাই অদুমক্কী শক্তম লাকশিন্দুনা ময়েক অমা শেমলে। লাইগী ময়েক থোক্লা শারবা করাওফি অদু শেৎলদুনা থিংজাওন মপুন্সি চুপ্পা লুহোংদনা লেনখি। ময়েক অদুবু ফৈসিপ খরাং হায়না খগুন্দুনা শুসি ফাওবা করাওফি খুদীংদা হাপ্পরি।* ■

## *২। জিংতাই মানশিংলা*

*মতম অমদা, জিংতাই হায়না কৌবা খুন অমদা মানশিংলা কৌবী, শক্তা-চুদা-শাবান্দা মপা লৈতনা ফজবী লৈশাবী অমা লৈরম্মী। মশক ফজবতা নত্তনা কিশা*

লাম্লোকপগা লৈগী চীং অমা থেংনরে। লমদম অদুগী মীশিংনসু মফম অদুবু আরোন কফুংনাও হায়না খঙনৈ। তশেংনমক লৈগী চীংমক্কি। লাপ্লিঙেদনা মচু অমতগী নাচোম মাল্লি, নকশিক্লগনা মচু মচুগী লৈ মপৈ পৈদুনা লৈগুমই। সনা লীকফাং মথক্তা তম্ফা থিনবগুম লৈশিং অদুগী মরক মরক্তা মচু মচুগী উচেক মচাশিংনা নাচোমদুগী তম্ফা ওইরি। উশা অমদগী উশা অমা চোং চোংলদুনা উচেকশিং অদুনা শান্নরি। মখোক লোইরবা লৈনাশিংনা লীক্লু পরেংদগী লীক্লু চোইজাইনবগুম লৈমায়দা কেল্লি। লৈগী নোং হায়বদু ওইদা ওইরবোই নীংই।

কবিতনা ফজববু মিতাবরা? শক্তম অদুনা ঙৈহাক্তি ঐবুসু শুমহৎলুরে। চাউবা, কমল, অঙাংহলনা লৈগী চীং অসিবু উরমদবা লাইবক থিবনি। মপাল হান্না শাৎলগা মনা কোন্না পানবা চিম্লাও পাম্বীশিংগী কূম্মৈ অদু মনাক্তং য়ৌনা চঙদুনা য়েংবা ফংজরম্লবদি কয়াগী মতিক নুংঙাইরমগবা। মদুমক্তি থোক্তরে। অঙম্বা চীংমায়, অশুকপা মোংশোংনা থৎখরে। মদুমক্না থৎলমদ্রবা চিম্লাও লোক অসিমক লৈরমদবসু য়াই।

য়কলাউনা শারম্বা নুংশানা মীৎনা কুপ্লদা মাঙখিবা, চুরম্বা নোংনা খুদক্তা

---

*লোনশাসু য়াম্রা হৈরম্মী। মহাক্কী ফিশা-লোনশা য়াম্রা হৈবদু উবদা মীনা হায়নৈ – মানশিংলাদি মমাগী মপূক মনুংদা লৈরিঙেদা লাইনা মহৈ পূম্নমক তম্মীরক্লবনি।*

*মানশিংলাগী ফজবা শক, মখুৎ-মশা হৈশিংবগী পাউ অদু লৈপাক শিন্থুংনা শন্দোক্লম্মী। মহাক্কী মগুণ অদু সিতাফুংগী নিংথৌমচা ভাহেসু তারম্মী।*

*নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ভাহে চয়োম নম্বো পোরদুনা মানশিংলাগী খোঙ্গুল লীরক্লে। মানশিংলাগী খোঙ্গুল লীবা লুনা থকথোক্তে। খুন অদুদা মহাকপু খঙদবা কনাসু লৈতে।*

*ভাহেনা মানশিংলাগী ময়ুমদা থুংবা মতম অদুদা মানশিংলা ফৌ ফৌদুনা লৈরম্মী। করাওফি অমনা নুংশা থল্লি, হাওরা মথক্তা খুইরং থারদুনা ফৌ অদু শন্দোকই।*

*অমুক হংলুবা তৌদ্রবসু মমাঙদা লেপ্লিবদু মানশিংলানি হায়বা ভাহে খঙই। মথক্তা শোনজে – অসুক ফজবী অসিবু মানশিংলা নত্তনা কনা ওইগনি।*

*অহানবা উন্নবা ওইরবসু পাখং-লৈশাদু মতম কয়াদগী শকখঙ মায়খঙনরক্লবা অমগুম নকশিন্নখ্রে। চয়োম থোক্তুনা চাম্মিন্নরে, য়ু অহাওবা থকমিন্নরে। মতম*

হাংখিবা চিংন্দি অনৌবা নত্তে। হৌজিক্তা উনা-ৱানাশিংদা পক্রম্বা নীক্লা পুম্বা থক্রম্বা কোয়ৌগী মশেক্তু মাঙথ্রে। অমুবা লৈচিন্না। অতিয়া পুম্বা কুপখয়ে। মংবগা চুবগা মাথ্রে, কপচেংগী নুপীগুম অতিয়ানা পি শিন্থরক্লে। ঐগী লৈফমদু য়ৌনা চংপা নংথ্রে।

অনকপা য়ুম অমদা চঙলে। চীংদগি য়ুম অদু ফনা চাউরে হায়বা তাই। অদুবু ফনা ফজনা মৱে। ফক্লাং নাকল অমদি য়াওদগুমলে। য়ুম অদুগী শক্তমদি কায়থ্রি। য়ুম অদুগী মমাঙমক্তদা কুপ্লিবা 'লেংচেঙকুই' হায়না খঙনবা উনা অদুনা য়ুম অদুবু মশক তাক্লি। মতম অমদা মপান ফরম্বা মীওইনা লৈরম্বা য়ুমনি হায়বা খুদম অদুনা তাক্লি। 'লেংচেঙশিম' (৩) হায়না খঙনবা য়ুমশা অদুনি। মাঙোলগী য়ুম্বীশিংদা হক্লিবা শা মকোক, মী মকোকশিং অদুনা য়ুম্বু অদু শা-লান্দা থৌবা মীওইনি হায়বা তাক্লি।

য়ুম অদুগী মাঙোল মচি অমদা ফক্লাংদা ঙাবোই থেংবোই তৌরদুনা অহল অমা ফমলি। চহী কয়ামুক গুরমগদগে হায়বা চপ চাবদি হায়বা ঙমদ্রে। খুইরিবা হকচাংগী ফিভম অদু উরগদি চহী ৮০দগীদি খক তারমররোই হায়না খল্লি। য়াথক

---

*অদুমক্তি মানশিংলাগী মমা-মপা অনীমক পামদা চংখি।*

*মমা মপা অনী পামদগী হল্লকপা মতম ওইরে খল্লদুনা ভাহে য়ুম অদুদগী লাগুক চংথ্রে। অদুবু কনাগুম্বা অমা খুম্মানবা লাকই খঙনবা মথুংগু তা অদু কোম্মোং মক্তদা য়ুংদুনা থনমই।*

*কোম্মোং মক্তদা অচম্বা মীনা পায়নদবা মতিক লৈবা তা অমা য়ুংদুনা লৈবদু মানশিংলাগী মপানা উরে। মানশিংলাদি করিগু খঙদবা শারদুনা ফৌ খোমদুনা লৈ।*

*– ইবেম্মা, কনা লাকই য়ুমসিদা?*

*মপানা হংলকই। মানশিংলা খুমদবা য়াদদুনা খুমলকই – সিতাফুংদগীনি হায় পাখং অমা লাকই। ইমাসু, বাবাসু লৈতে হায়বদগী কদায়দনো চংথ্রে।*

*মানশিংলাগী মপাদু শাউরে।*

*– খুনলানবা লাকপ মীবু করিগী ফিদা থাদবনো? চংলু, মবু থিদুনা পুরকউ।*

*হাক্তজবদা খুং থাজিনবা হায়বদু থোক্লে। মানশিংলা খুদক্তা চংখিদুনা ভাহেবু কৌরুরে। মচানুপীনা মাঙথারদুনা সিতাফুংগী নিংথৌ মচাদু চঙলকপা উবদা মানশিংলাগী মমাগা মপাগদু গুমহংথ্রে। ময়াগা মচাগা লাকমিন্নবগুম থনথ্রে।*

য়াখা য়া অমতা য়াওবা উদ্রে। মকোক অদুসু অমুবা শম অমতা য়াওদ্রে।

ঐনা মাঙোলদা কাখৎপদু উবদা মথুপ মথুপ নাইনা খুইরবা মমায় অদু ওঙ্গ্রেক্রক্রদুনা হংলকই – খিপ খল্লা?

শকফম অদুগা খোঞ্জেল অদুগা য়ান্না লাপ্লে। খোঞ্জেল অদু লুম-লুম লাউই। তাংখুল লোন্দা করি করিনো খরসু ঙাঙলকই।

ঐনা উখ্রুলদা থবক তারকপসি চহী অহুম হেঞ্জিনখ্রে। অদুবু তাংখুল লোন তাবদি ইঙম ঙমদে। মখা য়ান্না তারক্কদৌরে হায়বা উরদুনা ঐনা মৈতৈলোন্দা খুমই – ঐ মৈতৈনি ইপা। নোং ঙৈহাক্তা থুপকে।

য়া অমতা য়াওদ্রবা চিঙ্গাল অদু অরৈবা মখৈ কাথোক্রদুনা নোকই। মৈতৈ লোন্না মখা তারকই – ফান্দূদা ফম্মু।

ফক্লাংদা ঙাদুনা লৈরিবা ফান্দু লৌদুনা ফমথরে। নোং লেপ্পা লৈতনা চুরি। য়ুম অদুগী মচি মচিদা নোংসু য়ুরি। ঐনা হেক ফমথবগা অহল অদুনা মখা তারকই।

– কদায়দগীরা?

– ইম্ফালদগীনি। উখ্রুলদা থবক তাবনি। ওজা শিমরৈঙমনা কুম্মৈ য়েংশি

---

*য়েংবগী পেনবা নাইদ্রে। মপূক্লীংদা মচানুপীবু ভাহেদা থাজরগে খনখ্রে।*

*অদুবু হেক থংনবা মীংকুপ্তা মানশিংলা মপাগী মায়থোংদু মকশিনখ্রে। মতম অমগী কাউবনা ফরবা থৌদোক অমা নীংশিঙলক্লে।*

*মানশিংলা পোত্ত্রিইঙগী য়ারীনি। নোংমা মানশিংলাগী মপানা মথম্মোয় শোক্কা খোংগী লাইবু কৌরদুনা থৌনিজে – থৌগংলবা লবুক-লমহাং পুম্বু লাইজ পিথকুনা অরাম থৌরাং কোকহনবিবা ঙম্মা হে খোংগী লাইও! নোংমতা পোখাবা লৈতবা মখৈ শূজ-নোমজরিবা ঐবু অসুক নুংশিবিদবা করিগীনো? লশিং থাই মপাল শাংহনবিদে, ফৌ থাই মহৈ য়ান্দে। ঐদি লাইরবনি নঙোন্দা করিসু কংচনীংঙাইসু লৈজদে। ঐগী লৈজবা হায়ববু মমাগী গর্ভনুংদা লৈরিবা ইচা অসি মঙাইরে। কুম খুদীং ঐঙোন্দা পিবিয়ু মহৈ-মরোং। মমাগী গর্ভ নুংদা নাউপুরিবা ইচা অসিনা নুপী ওইরবদি কংচরগে নহাক্কী নফমদা।*

*মথম্মোয় শোক্কা মানশিংলাগী মপানা হায়জবদু তাবিরদুনা খোংগী লাইনা কুম অদুদগী মহৈ-মরোং পিবিরে। মশক মতৌ চঙখোল্লবী মচানুপী অমসু ফংজরে। লাইদা থাজগনি হায়না য়াশকখি হায়বগীদমক অঙাং অদুবু মানশিংলা থোল্লে।*

হায়দুনা পুরকপনি।

অহল অদুনা মখা অমুক তারকই — নুংঙাইবা কুম্মৈদি ইক্ষালদা তৌবনি, চীংদদি করি য়েংগদ্রা?

– চীংগী জগোয় শাগনি হায়, মদু য়েংনীংদুনা লাকপনি। লুইর ফনিট হয়েংদগী হৌগনি হায়বা নত্রা?

ঐগী ৱাদু তারগা অহল অদু ইশি শি মখে নোক্রম্মী। মহাক্না নোক্রিবদুগী অর্থ ঐ খঙদে। নোকপদু হম্বুরগা মহাক্না মখা তারকই — লুইর ফানিট য়েংগদবা?

– উম, ইপা। করিগী নোক্রিবনো, ইপা?

– খুন্নানবনা লুইরা ফানিট য়েংগনি হায়বদুদা নোক্নীংবনি।

– খুন্নানবদি য়েংবা য়াদবরা?

– খুনগী ইরাৎ-থৌনিববু অতোপ্পা খুনগী মীনা করম্না য়াওগদরা?

– জগোয় ঈশৈসু য়েংবা য়াদবরা? ওজা শির্মরৈঙম্নদি হায়দেনা।

– অদুনা নোকপনি, ইচা। ইপু-ইপাগী মতমদদি কনাসু য়েংবা য়াদবনি। হৌজিক্তি য়ারেদনা।

---

*কাউথোক্লুরবা, কাউবদি য়াবোইদবা ৱাফম অদু মচানুপী অমসুং ভাহে উরুবদগী অমুক নীশিঙলক্লে। নীংশিঙ নীংশিঙনা মচানুপীগী অপাম্বদা খক থিংবদি তৌদ্রে।*

*ভাহেনা মানশিংলাগী ইমুংদা খুন্নান্দুনা নৈরকপা থাবুম অহুম শুজিলক্লে। চাকলুক অমতদা চামিন্রে, ফম অমতদা হিপমিন্রে। থাবুম অহুম অদুগী মনুংদা পাখং-নৈশা অনীদু অমুক তৎন-থানা য়াররোইদবা থাক য়ৌনা নকশিন্নখ্রে।*

*কুইশিলক্লবদুদদি ভাহেসু ময়ুম নুংশিরক্লে, মমা-মপা নীংশিঙলক্লে। মানশিংলাবু ময়ুমদা পুনীংলে। ৱাফম অদু মক মানশিংলাগী মমা মপাদা হৌদোক্লে। মানশিংলা অমসুং ভাহে চৎনবী মতুং ইন্না লুহোংবা নাকল অনীমক্কী ইমুং-মনুংনা য়ান্নরে। সিতাফুং খুন্দগী জিংতাই খুন ফাওবদা হৌবা উখোঙ খুদীংদা শন-ইরোই পুন্দুনা মংকৎ কৎলে। হৌনবী মতুং ইন্না ভাহেনা মানশিংলাবু ময়ুমদা পুনবা শেম শারে। শেম শাবা লোইদুনা খোঙথাংবা হেক হৌগৎলকপদা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা হৌরক্লে। মীয়াম পুন্নমক ইঙক ঙক্লরিঙৈদা নোংলৈ-নুংশিৎ অদুনা মানশিংলাবু পুদুনা চৎখ্রে।*

ঝা খরা অসি হায়রম্রগা অহল অদু তৃন্নিম্রা লৈখ্রে। মমীৎতা পিগী ইরা চেন্নকবগুম তৌই। ঐ ঝা হৌদোক্কদবা কিরে। ঙৈহাক তৃম্মিন্না লৈয়ন্নগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলদুনা হায়রকই — ইচা, নঙনা ঐবু কপহল্লে। নঙ, লুইন্না ফনিট করিনো খঙলবরা?

– খঙদে ইপা।

– লৌগী থবক শূবা হৌবনি। ফৌ থাফম শেম্বনি। ফৌগী লাই ফুংহই কমেও দা য়েন কৎপনি। খুনতগী ওইবা চাকহোং ঙাহোংনবা পাঙথোকপা কৃম্মৈনি। জগোয়দি থৌনিবা লোইরবা মতুং তরুক্লিগুবা নুমিৎতগী নিপাললি গুবা নুমিৎ ফাওবা শাগদবনি। মদুদা শাবা জগোয় লখাংনুই কৌই। অদুবু ইচা নঙনা লখাংনুই হায়বা অশেংবা জগোয়গী কৃম্মৈ অদুদি খক য়েংবা ফংলরোই।

– করিগীনো, ইপা?

– তাংখুলনা ইপু-ইপাগী লাইনিং থাদোকখ্রবা মতুংদগীদি তাংখুলগী চৎনবিসু তপ্না তপ্না হোংখ্রে। হৌজিক্তি লখাংনুই মমিংতা ঙাইরে। মতম অদুদদি লখাংনুই জগোয়দি খুল্লানবা অমতনসু য়েংবা য়াদবনি।

---

*নুংশিৎকী মতুং ইন্দুনা ভাহে লৈজবী পুথোকুনা তাম্নরম্মী। কায়নথংদা খোং অমগী ময়ায়দা মানশিংলা লেপ্পুনা লৈবা থেংনরে। ভাহে উবদা মানশিংলা মখুৎ হৎলদুনা কৌজরম্মী। ভাহে থুনমক খোং অদুদা কুমথরক্লে। অদুবু ঈয়ায় য়ৌবদদি মানশিংলা নুপথখিবনা হানখ্রে। কদায়দসু ভাহেনা মানশিংলাবু থিবা ফংখিদ্রে।*

*অদুবু, ঙসি ফাওবদা তাংখুলশিংনা মানশিংলাবু ফিশা লোনশাগী লাইরেম্বীনি হায়না লৌনরি। ■*

*৩। মশাগী ওইবা তাংখুলগী য়ুমশা মখল অহুম লৈ। ইনাক-কৈরাক খুনবা, শেন পায়বা মীওইশিংনা লৈনবা য়ুম অদুবু 'লেঙচেঙশিম' (LENGCHENG SHIM), মীচমনা লৈনবা য়ুমবুনা 'ভহোংনাউ' (VAHONGNAO) শিম, লৈত-লাইর পাখ্রা-লুখ্রাগী য়ুমুনা 'রমৈশিম' (RAMEI SHIM) হায়না খঙনৈ। নিংথৌগী য়ুম ওইরবদি চঙফমমক্তদা 'লৈশি লৈশাই কচুক' (LEISHI LEISAI KACHUK) হায়না খঙনবা খুদম থমনৈ। ■*

– করিগীনো অদুদি, ইপা?

– লখাংনুই হায়বা জগোয় অসি লীচৎ চুমদবা লৈশা মশক খঙদোক্লবা, কুম অমগী খ্বাইদগী মশক মতৌ ফজবী খন্নবা শাবা লৈশাতগী জগোয়নি। লুহোংলবী নুপীদি য়াওবা য়াদে, লৈশাবী ওইরবসু নুপাগা হিপমিন্নরুরবা লৈশাদি জগোয় য়াওবা য়াদে।

– লোৎনা কনাসু খঙহন্দনা হিপমিন্নববু করম্না খঙগনি?

– খুনগী মৌশিংনা খঙই। মৌশিংনা লৈশাগী থবাক্কী মপোপ য়েংলগা খঙই।

– অদুদি ইপা, জগোয় অদু নুপীতনা য়েংব্রা?

– কদায়দগীরা? খুন পুম্বগী মাঙদা শাগদবনি। খ্বাংগী মথক থংবা হকচাংগী শরুকশিংদা ফি থোংবা য়াদে। কোনশাং পরেংতনা থবাক্কী মপোপতু খুমগনি।

– ইকায় হায়দুনা কনাগুম্বনা জগোয় য়াও হায়বা য়াদ্রবদি?

– খুনগী য়াবু কনানা ইন্দবা ঙমগনি। করিগুম্বা কনাগুম্বী লৈশাবীনা জগোয় য়াও হায়বা য়াদ্রবদি মহাক লৈশা ওইদ্রে হায়না লৌগনি। লমচৎ চুমদবগী দণ্ড ফংগনি। লৈশা লৈশানা মৌগী লীচৎ চৎলবী অমনা মীনমদুনা জগোয় য়াওরবদি লাইনসু মাবু দণ্ড পীগনি, লবুক চৎপদা খোইনা চিক্কনি হায়না থাজনৈ। অদুনা ইচা, তাংখুল লৈশাদি কৈদৌঙেদসু লৈশারিঙেদা মৌগী লীচৎ চৎলমদে। লাইবু, খুনবু য়াম্না কিরম্মী।

অহল অদুগী য়ারীদা ঐ পুমমুন মুন্নুরে। ঘড়ী য়েংলুবদা অয়ুক্কী পুং ৯ হেন্নমলে। নোংসু হাংখ্রে। য়ারী শানীংবদি য়াম্না লৈরি। ওজা অঙমগা শেনমলাগনা ঙাইরম্নগনি খন্দুনা, নোংমা লাক্কে হায়রম্নগা ঐ থোক্লক্লে।

ফনা কম্না চুখিবা নোংনি। অদুবু লোইরোই ঙম্বা চীংলম্বী ওইবনা ঈশিং ইতুং তুংলমদে। নানবদি হায় কান্নদে, ফনা ফজনা নাল্লি। খোঙফম অমতং শোইবদা তুবা হায়বসিদি শোইদ্রে। শোইদ্রগা লোইরে খন্দুনা লম্বীগী মতাইদা লাংকক লাংকক হৌরিবা নাপী খন খন্দুনা চৎলি। শন শাদুনা চৎসিরা হায়বদু য়ৌই। ওস্প্রোক্লা য়ানা, ফনা শাংনা চৎলে। লম্বীদা কনা কনা চৎলিবা য়েংলুবা শংদে।

– হো ওয়া।

নুপীগী খোঞ্জেল অমনা য়াম্না নক্লা কৌরকই। খোঞ্জেল অদুগী খোঙ্গুল লীদুনা য়েংখৎলুবদা তুরমগদবা শম্নাদা লীৎলি। খোঞ্জেল অদু হান্না তাখিবগুম তৌখ্রে। লম্বীগী নাক্কন্দা লোইরোই হায়থখিবা খোঙ লম্বী অদুদগী নুপী অমা ঈশিং য়াওবা

এলুমিনিয়মগী পাত্র (শনাবুন মওংনি) শেগাদা য়েপ্লদুনা কাখৎলকই।

– কদায়দগীরা ওয়া?

চীংখোঙদা থেংন্দুনা খোঙবু ওইম্লিরকপী মৌনহাদুনি।

– শুম কোয়থোক্লুবনি।

ঐনা খুমই।

– চা থক্লুখিসি, ওয়া।

থেঙগ্রে, ওজা অঙল্লা ঙাইরল্লগনি হায়দুনা লাকপনি। অদুবু মহাক্কী ৱাদু হেক্তমক হিক্তোকপা ঙমদ্রে। ঐনসু ঙরাং কায়নরমদায়দা হায়রম্মী – লাক্কনি, শোয়দনা লাক্কনি।

ঐ অমুক খম্লরুবা তৌদনা মৌনহাদুগী মতুং ইন্দুনা চৎলে। তাংখুলগী ইমুংদা ঐনা খ্বাইদগী কল্লকপদি চাকখুমনি। অতৈদি খঙদে চাকখুম ফাওবদি নানবা য়াবা নাল্লি। অমুবা কোন অমতা চাকখুমদা উবা ফংলোই। ফেংলবা পুখম-তেংকোৎ পুল্লমক কংনা তৈথোক্লুনা চাকখুমগী রেক্তা থেন্দুনা থম্বা মখোয়গী হৈনবীনি। মখোয়গীদি ফুঙ্গা হায়বা অমা চাকখুম হায়বা অমা তোংঙান-তোঙান্দে। চাকখুম কাগী ময়ায় ওইরপ্লা মৈ হৌই। মদু মখোয়গীদি চাকখুমগুনি, ফুঙ্গাগুনি। অঙৈবা লমনিনা মতম পুম্বদা মৈ হৌই। নিংথমথাদনসু খিৎ হেল্লি। ইমুং-মনুং পাখং লৈশা পুল্লা মৈ তিকমিল্লবা, ফাগি জুগাই তৌদুনা অৱা পোখামিল্লবা মখোয়গী অপাম্বনি। তম্পাক্কী মতৌগুল্লা চীংদদি কৃম্মৈ শঙ লৈতে। অদুনা মখোয়গী পোখাফম হায়ববু ৱারীনি, ফাগিনি।

ইমুং অদুসু অতৈদগী তোপ-তোপ্লা নত্তে। লময়ায়মক্তদা লৈরং লৈ। মৈ খক মুৎতে। মৈনাক অদুদা লৈশাবী অমসু ফমলি। ঐ চঙলকপা উবদা লৈশাবী অদুনা হৌগৎলগা ফক্লাংদা ঙাদুনা লৈরিবা ফান অদু লৌরুদুনা থাই। ঐ মৈনাক্তদা ফান অদু থারদুনা ফমথৈ। চীংদদি মৈনা পাঙ্গলনি।

– ইচারা?

ঐনা হংই।

– মানি, ইচানি।

মৌনহাদুনা খুমলকই।

– করি মিং কৌই?

ঐনা লৈশাবীদুদা হংই।

লৈশাবীদুনা খুমলক্লিঙেদা মমানা খুমলকই – থরব্রোন, অওন কৌবসু য়াই।

ঐনা তানীংবদি লৈশাবীদুগী রাহেনি। অদুবু লৈশাবীদু মশা ভমদরবা খঙদে, ইহে হৈনীংদবঙম উই।

– লাইরিক্তি কয়াম তম্লবা, অওনদি?

হন্দকসু মমাদুনা খুমলকই – মেট্রিক পরিক্ষা য়াওরুরে। পাস তৌদে। অমুক থাও হায়রবা য়াদ্রে।

হায়নরুবা তৌদনা অওননা চা শেমলকই।

– চা থকসি, ওজা।

অওনগী খোঞ্জেল তাবা ফংলে। খোঞ্জেলতা নত্তে, মশকসু, শকওং-শাদা, শাবান পূম্নমক উবা ফংলে। খোঞ্জেল অদু থোৎ নৌবগী মতিক মমায়সু ফজে। শক্তা ফজবা নত্তে শাবানসুনি। মমীৎ অনীদু উরুরগা অওনবু কনানা তাংখুলনি হায়গনি। কুচু ঙৌই, মীৎনা রা ভাঙই। নোকপদা পকচৈ। পকচবগী মতিক নোকফেৎত তৌদুনা লৈ।

চা থকপা লাইরি। ঐ ঙৈহাক মুম্লুরে।

– কৈদৌঙে হনগদ্রা?

মমাদুনা মখা তারকই।

– জগোয় য়েংখিনি।

ঐনা খুমই।

– অওনদি জগোয় য়াওরোইদ্রা?

– তাংখুল লৈশাদি য়াওদবা য়াদবনিনে। য়াওগনি।

পুক্লীংদা থল্লি শোয়দনা ফজগনি।

– কুমসিগী বিয়ুটি ক্যুইনগী ক্রাউন্দি অওন্না উপ্পা শোইদ্রে।

ঐনা হায়। মমাদু মোমোন নোকচৈ। মচাদা হাইফেৎ য়েংলগা খুমলকই – মী পুম্বনসু অদুম্না হায়বনে।

– করি মনাদি ফংগনি! তত্থায় য়েল্লসিকো অওন।

অওন খুমদে, নোক্তা মনোকই।

ঐমক্তি চা অসি ইপামমক পামদবনি। শুকথকমক থক্তবদি নত্তে। পুক্লীংনা তাদে। হেক য়াবা মখৈ থক্তনবা হোৎনৈ। অদুবু ফনা চাওবা মক অদু থনকোক য়াওবা চা অদু অমতা য়াওরমদ্রে। কয়ম্বা মতমদা থক্লুনা লোইখিবা খঙহৌদ্রে।

তাঙ্জা য়ায়ক্রে। ওজা অঙগ্না শোইদনা ঙাইদুনা লৈরগ্রগনি। অওন্দা চৎলগে হায়রগ্রগা ঐ হলক্রে।

হৈথুম্‌গী লমদমদুদা লৈরকপা নুমিৎ তরেতনি হৌজিনগ্রে। লখাংনুই জগোয়তংদি য়েংলগা চৎকে খনবনি। কৃষ্মেদি মঙানী চনশিনগ্রে। চৎনবী মতুং ইন্না নুমিৎ হুন্নীনা লৌফম শেমলে, লাম্মৈ থাগ্রে। নীনীনা শা কৎতুনা ইরাৎ পূজা তৌরে। লবুক খোঙদাবা হৌরে।

তরুক্কী চনবা পাখং লৈশাবীশিংনা খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরকপা নুমিৎ অদু লাক্রে। মহৈ-মরোং চুন্নবা, চাকহোং ঙাহোংনবা হরাও-মথোই কাবা, জগোয় শাবা, ঈশৈ শকপা, চেন চোংদুনা শান্নবা নুমিৎনি।

অয়ুক অঙনবগী কৃষ্মে হৌরে। অঙমগা লোয়ননা ঐস্যু কৃষ্মে য়েংবা চৎলম্মী। ঐবুস্যু অঙমগা সেনমালাগা অনীনা তাংখুলগী কৃষ্মে ফিজেৎ শেৎচিনবিরম্মী। অয়ুক্তি শান্নবগী খৌরমনি। তাংখুলগীস্যু নাৎকী ওইবা মশান্না কয়া লৈজে। নুপীশিংনতগী ওইবা মশান্না সাওথৈলা, নুপা-নুপী পুন্না শান্নমিন্নবা লুংকোতলা কাহোঙলালো, হুইরৈভা, নুপাতগী ওইবা মশান্না সাও মরুওইবনি। অদুবু হায়রিবা মশান্নশিং অসিদি মমিংতগী ওইনা পাঙথোক্রে। মতমগী মশান্নশিং — ফুটবোল, হোকি, লমজেলনচিংবনা হেন্না পান্ননা শান্নরে। চাওখৎলকপগী খুদমনি, মতমগী য়াওন্নি, কনানা থিংলুবা ঙমগনি।

নাৎকী ওইবা মশান্না পুন্নমক পুমমাঙ মাঙখিবদি নত্রি। মশান্না খরদি য়ান্না নুংঙাইনা শান্নরি। য়েংবস্যু নুংঙাই, কৃষ্মেতা কৃষ্মেনি। মতম অসিগস্যু চুনবা মশানা খৌরি চিংনবী 'থিংনৈরা খাঙখুন' অহল-অঙাং নুপী-নুপা খাকপা লৈতনা শান্নরিবা মশান্ননি। নুংঙাইনবা শান্নবনি। পাখংগা-পাখংগা, পাখংগা-লৈশাগা, লৈশাগা-লৈশাগা অহলগা-অহলগা, অহলগা-নহাগা নপাক-নপাক লেপ্লদুনা খৌরি চিংনৈ। খ্বাইদগী নুংঙাইবদি কাঙলুপ কাঙলুপকী ওইনা শান্নবদু লোইরগা খুন পুম্বগী মীশিং অদু খৌরি তৎত্রি মখৈ চিংনবদুনি। খৌরি অদুস্যু লিমোন নত্রগা পয়াগী নত্তে। চীংগী উরিনি। চীংগী উরি চিংদুনা থদৎপা অরায়বা নত্তে। অদুবু থদৎতবদি য়াদে। করিগুম্বা তৎতা তৎত্রবা নত্রগা কৃষ্মে নুংঙাইহনগে হায়না খল্লবদি কনাগুম্বা মীওই অমনা খৌরি চিংনবদা য়াওরিবা মীওইশিং অদু খঙহন্দনা খৌরিদু ময়ায়দা

ককথৎকনি। খঙহৌদনা থৌরি তৎপদুনা মরম ওইদুনা মীওইশিং অদু লৈমায়দা তুগনি। ফিজেৎ-লৈতেংলবা পাখং লৈশাবী, অহল অঙাং পুন্নমক ফিভম চাদনা লৈমায়দা তুবা, উফুল রাইফুল তৈবদু উরগা মখোয় হরাওগনি, নোকনি।

অতোপ্পা য়াম্না নুংঙাইবা মশাম্না অমনা রা কাবগী মশাম্না অদুনি। শান্নবুং অচৌবদুগী ময়ায়দা রা অমা য়ুংই। রা অদুগী মমীৎ, মশা, মচী অমতা য়াওদে। শিং নাম্রা হিদোকই। মতোন অদু ককথৎতে, কোম্লদুনা লৈ। খুন অদুগী মী পুন্নমক ইকোয় কোয়দুনা লৈ। ঐসু মীয়াম মরক্তদা য়াওরি। রা অদুগী মখোক্তগী মতোন ফাওবা শাগী মহাও তৈশিন্নি। রা কাবগী কৃষ্মৈ অদু হৌদ্রিঙেদা খুনগী পাখং লৈশাশিং অমতা চিৎথদনা ঈশৈ শকই।

অমমমতা ওইনা পাখংশিং থোক্লকুনা রা অদু কারম্মী। থাও তৈরবা রাদু কাবা অরাইবা অমা নত্তে। পাখংশিং অদুনা কানবা হোৎনবা, মতেক খরা কারুরগা নানথরকপা পুন্নমক্ত উরুরগা ময়াম খুবাক খুদুনা নোকই। অশেংবা নুংঙাইরবা কৃষ্মৈতা কৃষ্মৈনি। রাদুগী মতোম্দা লৈরিবা অকোনবা শরুক অদু পায়বা ঙম্বদুনা অথোইবা ওইগদৌরিবনি হায়।

খুনগী পাখং পুন্নমক্তা মথং মথং হোৎনরকপা মতুং কায়নথংদা মশা পারপ তৌবা পাখং অমা থোক্লকই। পাখংদু ফাগিসু চেন্নি, মশা পুম্বদু করি করিনো পংয়েক্তা য়েকশিন্নি। রাদুদা তৈরম্বা শাগী মহাওসিং অদু অমদা খরা তৈখি অমদা খরা তৈখি রাদা ইতে তৈহৈদ্রবা মতমনি। তপ্না তপ্না পাখং অদু রা অদু কাখৎপ্রে। খুনগী পাখং চা কয়ানা হন্না হন্না হোৎনদুনসু য়ৌবা ঙমখিদ্রবা মফম অদু পাখং অদুনা য়ৌনা কাখৎপা ঙমপ্রে। কুমথরকপা ঙাইঙমদে ভাবক ওইরম্বা পাখং-লৈশা পুম্বা চেনশিনখিদুনা মায় পাক্লবা পাখং অদুবু থাঙ্গৎখ্রে। খরনা কোন্নি, খরনা চুপই। নিংথৌগী মনাক্তা পুশিন্নকই। নিংথৌনা মনা ফি অদু মায় পাক্লবা পাখংদুগী নমদা কুপখ্রে।

'সিবু নুংঙাইতে করম্না হায়গনি! শেন চঙদনা 'সিদগী হেন্নো নুংঙাইবা লৈরিব্রা!

নুমিৎনা নোংচুপ চীংদোন নকশিনখ্রে। চিক-চিক লাওনা ঈংলবা নুমিদাং রায়রমগী নুংশিৎসু থুংলরে। অদুবু কৃষ্মৈগী ভাবক রাংতে। অয়ুক অঙনবদগী হৌবা কৃষ্মৈনি। নুমিদাং রাইরম য়ৌরক্লবদু ফাওবা ভাবক কায়দে। মদুগী মরম হায়ববু ইরোই লোইবদা থমলিবা জগোয়গী থৌরমদু রাংপননি। ভাবক পুন্নমক্তা য়ৌরাংনা ঙাইরিবসু, ঐনা ঙাইরিবসু জগোয় অদুতবুনি।

নুমিদাং ৱাইরমগী চিক-চিক লাওনা ঈংবা নুংশিংকা শীংনরদুনা পাখংশিংনা শাফা জগোয় শারি। ভাবক ওইরিবা লৈশাশিংনা হোই লাওরি। পুংগী পুংখোলনা চীংমায় পুম্বা নিল্লি।

মথংদি লৈশাগী জগোয়নি। কুমগী খ্বাইদগী শকহেনবী লৈশা খন্নবা শাবা জগোয়নি — 'লখাংনুই'। সর্গদগী জগোয় শাবী পরেংনা কুমথরকপগুম, লোইরোই গুম্বা চীংথক্তগী লংলা অমতদা লেংবা লৈপরেংগুম অমগা অমগা লেঙগোন্নরদুনা কুমথরকই।

জগোয় অসিতবুনি ঐনা অয়ুক অঙনবদগী ঙাইরক্রিবা, জগোয় অসিতা য়েংনবনি ঐনা মফম অসিদা লাক্রিবা। অওনগী মমাদসু ঐনা থাজবা পীরম্মী — য়েংগনি, শোয়দনা য়েংগনি। অওনগী জগোয় য়েংদনদি হল্লরোই।

পূকচেন হেক শেংনা হায়রবদা ঐনা য়েংনীংবদি অওনগী জগোয়তা নত্তে, মচাগী জগোয় উবদা নুংশা খিবনা তপথবা ঙমজদ্রবী অওন মমাগী মতৌ অদুসুনি। ফজবনা তৌথোক্লকপদি নোক্লে ফজৈ, কপলে ফজৈ, শাওরে ফজৈ, শুগংলে ফজৈ। অওন মমানা অওনগী ফজবদগী তাবা নত্তে। চহীগী মতাংনা খজিক্তং লৈশিনবতনি। অওন মমা নহা ওইবগী কুচু কুমেন মাঙবা নত্রি। লোইশিন তাশিনহৌদবা মীৎকুপতা নহা ওইবগী ইরাংনা মথোই কারি। ঈশ্বরনা অওন মপাবু লৌশিনখিবা ঙনমল্লি।

লম্পাক্তু লৈশানা পিক থনখ্রে। নোমহৌ নোমহৌ, তাম্ব্রা চানা, ইনথৎলকপগী মথোই কারিবা শাবানশিংদু উৎলদুনা জগোয় শারি। কোনশাং পরেংনা থবাক্তা ঙাথ্-থেংথুরদুনা চোং ফল্লি। কোনশাং পরেং অমগা অমগা থেংঙাইনবগী মখোলনা পূমনিল নিল্লি। অদুবু তাংখুল ইপাদুনা হায়বদু চুমলে। ফিজেৎনা ফাজিন পুনশিন্দ্রবা সন্দং মচী শাবা থবাক্কী মপোপনা কোনশাং পরেংলক্তা কেকু লোৎপী শান্নবা, ঐ মঙাইরে হায়দুনা শাবা লখাংনুইগী অশেংবা জগোয় অদুদি উবা ফংদ্রে। অদু ফাওবদসু জগোয় অদুবুদি ফজদে হায়বা ঙমলোই। থম্বৌ হেরা মানবা পাম্বোম অনীগী জগোয়, তান অমতগী তাম্ব্রাদা হাই-হুম্রিবা লফু থরো মঙং মানবা খুবোম পরেং নোমহৌ নোমহৌ লেংজুমগী শাথেক, নোকমি নোকমিবা চীনবানগী মীনোক, তয়ান মানবা খজায়, শজী মীৎতাগুম্বী মীৎয়েং সিনা হেল্লি হায়নীংদে। কোনশাং পরেংনা শাথেক খূদীং, খোঙথাং খূদীং চোং ফল্লদুনা জগোয় শারি। থাখুমফিনা মনীং তম্বা ফংজদ্রবী শন্দং মচী শারিবা থবাক্কী মপোপশিংনা খাঙলি নুংশা স্বর

থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা। তশেংনমক শন্দং মচী শাবা থবাক্কী মপোপ অনীনা কোনশাং পরেংলক্তা শাবা জগোয় অদুতংগা য়াওয়ন্নবা সনাগী মথক্তা তঙ্কা থিল্লমগনি।

খুনগী লৈশা পৃম্বা অমতা চিংথদা মখৈ থোরক্নে। জগোয়দু পুক্লীং হুনা ফজরে। অদুবু অব্বাংপা অমদি অদুম মরেরে। মচাগী জগোয় য়েংগনি হায়দুনা ফেংদুনা লৈহৌবী অওন মমানা কদায়দা! জগোয় শাগনি হায়হৌবী অওননা কদায়দা!

ঐবু অওনগী জগোয় য়েংবা ফংলরোইদ্রা! ঐগী মীৎশিনা লন্দুনা উদ্রিবরা! ঐগী মীৎশিনা খন্দোকপা ঙমদদুনা মতৌরিব্রা! পুক্লীং অসি লৈতাবা ঙমদে। ঐগী নুংশুক-নুংজানবা মতৌদু উবদা অঙগ্না হংলকই

– কৈদৌরে তুম্মিন্না লৈরবদি ওয়া? কৃম্মৈ নুংঙাইত্রবরা?

অঙমগী ৱাহৈ অদুনা ঐবু মীৎকপ থোকহল্লকপশুম তৌরকই। ঐ খংপ্রেক খংবশুমসু তৌই। করিগী খংলিবনো! ঐবু ইরান লৈরববা! ফজবা য়েংনীংববু ইরাললনে!

ঐনা খুমই – নুংঙাইমন্দুনা তুম্মিন্না য়েংলিবনি।

অঙমসু মীনি। পাউখুম অসি নত্তবা পাউখুম অমা লৈবি হায়বসি মহাক খঙই। ঐগী লাংতক্লবা ইতৌদু লোৎপা য়াদে। মখা তানা মহাক্না হংলকই – ওয়া, নঙ কৈনো অমা তৌইদা।

লোৎলুদুনা কৈদৌনি। থৌনা পৃম্বা খোমজিন্নগা ঐনা হংই – অওন মমা মচাদুদি উদেনা?

অঙম নোকই। নাক য়েংতা ফল্লপ য়েংলগা খুমলকই–

– ৱা লৈ।

ঐনা তানীংলিবসু ৱা অদুমক্কি। ঙাইঙমদে ঐ।

– ৱা হায়ববু করিনো? ঐনা খঙবা য়াদবরা?

অঙমদু ৱা লোৎনবা ফনা হোৎনৈ। ঐনা তকশিনমনবদুদা খুমলকই – মৌদি কদায়দগী লখাংনুই য়াওবা য়াগদগে?

– মমাদু নত্তে ঐনা হায়বদি। মচা নুপী অওনদো।

ঐনা মনীং-মমাং থৎতুনা হংবদুদা চেনবা ঙমদদুনা খুমলকই – অওনদো লখাংনুই য়াওবা য়াদ্রে।

ঐ মখা তানা হংদ্রে।

জগোয়গী পুঙখোল, ঈশৈ, মীয়ামগী হৱাও তয়াম খোঞ্জেল পুন্নমক্তুনা ঐবু ওং নৈবগুম তৌরক্রে। অওন মমানা গুরাংতা হায়হৌবদু তারকপগুম তৌই – য়াওদবা য়াদবনি, খুনগী লৈশাদি লথাংনুই য়াওদবা য়াদে।

অওননা নোক্লীংদনা নোকহৌবা, হৈনীংদনা লৈহৌবা শকফমদু উরকপগুম তৌই। অগুন্না মখা তানা হায়রকই – অওননবু জগোয় য়াওরম্রবা, কুমসিগী বিয়ুটি ক্যাইনগী ক্লাওন অসি মাগী ওইগদবনি।

হৌজিক্তি মখা তানা গুাইনীংগুাই করিসু লৈব্রে। খুনগী লৈশা পুম্বা জগোয় শাহৌরি, ঈশৈসু অদুম শকহৌরি। খুঞ্জা পাখংশিংনা জগোয় অদু মিতানা য়েংহৌরি।

ঐদি অমুক পম্বা তৌদনা হন্নক্রে। ■

# অহুম



নুমিৎ তরানীথোই চুপ্পা পাঙথোকপা লুইরা ফনিট অরোইবা নুমিৎতা য়াররৈ* মথেল তংলবা মতুংদা লোইশিনখ্রে। য়ুম থাদোকপস্ কুইরে, কুপ্পৈস্ লোইরে। মীগী ময়ুমদা অতিথি ওইনা কুইনা লৈবা হায়বসিস্ অফবা নত্তে। য়ুমদা হনবগী মতম লেপ্লে।

খুন অদু থাদোক্লিঙৈগী মমাঙদা তাংখুল অহল অদু অমুক্তং উল্লরমগে খল্লি। উল্লনীংববুদি অওন মমা-মচাবুসুনি। উল্লরমদে, মচাগী মৈনা য়ায়রবা মমাগী মায়থোংদু উনীংদদুনা।

অয়ুক্লি, য়াম্রা ঙনবা মতমদি নত্তে। অহল অদুগী ময়ুমদা অতম্লনা চৎলম্মী। মহাক হাম্লগুম মাগী ফমফম অদুদা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐ হেক উবা মক্তদা তরাম তরাম কৌরকই — লখাংনুই নুংঙাইব্রা?

– নুংঙাই।

ঐনা খুমই।

– ইপাদি নোংমতা উদেনা?

– ঐদি য়েংনীংদে, ইচা।

মনাক্তা থারিবা ফান অদুদা ফমথরে। নুমিৎ অদুমদি মগুনুপীদুস্·লৈরম্মী।

– অয়াও ওয়াগী চা পুরকউ।

ঐনা মখা তানা খুমই — ইপা ঐঙোন্দদি পুম্লমক ইফদা ফজে, ইনুংতা নুংঙাই।

– ঙসিদগী চহী য়াম্থেমূকী মমাঙগী লখাংনুইদু উয়ম্লবদি খঙগদবনি, ইচা, লখাংনুইগী ফজবা করিনো হায়বা। নখোয়গী সাহেবকী লাইনীং অসিনা ফজবা পুম্না মাঙহনব্রবনি।

---

* য়াররৈ – ওকশানা শেম্বা অথক্লবা এনশাংনি।

লাইনীং অমা হোংখিবদা নাৎকী ওইবা হান্না লৈজরম্বা শক্তম খরা মাঙখিবা হায়বসিমদি মশানা তারবনি। তাংখুলতগী ৱা নত্তে। মতমগী মতুংইন্না অপাম্বা হোংলকপা, অওনবা লাকপা হায়বসি মহৌশানি। অওনবা অমা লাকপদা অপাম্বা-পামদবা, য়ানীংবা-য়ানীংদবা অনী লৈবা হায়বসিসু ময়েক্না তাবনি। অহোংবদু য়াবা শুমদবশিংদি হিংবা হায়বসি অৱাবনি।

অহল অদুগী হিংবগী লম্বী তেনশিলক্লে। অদু ফাওবদু অহোংবদু য়াবা শুমদ্রি। তাংখুলশিংনা খৃষ্টান ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখিবা চহী ১০০ শুজিল্লক্লে*। তৌববুদি লাইনীং অসিদা লাইমিং লৌ হায়বা য়াখিদবসি মথক্তবুদি নত্তে। মতম অমদা চীংমীশিংনা সাহেব উরগা কি-তুক্কচরম্মী। মখোয়গী ভৌদোং থুংবা মানবা মীং, শাগুন্না মতু চোম্বদু উরগা 'নুংশিৎ চঙবা মী' ওইনা লৌরম্মী। অদুনা সাহেবপু মখোয়না ৱাইফুঙা হায়না খঙনৈ। অশোন-অনাদা মখোয়না য়েংলবদি নুংশিৎ চঙগনি হায়না থাজে। চীংমীশিংনা খাইদগী কিজবা অমনা কেমেরানা ফোটো নম্বনি। ফোটো নমলিবসি মী অদুগী থৱায় চিংথোক্লিবনি হায়না মখোয়না থাজে।

মতমগী অহোংবশিং অদু য়াবা শুকঙম শুমদনা অহল অদু শোইদনা শিগ্রগনি। মহাক্কুম্বা কয়া অমসু শিগ্রবনি। মহাক্না মথৱায়মক হেক শোক্না হায়রকখিবা ৱা অমা শুসিসু কাওবা শুমদ্রি — নোংমদি মখোয় মপু-মপাগী খোঙ্গুল লীরকখিগনি। মতম অদুদা মখোয় কপকনি।

মৈতৈ ইপা-ইপুগী ওইবা থাজবা লাই লৈবগুম তাংখুলগীসু লৈ। তাইবং অসিবু শেম্বা শকখঙদবা অমদি লৈ হায়বসি মখোয়সু থাজে। শকখঙদবা অদুবু মখোয়না অরাহ হায়না খঙনৈ। খরনা থুইরুইখোং হায়নসু কৌই। পুন্নমক অসিগী অশুপ্পা মিংনা অমিও নি। লাই অসিগী খুবম খুন্নাকপগী য়ুমদা থমনৈ।

অৱা-অনা তারবা, অনা-অয়েক লৈরবা মতমদা মীওইবনা লাই শোল্লি, ইরাৎ-পূজা তৌই। তাংখুলশিংসু অদুমগাই। খেন্নরিবদি অফবা লাইবুদি মখোয়না খক পূজা তৌদে। মখোয়না হায়— 'অফবা লাইদি ফদুনতা অদুম লৈগনি। কৈদৌরুনি মখোয়বু ইরাৎ-পূজা তৌরুদুনা। মহাক্তি মীগী ফত্তনবা খক তৌরোই।' অদুনা মখোয় লাই ফত্তববু য়েংথাই-থিনগাই তৌবিগনু হায়দুনা ইরাৎ-থৌনি। পোৎ অমা

* খৃষ্টানগী লাইনীংনা মণিপুরদা য়ৌরকখিবসি ইং ১৮৯৪ দনি। লাইনীং অসিবু মণিপুরদা পুশিল্লকখিবনা ৱিলিয়ম পেটিগ্রু নি। লাইনীং অসিগী খোঙকম শেমখিবা মফমসু উখ্রুল নি।

চারমশাইদা ফত্তবা লাইগী শরুক তমই।

চহী খুদীংগী হৌজিক ফাওবা ইরাৎ-পূজা তৌদুনা লাৎনরিবা লাই অমদি ফুংহুই কমেও নি। মহৈ-মরোংগী লাইরেম্বীনি। লুইরা ফানিটকী মতমদা য়েনগী ঈ কৎতুনা খুম্নাকপনা মীয়ামগী মহুৎ শিন্দুনা থৌনিগনি।

— 'ও, কমেও মরোন, থিল চুক মিলু।' ও ঈশ্বর মহৈ-মরোং চুমহনবিয়ু হায়বনি। ফৌ খুজোক অমগী মথক্তা য়েনগী ঈ কৎতুনা লাইশোন অসি শোন্দুনা থৌনি।

তাংখুলশিংনা ফুংহুই কমেওগী শক্তমবু মশক-মতৌ ফজবী নৈশাবী ওইনা শাগৎলি। ইরাৎ-পূজাগী মতমদা মশক মতৌ ফজবী, শমনা খুনীং য়ৌনা শাংবী লাইরেম্বী ফুংহুই-কমেওনা হেক হেক লাকই। মহাক লাক্লম্বী হায়বগী খোঙ্গুল ওইনা লবুক্তা থনমই। মরাইবক ফবা মীতনা খোঙ্গুল অদু উবা ফংই হায়না থাজনৈ।

থরায় পানবা পুন্নমক্তা শিরবা মতুংদা অশি লমদমদা চৎলি হায়বসি তাংখুলশিংসু থাজে। অশি লমদম অদুবু 'কজৈরম' হায়না খঙনৈ। কনাগুম্বা অমনা মশা মথন্ত্র শিজরবা, শানা-ঙানা হাৎলবা, অঙাং উন্নবদা শিরবদি 'কজৈরম' য়ৌনা চৎপা ঙমদে হায়বসি মখোয়গী থাজবনি। থরায়দি শিবা নাইদে হায়বসিসু মখোয় থাজে।

মীরমলেন্দা অপাম-নুংশি রাইথুংখিদ্রবা শাবী-শানৌ কয়াগী থরায়না অশি লমদমদা উন্নদুনা থুংনখিবগী রারী কয়া তাংখুলগী রারী শীংবুন্দা লৈ। রারীশিং অদুগী মনুংদা মাইতোনফি অমসুং শিনমরৈশাংগী রারীসু অমনি। ঙসি ফাওবদসু রারী অসি মৈতৈগী খম্বা-থোইবীগী রারীগুম তাংখুল য়ুমথোং খুদীংদা লীনরি। মপুক্লীংনা তাজবা লুখ্রাবী মচা মাইতোনফিবু মাগী ওইবা ফংদ্রবদা নুংঙাই য়াইফ ইমুঙদা পোকপা শিনমরৈশাং রাখলনা লায়না ওইদুনা শিখি। শিরবা মতুংদা থরায় অনীনা অশি লমদমদা থেংনদুনা লৈমিম্রখি।

অতোপ্পা রারী অমনা হোরাম নিংথৌ মপারী লোংয়াওনা অপাম নুংশি রাইথুংনদ্রিঙে, তাইবং থাদোক্তুনা চৎখ্রবী থম্মোয়গী চান্নবী জামথিংলাগী খোঙ্গুল অশি লমদম তান্না চৎতুনা লীখিবগী রারীনি।

নুমিৎ ছন্নীদং নারমলগা লুংলেং শাগৈগী নিংথৌ মচানুপী জামথিংলা তাইবং থাদোক্তুনা চৎখ্রে। পাউ অদু তাবদা লোংয়াও চাবা তূম্বা থিদনা কপ্পুনতা লৈখ্রে।

কপ্পা মখৈ কপ্পরগা পুন্সি চুপ্পা কপ্তুনতা হিংদৌ শরুক অশি লমদম তাম্না চৎতুনা জামথিংলা থিরুগে খন্নে। নীংগ্রবদি হোংদবা মরীন খাবা লোংয়াওনি। অশি লমদমদা চৎনবা থৌরাং তৌরক্লে। ওবোংফি অমদা ৱাইয়ু তিংলে। নুংশাদা অমুক কংহন্নে। অমুক তিং অমুক কংহন ওবোং অদু য়ু খরুং অহুমদা তিংলে। ইরোই অমসু হাৎলে। শদোং মখৈ লৌথোক্লগা কংহন্নে। শাকং পোন্নাং অমা, ওবোং অমা পুরদুনা লোংয়াও অশি লমদম তমলক্লে। মখূৎতা তা অমসু পায়।

নুমিৎ কয়ানি শাকং চাদুনা, ৱাইয়ু থক্নুনা লাকপনা, অশি লমদমগা মীরমলেনগা লোল্লবা খুন 'কাথী চকমোম' য়ৌরে। খুন অদুগী কোম্লোং মক্তদা হনুবী অমা থেংনরে। লোংয়াও হনুবীদুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা হংই — ইবেন, খুন অসিবু করি খুন কৌবগে?

হনুবী অদু লোংয়াও উবদা ঙকখরে। পাউখুম পীবগী মহুৎতা হংলকই — ইশুনুপা নঙবু লাইরা মীরা? তাইবংমীনা চৎঙমদবা মফম অসিদা করি চা থক্নুনা লাক্লিবা?

ৱারী পুন্দু লোংয়াওনা হনুবী অদুদা তমলে। হনুবী অদুদগী ঈশিং নিরগা শাকং অদু তিংলে। ওবোং অদুসু তিংলে। অতিংবা শাকং, ৱাইয়ুদু পুথোক্তুনা থকমিন চামিন্নরে। হনুবীদু লোংয়াওগী মতৌদুদা পেনখ্রে। মতেং পাংগে লেপ্লে। লোংয়াও য়েংলদুনা হায়রকই — ইশু-নুপা, নঙ ৱারুনু। ইবেম্না ফনবা শীনগনি। নঙগী নুপী ঐনা মশক খঙই। নঙনা মাবু নুংশিবগুম মানসু নঙবু নুংশি। নুমিৎ খূদীং লৌ কুম্বদা নঙগী মিংতবু শোন্দুনা কপ কপ্তুনা চৎলি। হয়েং ঐনা মহাক্কী লম্বী তাকপিগে।

হনুবীদুগী ৱা তাবদা অমুক্তা হেন্না নৈঙমদ্রে লোংয়াও। নোংঙানবা শুইঙমদ্রে। নোং হেক ঙানবগা হনুবীদুগী মতুং ইন্দুনা অশি লমদম তন্না লাক্লে। মথোয় অনীমক অশিবশিংনা উদনবা লোৎলে। অশিবশিংদু লৌ কুম্বা লাক্লে। লোংয়াও শুইঙমদ্রে। চেম্লোক্তুনা য়েংগে তৌবদা হনুবীনা খামই।

— মহাক্তি পুন্নমক্কী ইরোই লোইবদা লাক্কনি।

হনুবীনা হায়বদু চুমলে। 'অমৈয়াও, অমৈয়াও' হায়না কপ কপ্তুনা মনীং ইথং থংনা লাক্লে। লোংয়াও চেম্লোকখিদুনা জামথিংলাবু কোম্লুরে। হনুবীদুনা খাম্বা নঙহৌদ্রে। লোংয়াওনা শোক্লুবদগী জামথিংলা হয়িং ওন্দুনা পাইখ্রে।

লোংয়াও – ফিভম অদু উবদা ও খোংনা কপ্লক্রে। লোংয়াওগী মতৌদু উবদা হনুবীদুনা থেমলকই – কপকনু ইগুনুপা, ঐনা হায়হৌদবদগী শোয়বনি। অশিবদি খুংনা শোকপা য়াদে। চৈনা হাল্লা শোক্কদবনি। হয়েং অমুক লাক্তনি মদুদা অমুক হোৎনসি।

মথংগী নুমিৎতসু জামথিংলা মীয়াম অদুগী মমৈ খোমদুনা কপ কণ্ডুনা লাক্লে। হনুবীনা হায়বদুমক লোংয়াওনা পাঙথোক্লে। কোচি পানবা চৈ অমনা জামথিংলাবু তুংলোমদগী কোৎলে। জামথিংলানা হেক ওস্লেক্লকপগা লোংয়াওনা কোনশিন্দুনা ফারে। জামথিংলা চেনবা নংহৌদ্রে। লোংয়াওনা শোকপদগী মহাক মী অমুক ওইরে।

মখোয় অনীমক চেজেং কোল্লরে। লোংয়াওগী নীংবা থুংলে। অহিং অহুম হনুবীদুগী য়ুমদা চা-থক্তুনা লৈরবা মতুংদা জামথিংলাবু পুদুনা মীরমলেন্দা হল্লক্লে।

রারী অসি নত্তবা অশি লমদমদা মীওইবনা চৎপগী রারী কয়াসু লৈরি। অসুল্লা অশি লমদমদা চৎপা অসিবু তাংখুলনা 'কজৈ কজঙ' হায়না খঙনৈ। অশি লমদমবু ঙক্লিবা লাই অদুবুনা 'কোকতো' হায়না কৌই। শিরবা মতুংদা থরায়না অসি লমদম য়ৌরবা মতমদা লাই অসিগা উগ্রে হায়না থাজনৈ। অশিবা হকচাং ফুস্বা মতমদা ফি অমমম হাপই। মদু লাই অদুদা কৎনবনি। হেক শিবগসু থরায়না অশি লমদমদা চৎতে। অহিংবশিংগী মরক্তা চাবা-থকপা, তুস্বা-পুল্লমক য়াওদুনা মতম খরদি অদুম লৈ হায়নসু থাজনৈ। অদুনা শিল্লবা মীওই অদুগী মহুৎ শিন্দুনা নুং নব্রগা উপাক্টী ফিদা অমদা ফি অরুবা অমা থমদুনা খুভম শেমই। খুভম অদুবু 'থিংখোঙ' হায়না খঙনৈ।

অশিবা মীওইশিংগী থরায়না কজৈরম য়ৌবা ঙল্লবগীদমক্তা চহীগী লোইশিল্লকপদা চহী খুদীংগী লাইনীং লাইশোনগা মরী লৈনবা কৃস্মে খিশান ফনিট পাঙথোকই। কৃস্মে অদু পাঙথোকব্রি ফাওবদি কজৈকতনা (থরায়না) য়ুময়াদা নৈশিন্দুনা লৈ হায়না থাজনৈ।

লুইরা ফানিটকী হেক মথংদা তাংখুলগীদি কৃস্মে অসি মরুওইবনি। কৃস্মে অসি উচান পাম্বী অমা য়ান্দুনা মৈ থাবদগী হৌগনি। অশিবগী থরায়গা অচঙবগা কায়নবগী থৌরমনি। নীনী চনবা নুমিৎতগী ইরোই কক্তুনা ইরাৎ পূজা তৌগনি।

ইরোই কক্তুনা ইরাৎ পূজা তৌবগী নাৎকী ওইবা চৎনবী অমসু লৈরি। ইরাৎ পূজা তৌনবা খনগৎলবা ইরোই অদু অহানবদা অকোক অমসুং মখোঙদা থৌরী ময়াম অমা য়েৎশিনগনি। মখোঙ অদুদা থাংফমসু থমগনি। থৌরীনসু য়েৎশিল্লবা, থাংফমসু থমগ্রবা ইরোই অদুনা শাংনা চেনবা ঙম্রবদি ইমুং অদুগী মীওইসিং অদু পুন্সি নুংশাংগনি হায়না লৌনৈ। শা অদুগী মঙং মতৌদু য়েংলগা শিখিবা মীওই অদুগী লমচৎ লেপ্পী। কুম্মৈ অদুগী মঙানীঙবা নুমিৎতা ফি অস্তৌবা অমনা ফিরাল শেমদুনা চিংখৎলি। তরুক্কি চনবা নুমিৎতনা অশিবনা চানবা 'খমুই' (ভল) হৌই। তরেতনি চনবা নুমিৎতগীদি পূকয়ু থকপা হৌরে। নীপালনি চনবা নুমিৎতা ফিরান অদু লৌথগনি। নুমিৎ অদুদগীদি খুল্লানবশিংসু কুম্মৈ অদু য়াওবা য়ারে। মাপলনি ঙবা নুমিৎতা লমহাং থোক্তুনা ইরাৎ পূজা পাঙথোকই। অশিবগী মিতম শাদুনা লমহাংদা অমসুং লৈঙফুদা পুথোকই। মিতম অদু অপাকপা ফক অমগী মথক্তা থমই। নহা ওইনা শিখিবা মীওইগী মিতম্না ময়ায় থংই। হিংলিঙৈদা মথৌনা ফরস্বা মীওইগী মিতম্না খ্বাইগী মাং অমসুং তুংদা থমই। মদুনা অশিবা খুৎপু অদুনা অশি লমদমদা চৎপদা লম্বীদা থেংনবা খুদোংচাদবা কয়া মায়য়োক্লবদা খুদোং চাই হায়না লৌনৈ। ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংশিংনা কুম্মৈ অসিগা মরী লৈননা 'খমহোন' পাঙথোকই। ইরোই কয়া হাৎতুনা য়ুমথোং খূদীং য়েল্লি। শিখিবা মীওই অদুগী মশেন মবাই অমদি মাম্মাশিংনা 'খমহোন' গীদমক জগোয় শাই, ঈশৈ শকই।

শিখিবা মীওই অদুগী লেঙ্গা অমনা নুমিৎ অদুদা শিখিবা মীওই অদুমক শাই। মহাকসু পাঙথোক্লিবা জগোয় ঈশৈ অদু য়াওই। মীওই অদুবু তাংখুলনা খিলাকাফুং হায়না খঙনৈ। জগোয় শাবা লোইরবা মতুংদা খিলাকাফুংনা লৈত-লাইরশিংদা শেন অমসুং ফি দান তৌই।

শিখিবা মীওই অদুনা হিংলিঙৈদা মথৌনা ফবা মীওই অমা ওইরম্রবদি নুপীগী ফিনুংগী হকচাংগী মিতম 'ঙলামুই' অমা শাদুনা থমই। হিংলিঙৈদা নুপা অদুনা মঙং-মমাম্রবী কয়াগা চাকতিন ফিতিম্নরম্মী হায়বা তাকপা খূদমনি।

ইরোই লোইবদা খুনগী মীয়াম্না মখূৎতা উচান মৈরা পায়দুনা অশিবশিং অদুবু জেফর (খুনগী গেট) তাম্রা থিন্দোকই। মখোয়না হেক হম্লকপগা য়েন হাৎতুনা মাংলাহোকসাংগী (থরায়-মি কৌশিনবা) থৌরম পাঙথোকই।

নুমিৎ তরানিথোইনী চুপ্পা পাঙথোকপা খিশান ফনিটকী থৌরম অদু নুমিৎ নীনী শাগৈ-নাতে, মরী-মতা পুম্নমক্তা চামিন থকমিম্রদুনা লেনমিম্নরবা মতুংদা লোইশিল্লি।

চাসু থক্কে। মতমগী অওনবা নুংশিংনা মচী লেঙহনবা ঙমদ্রবা, মপানাং মপুনাংপু চেংনা কোম্দুনা লৈজবা তাংখুল ইপাদুগা ফনা কুইনা ৱারী শারদুনা ফম্নিন্নরে। য়াম্নসু তেন্না অনীরক্তং উন্নবদূদা ঐনদি করিসু পীরম্বা ঙমদে। অদুবু তাংখুল ইপাদুনদি কাউবা লৈররোইদবা ৱারী শীংবুন কয়া খুদোল ওইনা পীরক্কে।

উন্নবা খূদীংমক্কী অরোইবদি কায়নবনি।

পুন্নমক লৈহৌরে। তাংখুল ইপা লৈহৌরে। অঙম অমসুং মাগী নুপী সনমলা লৈহৌরে। অওন মমা মচা লৈহৌরে। চিঙ্গাও চীং লৈহৌরে। হৈথুম লমদম লৈহৌরে।

অওন মশুংলাং চীংগী হরি ওনথ্রবা লাইরমচা মরাসু মশানৌ অওনবু লেপ্পা লৈতনা কৌর-কৌরদুনা লৈহৌরি –

ও, লৈগসিয়া অওন

ও, লৈগসিয়া অওন। ■

# তামহৌরবা উখ্রুল



ঙরাংগী থৌদোক ঙসিগী য়ারীনি, ঙসিগীনা হয়েংগী। নক্লরিঙৈ, নুমিৎ খুদীং উন্নরিঙৈ করিসু খল্লমদবা ঙরাংতা থোকখিবা, চহী মরিগা থা নিপালগগী উখ্রুলগী থৌদোকশিং অদো ঙসিদি কাউবা য়াদবা য়ারী ওইররে।

মপূক্লীংনা তাদবা নুপাদা কুন্দো পরেং হুকপা তারবী নুপীনা লৈ-কোয়বদা থাংবা খোঙথাংগুম, তন্দে মান্দে, নীংকোক নীংকোকপা পূক্লীং ঈহুল অমগা লোয়ননা ঐ উখ্রুল খোঙদারকখি। তুং কোয়খিবদি নত্তে। উখ্রুল অমুক অনীরক চৎলবা মতুং, চীংগী উন পুবা নুংশিৎকা শীংনদুনা ইম্ফাল-উখ্রুল হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা ললোন ইতিক তৌরিবী থৌনা ফবী মৈতৈ নুপীশিংদু উরুবদা মথন্তু নেমথজখি।

মখোয়শিংদু উরগা পূক্লীংদা য়াহং অমা তত্তনা হংলকখি — করি হেন্না ওইজ-ওইথক ফংদুনা তম্পাক নিংঙোলশিং অসিনা চীংদোন অসিদা চাক্তাররিবা!

পাউখুম তরাই তরাইদে। ভাবনা শাদুনা হেক্তা শেমগৎপা পূক্লীংনা য়ানীংদে। অদুনা পাউখুমগীদমক ঐ মখোয়গী নাক্তা নক্লা চঙশিনবা তাই।

– 'তাদা, মমল য়াওদবী ঐসে ইচাগীদি মমানি।'

মমিংগী মাং অমসুং তুংদা অথিবা য়াহৈ অরৈমখৈ তপশিনবদা ইপক্তা পকচরবী কায়োনবী অমগী য়াহৈনি। কায়োনবীদুগী মমিং ইবেনুংশি কৌই। চাউদম শাংদমই হায়দুনা শাজাউবী হায়না ময়াম্না খঙনৈ। চহী কুম্থ্রা মঙা-তরুক্কী লেঙ্গানি। কুচু মুনং তৌই। মুবগীসু ফজবা লৈ। ফজবদুমক মহাক্কী য়াংতে। মীয়াম্না মহাকপু মিতানরিবদি মশক্তা নত্তে। চুং-ফিরান চানা ফজবা শাবান অদুনি।

কোম-কাগী থোঙ্গুল লীবদনি মহাক্তা খঙনখিবা। উখ্রুলগী উন পুবা নুংশিৎকা লাম্বা তৌবদা কোম-কা য়াম্নমক মত্তেং ওই।

করিদগীনো খঙহৌদে, অমুক্তং শকখঙনরুবদগীদি মা-ঐ খংনক নকশিন্নখ্রে।

মহাক্না শকখঙনরুবদুনা লেনফম খঙদবা লংফৈগী মতম খরদি লেনফম খঙখি। ওফিস হেক কুন্নকপগা, ক্বাটর চঙথ্রিঙে, নুমিদাংরাইরম খূদীং মাগীদা ক্বা চাবা হেক হেক চংলি। ক্বাত নত্তে, চা থকমিন্ত্রে, অচাপোৎ চামিন্ত্রে। পূন্নমক্তুগী মথক্তা হেন্না নুংঙাইরিবদি মা-ঐ শোক্লবা বাহৈগী লান অদুনি। লানমক্তি হায়নীংদে, মশান্না হায়বনা চাপ্রে। চীন কাংজৈদদি ঐসু ফনা ফবা শান্নরোই অমনি হায়দুনা লৈজবনি। অদুবু মহাকপু মায়থিবা পীবা অরাইবা ওইদে। মতম পুন্নমক্তা মহাক্তনা লাকচবদি নত্তে। মানা নোংমা ঐনা নোংমা হায়দুনি।

ইবানিনা ঙাঙন-শক্লরিবদু অতাবা অমনা তারবদি লান্না লৌদনীংঙাই লৈতে। মতৈ-মনাউ ফাওবা অদুন্না খক ঙাঙনদে। খুৎতনি য়াওনদবা। খুৎ য়াওনদে হায়বসিমক কনানসু থাজরোই। অদুবু খুৎ য়াওনদে হায়বসিমদি শেংলবনি।

ঙাঙনীংবা ঙাঙন, হায়নীংবা হায়না ফনা নক্না তিনরে। অদুবু মহাক্বী অশেংবা মশক্তি ফনা কুইনা খঙবা ঙমদে। মদুগীসু মরম লৈ। ঐ পাংদে। মহাক্বী নাক্তা য়ৌনা চঙশিনবা ঙমদে। তশেংনমক খোঙচৎ অদুমক্তি ঐ শুকপাম পামদে। ঐগী অপাম্বদুমক মহাকসু খঙই। অদুনা মহাক্লসু খক চঙশিলক্তে।

উথ্রুলগী মীয়ান্না মাগী মরমদা খক ফনা ঙাঙনদে। মাগা তিন্ত্রে হায়দুনা ঐবুসু নোক্নীং নোক্নীংবা রা কয়া হায়নৈ। লোৎনা কয়ানি, ফোঙনা কয়ানি। মখোয়না লোৎনা ঙাঙনজরবসু নাকোংদি হেক্তা য়ৌরকই।

– হন্দক্তি শাজাউবীগী লূদা ঙাজাউ অমা চঙলে।

ঐগীদমক রাবীবা, নুংশাথিবীবা কয়াসুনি।

– তাদা নঙ, ইনম্মদা তাকথোক তারে।

– ঐনা কৈদৌরগেনে, মেম্মা?

– শাজাউবীগীদা চঙবগী।

– ক্বা চাবা চৎপসিবু য়াদ্রবরনে, মেম্মা?

– উথ্রুলদা ক্বা য়োন্নিবসিবু শাজাউবীদরনে, তাদা?

ঐবু তশেংনা ফহন্নীংদুনবু হায়রিব্রা। ইবানি তিন্নবদুদা কন্নক্তুনবু হায়রিব্রা। ঐ লাম্বা ফংদে। মখোয় পুন্নমক্না ইবেনুংশিবু অসুক কান্না উরিবদি কররিদনো। নক্লরিবা ঐনদি উবা ফংদে। মশানা মশাগী নাতোন শুমাং উবা ঙমজদে হায়বদুরা।

ঐ ইবেনুংশিবু খক কনখৎলোই। নহাওইবগী ইরাংনা মথোই কারিবী নুথ্রাবী অমনা ময়ুম থাদোক্তুনা লাক্লগা চীংদোন অসিদা মথক্তা পুক্নি লেপ্লিবী নুপী অমদা

করি অফবা হায়নীংঙাই লৈ। মশামকসু য়াজে – তাদা, ঐদি ইচামক্সা ফাওবা ইমানি হায়নীংলরোইদবা পুন্সিনি।

বাহে অসিমক মা-ঐ ঙাওনখিবা ব্বারেম-ব্বাচোই, ফাগি ফরাং মরক্তা য়াওরকখিবা নাহেখোল অমনি। বাহে খরসিতা নত্তে, চীন কাংজেগী অওক অথোমদা শেন্নহৌদবা মিংকুপ্পা মতেক মতেক নাহেরকখি। মতং মতংকী নাহেখোল অদুনি ঐনা লেংশিন্নবা হোৎনরিবা। মতং-মতংশিং অদুনা পুনশিন্নগা বারী লীশাং ওইরকপনি।

মহাক লুপ্পাবীনি। মশাগী চহী ১৫তা ঙাইরিঙে, মপূক্লীংনা তাজবা নুপাদা ময়ুম পান্নকখি। খোঙদারকপদা ঙাইরিবা য়ুম্বান পুন্সিদু শারেপ ফাবা নঙখিদ্রে। নুংশি-চান্না য়ুম্বানমিন্নরকপগী খুদোল ওইনা মচানুপা অমা মতম্পাক্তা শিন্নরন্নগা মাগী নুপাদু পুন্সিগী ওইনা মাবু থাদোক্লুনা চৎখ্রে। মতম অদু মহাক চহী কুনমরি মঙাতা শুরি।

চেনবা য়াখিদে, চেনগে হায়নসু খনখিদে, মতম্পাক্কী মচাদুবু য়োকপা অমসুং মীওইনবা শেম্বগী পোৎলুম অদু পূরদুনা হিংলি। মচাদু চাউরে, শিলোংদা লাইরিক তমলি। মপাদুনা হিংলিঙৈ, চহী নিপালতা ঙাইরিঙেদগী মহৈ তন্নবা শিলোংদা থমলকপনি।

– তাদা, মপোক থিরকপনিনা শিখি-নাখিবা থোক্লবদি খঙদ্রে। মদু হেক নৎত্রিমখৈদি মপাগী অপাম্বসিদংদি থুংহন্নগে।

ঐনদুম ফাগি তৌই – নঙনা অদুক বানা য়োকচরগা হয়েং নমৌনা চেনপ্পবদি কমদৌবা?

– ঐ মমা অমনি তাদা। মমা অমনা তৌফম থোকপদু তৌবতনি।

মচীন্দদি অসুন্না হায় অদুবু মপূক্লীংদদি অকিবনা থন্নি। নোংমদি নুংদা ওমদুনা লৈবা অকিবদুমক মপান থোক্লকখি – তাদা, শিলোংদা লৈবা খাসি নুপীশিং অসিবু পোৎশেম যাদুনা নুপা ফাবা য়ান্না হৈ হায়সিবু চুম্রা?

মহাক্কী বাতাদুদা ঐ নোক্লীংলে। অদুবু মহাক্কী মমায়দা তারিবা অব্বাবগী মমি অদু উবদা নোকপা ঙমদ্রে।

– নহাক তম্বা চৎলুগে হায়ব্রো?

– অদুই নত্তেদা তাদা। ইচাদু পরিক্ষা লোইখ্রে। মণিপুর থোক্লকলরোই, লমকোয়বা চৎকনি হায়রে।

– চৎচশনু, লমকোয়বা ফৈনা, নহা ওইরিঙে চৎতনা করম্বা মতমদা চৎকনি।

মহাক্কী মমীৎ অনীদু মপি ইরা চেম্লকই। ইবেনুংশিগী পি উবা নুমিৎ অদুনা অহানবনি।

ঐসু য়ানীংই। মমা অমা ওইনা মচাগীদমক তৌফম থোকপশিংদু মহাক তৌরি। মহাক্কুম্বী চহী লেঙ্গানা ময়ূম থাদোক্লনা চীংলৈবাক্লদা, মরোল-ইরোল তীম্রদবা মীয়ামগা লোইনদুনা শেল তানবা, মচা লংফৈদা থাদুনা মহৈ তমহনবা শিদগী হেনবা মহাক্কুম্বা লেং অমনা করি তৌরুগনি। অদুবু মচা অমনা মমানি হায়নীংলোইদবা পুন্সি মরেন হায়বদুমদি অসূক কুইনা তিম্ররকপসি উবা ফংগ্রি।

থবক মতানা ঐ ইম্ফালদা য়াম্রা তোইনা থোকই। ইম্ফালদবু থোক্লবা হাপ্তা অমদি শোইদ্রে য়ূমদা লৈথোকপা। উখ্রুলদা লৈখ্রগা ইম্ফাল থোক্কদবা তাম্রি, ইম্ফাল থোরক্লগনা উখ্রুল চঙনীংদে।

ইম্ফালদা থা অহুমমুক লৈরুরবা মতুং ইম্ফাল উখ্রুলগী খোঙচৎ অমদনি। বস তোংবগীসু তোপ তোপ্পা মহাও লৈ। খোঙবু মতা চারবদি ইম্ফাল উখ্রুলগী কিঃমিঃ ৮৪ অসি কিপ্পমিঃ অমদা হম্বা, পুং ৩/৪গী খোঙচৎ অদুনা মিনিট লোমদা তেনশিনবশুম তৌবা হেক হেক য়াওই। মতা চাদ্রগনা শাংলবা পুং ৩/৪গী মতমদু চীন খুমদুনা চৎপসু কোঙ্গাইনি। মতা চাবা হায়বসি ফমফম ফমফমদা লৈবে।

নোংমদুগী খোঙবু মৌনহা চাজেনবী অমগা তারম্মী। মৈতৈনি। মোইবাংদগীনি হায়। মচানুপী অমা, পুংকক চাউরে, মচানুপা অমা, চহী ৪/৫গী লেংনি। মচানুপাদু মপোপ মতাং ফৈ, মমায়দু বুব-বুব লাওই। য়েংবা নুংঙাই। মৌনহাদু বস তোংদুনা লমশাং তোইনা চৎতবা মান্নি।

খোঙবু মতা চাদবা হায়বদুমক থোক্লে। অঙাং অনীদুদি করিসুবু তৌদে। মমাদুদি খোঙনাউ রোমদা ওনখিবদগী শুকওনবু ওস্লোক্লব্রে। য়াম্রা বানা উই। ফনা ফজনা হম্পোকই। মচা অনীদুদি য়াম্রা মথৌনা লৈ, করিসু থোইদোকপা হৈনদবগী মওং উদে। মচেদুনা মৌপ্বাদু শেম্ররি।

লম্বুই য়ৌরকপদদি, তৃম্বখৈ তুমলুরগা মৌনহাদু হৌগৎলক্লে। মচানুপাদুদি মচেগী তম্পাক্তা ইরেঞ্জনা তুমথগ্রে। মহাক্কী অবাবা মতৌদুদা ঐনা হংই – কদায় য়ৌগদবনো, য়াম্রা বানা উরে।

– উখ্রুল য়ৌগদবনি তাদা। তাদসু উখ্রুল য়ৌগদবরা?

– মানি। উখ্রুলদা থবক তৌবনি। ইবেম্মদি কৈদৌবা লাকপনো?

– মপাগী নাক্তা।

- মপাদি করি ওফিসতা থবক তৌবা?

- সিফাইনি তাদা।

- অদুদি, এম,আরদা তারেনে। ঐগী লৈফমস্ এম,আর মনাক্তনি। উখ্রুলদা অমুক্তা লাক্লিবরা?

- বস তোংবা য়াদবনিনা তোইনা লাক্কে, তাদা। অনীরক্তি লাকখ্রে।

- মপাগা পুন্না লৈনবা তৌদনা।

মৌনহাদু শাউবু শাউব্রা করিনো ঐগী পাউখুম খুমলক্কে। ওন্ন, তৈননা হংলকই

- তাদস্ ইথন্ত্র লৈব্রা?

- নংত্রবদি কৈদৌনি? লংফৈদা ইমুং-মনুং পুবা ঐদি পামদে।

- লাংফৈদা নুপী-অঙাং পুরবদি পাখঙ শবা য়াদে, নংত্রা, তাদা?

মহাকী বাদু মরৌলে। ঐনা নোক্লদুনা খুমই - ঐদি উখ্রুলদা কুইনা থক লৈতে, ইবেম্মা। ঐনা ঙসি লাক্লিবসি থা অহুমগী মতুংদনি।

নোকফেৎ তৌখি মৌনহাদু। ঙৈহাক অমুক তৃম্মিন্না লৈরুরগা মখা তারকই - উখ্রুলসিবু নুংঙাইব্রা লৈবা তাদা?

- মহৌশা লাকখ্রে হায়বদায়নে?

- উম লাকখ্রে।

- লৈবা হৈরবদি য়ান্না নুংঙাইবা মফমনি।

- লৈবা হৈবদুনা ওইবতাই, মখোয় মপানা থা ৬/৭ নুপী-অঙাং কাউবমখৈ, য়ুমদা পাউ অমতা পীরক্তনা লৈখোকখিবসি।

মীগী ইমুং-মনুংগী বানি ঐনা করি হায়রুগনি।

- থবক্না য়াদদুনা তৌবা ওইরিনিদা। পাউ পীদবদুদি চুমদে।

- নুপানিদনা নুপীনদি কৈদৌবা ঙমগনি?

মরৌ লৈনা খুমলকই।

বারী শানা শামা লাকপনা এম,আর মপা য়ৌশিলক্লে। ঐনা হায় - ইবেম্মা, এম,আর মপাদি য়ৌরে।

- উম সিদা কুমথবনা চুমগদমান্নে।

- এম,আর মক্তদা লৈবা নংত্রনে?

- খঙদে তাদ, খীগদৌরিবনি।

মমা মচাদু কুমথহৌরে।

কাটরদা পোৎচৈ থমজিলয়গা ঐ ওফিসতা অমুক চৎপা তাবনি। বামন্দুনা ঐ ঙৈহাকসু ফমদুনা লৈথোক্লুরে। পূংখায়মুক্কী মতুংদা ঐ কাটরদগী থোক্লক্লে। মমা-মচা অহুমদু লম্বীদা চৎতুনা লৈরম্বদুদা ঐ ঙকলুরে।

– কৈদৌরে ইবেন্মা, থেংনদ্রবরা?

ঐগী পাউখুম পীবা তৌদনা হংলকই – তাদা ফোরেষ্ট চৌকিদারগী কাটর করম্বনো?

ঐগী কাটরদগী কাটর অনী খল্লগা মখা ওইরপ্পা ফোরেষ্ট চৌকিদারগী কাটর লৈ। ঐখোয়না লেপলিবা মফমদুদগী য়েংবদা অদুম উরে।

– তু, আদা নুপী অমা ফি শুরিসিদনি।

– তাদগী কাটরনা করম্বনো?

ঐনা ঐগী কাটর খুৎ খিন্দুনা তাকই।

মমামচাদু মরী মরী ফোরেষ্ট কাটর তন্না চৎখ্রে। ঐসু ওফিস তন্না লাক্লে।

নুংথিল পুং অহুমুক্তা তারি, ঐনা ওফিসতগী কুন্নকপদু। বস তোংদুনা লাকপা নুমিৎসিদি হকচাংসি ইথিন থিন্দোকই। ভীয়ু লেগু য়ৌবগীদুদা ইবেনুংশিদু থেংনৈ। মাগীদা হেক হেক ফম্বা নুপাদুগা ঙা লৈদুনা লৈরম্মী। ঐ উবদা মহৌশাগুম নোক্লদুনা কৌরকই – গুসি লাকপ্রা তাদা, য়ুমদা কুইনা লৈরুদুনা তৌমাগ্রে, নহা ওইথোক্লে।

– নঙ মঙাইরেহে ঐবু থাগৎপীরিসি, ইবেন্মা।

সোরোগী দুকান্দগী য়েরুম অনীখক লৌরগা লাক্লে। টাউন হোল য়ৌরমদায়দা মদন থেংনৈ। মদন দি আই সিদা থবক তৌবনি। মঙোন্দদি উথ্রুলসি চপ চানা মরৈকায় ওইরে। চহী তরামুক গুরে হায় য়ুমগী নুপী অঙাং পূন্নমক পুরক্লুনা লৈরক্লিবসি।

– ঐদি ট্রান্সফার চৎখ্রবোই নীংলুরে।

– কদায়দনো নঙবু?

– কদায়দা ওইনি, ভিডিও য়েংবনিদনা।

উথ্রুলদা পোখাফম হায়ববু ভিডিও য়েংবা মঙাইরে। চীলহাও থিবা মীওইবনি। চীংগী দৃশ্য ফজে। দৃশ্য ঙাক য়েংদুনা মতম পূম্বা লেনবদি য়াব্রদো। মতন্না পীবা

পোখাফমনি, উগ্রল্লদা ভিডিও পাল্লর। কুইদ্রি ভিডিওগী নুংশিং য়ৌরকখিবা। উগ্রল্লদা ভিডিও ফিলমগী নুংশিং তাবা হৌরকখিবা মতমদুদদি য়েংনীংবা মখলগী ফিলম য়েংবা ফংলম্মী। অদুবু নহারোলনা অমসুং মীয়াম্না পাম্নবা মখলদুদি থিংগ্রে। ঐসু উগ্রল্লদদি ভিডিও ফিলমগী পক্কা ভাবকনি।

– উগ্রল্লসিবু কমদৌরিগে?

ঐনা হংই।

– উগ্রল্ল নত্তেনে। নঙ নরাইবক থীরে। ভিডিওদগী হেল্লা নুংঙাইবা কুম্মৈ অমা উহৌদ্রে।

– করি কুম্মৈনো?

– হেরা শাজাউবীদো, মাগী মনাক্তা মোইরাংলোমদগীনি হায়ব্রা করিনো মৈতৈ সিফাই অমা হেক হেক ফম্মিদনা।

– অদুবুদি হৌজিক্তা ভীয়ুলেঙদা থেংনরম্মী। ঙা লৈহৌই।

– নুপাদুগী নুপীনি হায়দুনা নুপী অমা ঙসি মচা অনীগা থুংলরে। অস, লোইশ্রে হায়রিসিনি। সোরোক ময়ায় মক্তদা নুপীদুগা শাজাউবীদুগা নম্নবগী ৱানি। চুম্না নমনবতা নত্তে। অথেংবগী ভিডিও ফিলম কচ্চা। মফি-মরোনকা সব পূমকোক।

– কমদৌশ্রে অদুদি?

– অমনা অমদৈ হেন্দে, ভাই। অমদুসু থথাগী নুপী নত্তে। মফিদুতং নাম্থরমদ্রবদি শাজাউবীগী মশমদু অমতা য়াওরমলোই।

– ইবেনুংশিদি কৈসু থোকখিদবদৌনা নোক নোক্কুনা নুপাদুগা লৈহৌইনা। ঐগসু কৌনরকই।

– অদুনিনে মহাক্কী মগুণ হায়ববু।

নেপাল্লি দুকান্দগী ক্বা অমমম চামিম্নরগা ঐ ক্বাটরদা চঙলক্নে। পাউ মতাদুদা ইবেনুংশিগী দুকান্দা ক্বা চাবা চৎকে খন্দ্রে।

চাক তোক্লগা কোন লীক শেংদোকপা লোইবদা নুমিৎ পূমতা তারে। ফমুংদা চঙদুনা হিপ্পা নত্তনা উপায় লৈতে। বস তোংদুনা লাকপা নুমীৎসিদি তৃম্বসু নুংঙাই। ফমুংদা হেক হিপথবগা বসতা খোঙবু ওইমিন্নরকপা মমামচাদু নীংশিঙলক্নে। মদননা তন্নগ্বা পাউদুগা নুপীদুনা হায়খিবা ৱাহৈদুগা য়াম্না নক্লবগুম তৌই।

– 'লৈবা হৈবদুনা ওইবা তাই, মখোয় মপানা থা ৬/৭ নুপী-অঙাং কাউবা মখৈ, য়ুমদা পাউ অমতা পীরক্তনা লৈথোকখ্রিবসি।'

তাঙ্জা অদু মক্তদা মপান্দা কনানো অমনা কৌরকই।

– ওজা, ওজা।

অমুক্তা তাখিদ্রিবা নুপাগী খোঙ্গেলনি। উগ্রলদদি মী লাক্রে হায়দুনা খোঙ হেক হাংদোকপসি হঙ্গোইনৈ। মতম ফত্তবননি। ঐ নাকোং থাঙ্গৎতুনা তাই।

– ওজা, রা অমতা হংজগে?

মৈতৈনি হায়বা ফাওবদি রাঙাঙদুদগী খঙলে। খোঙনাউ হাংদোকই। পূম্মম মমই। কনামতা উবা ফংদে। মী অনীদি শুই। রারী শারি।

– সি ও তারবদি তূম্মিন অঙাওবদুবু লোইরনিনে।

– তারবদি নত্তে, তারবনি। নুপীদুনা চঙদুনা লোইনা লীরম্রবনি।

– অন্‌বু হৌজিকপু কদায়দনো লৈরমগদবা? মাদি উগ্রলদা য়ান্না তোইনা লাকপসু নত্তে। খঙনবসু লৈরমলোই।

– ঐদি ফনা হায়বিবনি। কোয়গে হায়রগা নশুং-নমান্নবা তগৎ তগৎ তেকপা পীক থন্না লৈরিসি কোয়য়ু। হনুবীসি নৎক্রবদি লৈত্রবরা?

– নঙগী রাদুদি ইতাওগী মীৎ অদু ঐঙোম্দা পান্নমলবদি হায়বদুনি। চানীংবা এনশাং হাওবনে।

রারীদুদগী খঙলে মখোয় অনীমক মৈতৈনি হায়বা। ঐনা হংই – কনা কৈদৌবা য়াওরবগে?

– কৈসু তৌদেদা। ফোরেষ্ট কাটরসিবু?

ঐ নে হেক তাই। কাটরদু ঐনা তাকখি। মখোয় চৎখ্রে। খোঙনাউ লোনশিল্লগা অমুক হিপথরে। মহৌশাদি বস তোংদুনা লাকপা নুমিৎসিদি কোক্তা মোনগা হেক তাইনবদা তূমথবনি। তূম্মা য়াদ্রে। খবর পাদুনা অমুক য়েংলে। রেডিও তপ্পা থাগৎতুনা ঙৈহাক অমসু তাদুনা লৈরে। নিংথমথাগী মতমদা নুমিদাং পুং ১০ তাশিলক্রে।

– তাদা, তাদা।

মঙওই হাওই মপান্দা নুপী অমনা কৌরকপা তাই। য়ান্না হৌনসু কৌদে। নুমিদাংনিনা হৌনা কৌদ্রবসু অদুম তাই। ঐ খুমদে।

– তাদা তুম্রবরো? ঐনে, খোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ু।

মখোল অদুদগী খঙলে নুপী অদু বসতা খোঙবু ওইমিন্নরকখিবীদুনি। ঐ খোঙনাউ হাংদোকই।

– কৈদৌরে?

– কৈসু তৌদে তাদা, থোঙ অমুক্তা হান্না হাংদোকপিয়ু।

ঙৈহাক খঞ্জাগ্রে। হাংদোকসি কদায়, হাংঙমসি কদায়।

করন্না হাংদোক্তনা তোক্কনি। থোকঅবা হায়দুনা থোঙ হাংদোক্লে। হাংদোকপা ঙাইঙমদে পাইশিন্নকই। হেক চঙলকপগা ঐনা থোঙলোনবা নঙদ্রিঙৈদা পুনা পানখি। করিসু তাদবা খঙদবা শারদুনা ঐনা হংই – কনা কৈদৌবা য়াওরে, ইবেম্মা?

– তাদগীদা অহিংসিমতদি ঐ লৈবা তারে।

মহাক্কী ব্বাদু তাবদা খাইদুম লাউই।

– কৈসু খনবিরুনু, নোং ঙান্দ্রিঙৈদা চৎচখিগে।

কিনীংঙাই ওইবা ব্বা ঙাক্তনি। নিংথমথাদুদা ফি অপাবা অমগা য়ান্নসু ঈংনা উরে। মশাদু ইফিং ফিংই, ইথক থক্কৎলি। ঐ পুক্কীং ফাথরে। লোথরুরবা মৈফুদু নিকথোক্লগা মৈতান খরা হাপচিন্নদুনা মঙোন্দা পীরে।

– নশাদু য়ান্না ঈংনা উরে, অমুক্তং শাহনখো।

– ঈংবা চঙদে, তাদা।

– অঙাংশিংদুদি?

– মপা তুমিন অঙাওবদুদা নমশিলন্নবনি। য়েংগে হায়বা নুপাতনা মীরো? মানদি মচা হুন্দোকপা ঙন্নগা ঐনদি কৈগী ঙমলোই। মচা অনীদুগা কয়াম কুইনা হিং ঙমগে য়েংগে। কৈসু ব্বাতেনা ঐসু। মাগী শাজাউবী মৈথাক উচূক মানবদুনা করিদা হেল্লি? কৈন্যাতোম্বীনা মীচিতা খৎপদা মাঙম্বা নুপাদি হজারদা লাক্কনি।

ঐনা ঙাঙনবগী তাঞ্জা ফংদে, মথক্ত্র পঙঙাঙতা ঙাঙই। ঐ নুংশাথিবা অমা পোক্লক্লে।

– ঙাইখো, ইবেম্মা কৈন্যাতোম্বী, নঙ য়ান্না শাউমনখ্রে। খরা তপথৌ। মতম অসি য়ান্না থেংলবনি। মীনা তাগ্রগা করি করিনো খল্লগনি।

– ঐগী নুপাসি নৎত্রবদি ময়ুম পান্নীংঙাই নুপা লৈত্রবরা, হায়বা?

– ফরে মদু পুন্নমক্তু হয়েং নোংঙাল্লগা খন্নরসি। ঐ ব্বা অমা হায়গে, নঙ শাউগনু। কাটরসিদা লৈরিবসি ইথক্তনিদো, নুপী অঙাং অমা য়াওদে। অদুগী মথক্তা অহিংনি। মীনা নত্ত নত্তবা ঙাঙনখিনি।

– ঙাঙননীংবমখৈ ঙাঙনজশনু, তাদা। ঐ কনাসু কিদে। মতু লৈবা নুপানা

য়ুমগী মতু-মচা থাদোক্লুনা অতোপ্পা নুপীগী মনাক্তা থা ৬/৭ অহিং লেনমিন্নবদি কৈসু ঙাঙদ্রগা, তঙাইফদবদগী নুপীনা নোং ফাদোক অতোপ্পা নুপাগী নাক্তা শৈদাংবদা করি কায়! নুপীসু মীনি।

হেল্লিন্না ঙাঙলকপদুদদি ঐ শাউনীংলক্লে।

– ইবেম্মা নঙ অমুক্তা তপথখো। নত্রবদি ঐসু শাউরক্লনি।

ঐনা খোন খর কল্লপ ঙাঙবদুদদি মহাক তুম্মিন লৈখ্রে। মহাক্না তুম্মিন লৈখিবদুদা তাপ্পা লৌদুনা ঐনা খেমজিল্লি।

– হৌজিক্তা কনানো খরনা নঙবু থীরম্মী। ঐগীসিদা অহিং লেনবা নঙগীসু ঐগীসু ফজনীংঙাই ওইদে।

ঐগী ব্রা লোইদ্রি। মৌ নহাদু শুৎ-শুৎ কপখোকখ্রে। ব্রাহে অমা ফাওবা হায়বা নংহৌদে, ফুক হৌগৎতুনা চৎখ্রে। ঐসু থিংবা তৌদ্রে।

অহিংদুমদি ঐ মীৎকপ অমা ফাওবা তুমখিদে। নোংঙালমদায় অদুব্রায়দা উরোন উরোন তৌরুরে। ঐনা মীৎকপ খোক্লকপা মতমদুদদি নুংশা মঙালনা য়ক লাউদুনা লৈরমলে। খেংলে, অয়ুকী পুং ৭ তারে।

ঙস্প হৌগৎলগা শীং লৈগে খনবনি। শীংয়োনবীশিংদু লাকদবা মান্দ্রে। অদুবু শম অমতা ওইরবসু লৌহৌদবা য়াদবনি। হোরেন নুমিদাংগী শীং অমতা লৈতে। অয়ুক্কী ফাওবদি কোম্নগনি। কেরোসিনসু কুইরে ফংখিদবা।

চীনকা শেংদ্রি ফি অমা ইনশিল্লগা ঐ সোরোক খোক্লে। সোরোক য়ৌরমদায় মকুদা ফোরেষ্ট চৌকিদারগী নুপী মৌনহা মেম্মদু মচা অনীগা লোয়ননা চঙলকই।

– কদায়দগীনো ঙস্তনা, মেম্মা?

– মী থিম্পোক্লুবনি, তাদা।

– শীং য়োনবীশিংদুবু লাকখিদ্রো?

– খরদি খেংলে, তাদা। অমা অনীকাদি লাকসু য়াই।

শীং লাইরি, মেম্মা উবদা ঐ ঙরাং অহিংগী থৌদোক অদুগী মতাংদা ব্রারী শাম্ননীংবনি। অদুবু হৌদোকপা ঙমদে। ঐগী অপাম্বদু খঙবগুন্না মেম্মনা হৌদোক্লকই

– ঙরাং অহিং কৈন্যাতোম্বীদুবু তাদগীদা চঙলক্লুব্রা?

– উম, চঙলক্লম্মী? ঐনা চৈবদগী কপ্পুনা চৎখ্রবনি। কমদৌখ্রে মদো।

– চৎখ্রে তাদা, মতৈ মনাউ। ঐ দশা অমা কোক্লবনি।

মহাক চৎখ্রে তাবদা ঐসু নে তারে। অরাপ্পদা শীংয়োনবী হনুবী অমখকসু লাক্লে।

– আদগীসিবু শীং নত্তনে, মেম্মা।

– মানি, তাদা। অদু তাদা, কৈন্যাতোম্বীগী দশাদু ইনম্মদদি তাহনগনুকো।

মেম্মা চৎখ্রে। মহাক্কা হায়রমলিবদু ঐগোম্দনি। অর্থ লৈবা রানি। ঐ নোকুনা লৈহৌই। রা অমতা খুমখিদে। পূক্নীংদা রাহং অমদি হংলি – মখোয় পুন্নমক্কা ইবেনুংশিবু অমুক তাথিরিবা করিগীনো। মহাক্কী ফিভম অসিমক মশা মশাদা ওইবা তারবা, মখোয় করম্না হিংলমগনি।

পাউ মথং মথং তারে। সি.ও.না কৈন্যাতোম্বীগী নুপাদু ট্রান্সফার তৌখ্রে। কৈন্যাতোম্বীনা মায় পাকখ্রে। ইবেমনুংশিদি মায়থিরবরা। মহাক করম্না লৈহৌরি।

মহাক্কা হায়খিবা রাদু অমুকসু নীংশিংলকই–

– 'তাদা, মমল য়াওদবী ঐসে ইচাগীদি মমানি।'

হৌজিক্তা ভাপ তারকই। 'মচা অমনা মমানি হায়নীংলোইদবা পুন্সি মরেন' হায়বদু মসি ওইবা তাই।

লাইনা তম্বা হায়বতাই ফংলরোইদ্রা খনবা শীং শম অমা ফংলে। হঙ্গাম মপুন অমসু ফংলে।

– য়াম্না হাওবনি ইচা, মপুনসিমতা শাইরে।

শীংয়োনবী অহলদুনা হায়রকই।

– তাদা কৈদৌরে, শুরাংদি কা চাবা লাক্রেনা?

ঐ খাই লাউই। ইবেনুংশিনি। অফিং অফাই ওইনা ঐনা খুমই – বস তোংদুনা লাকপদুদা রারবা।

মহৌশাগী মহৌশানি। করিসু অহোংবা উদে ইবেনুংশি।

– নীকমখ্রেকো তাদা, শিদৌ থরায়নি অহাউ অহাউবা খরা চাউও .....।

– নোং ফাদোক হায়দুনি।

ঐনা খুমই।

ইবেনুংশি হুন্দুংগী শা অতেকপা পুমকক চাউবা অনী য়াম্নদুনা চৎখি।

তশেংনমক ঐ ইবেনুংশিগী পুন্সি অমসুং মথৌনাবু কলক্তবা শুমলোই। ইবেনুংশিগী পুন্সি মরেন্না উখ্রুলদা লৈরিবা মৈতে নুপী পুন্নমকী মহুৎ শিনবদি লানগনি। নুপী পুন্নমক ইবেনুংশি নত্তে। অদুবু মহাক্কী পুন্সি অসিমক্কা মখোয়বু উবমক্তা পূক্নীংদা হংখিবা রাহং অদুগী পাউখুম অমদি ওইরে। ■

# অনী



কনাসু খঙনননা পোক্লক্তে। উন্নবদগী খঙনরকই, খঙনবদগী তিন্নরকই, তিন্নবদগী নক্করকই, নক্কবদগী চান্নরকই। খঙনবা খুদীংমক, তিন্নবা খুদীংমক নুংশি-চান্নে হায়বদি লানগনি। চান্নবা, তিন্নবা, নুংশিনবগীসু চাং লৈ। মী অমগা অমগসু রাখল-পূক্লীং, অপাম-পামদা মান্নদে। চীলহাও থিবা মীওইবনি। কদায়দনো অমা নত্রগা অমদা পূক্লীং-রাখল তিন্নক্লরগা হেক্তা নুংশিনরকই।

নুংশিবদি লায়। কিরিবদি কায়নবনি। উন্নবা খুদীংগী অরোইবসু কায়নবনি। অদুনা হান্না খঙনদুনা লৈরবা, ঐনা নুংশিজরিবা মরূপ মপাংশিং কায়নদনবা হোৎনবা নত্তনা অনৌবা অমা অমুক খঙনবা পামদ্রে। মরম অসিমক্লনি ঐনা উগ্রল্লদা লৈকায় কোয়দ্রিবা। মহাক্লা মরোইরে হায়বা উগ্রল্লদা ঐগী মরূপ অমতা লৈতে, য়েক্লবসু লৈতে। অদুবু য়াদে শেন্নহৌদবা মীৎকুপ্তা পূক্লীংগী অশোনবা হেক্তা উৎথোকলুই। থেংনরুই – রোমিওগা, শিমরৈঙমগা, ইবেনুংশিগা, রারী তারুই অনোটকী। খঙনরুই কহাউসনগা।

ঐগী কাটরদুগী হেক নোংচুপ থংবা নাকল্দা লুংশিম হোইগী য়ুম লৈ। ফদাংদগীনি। স্কুল ওজানি। অতৈমক চৎত্রবসু, মহাক লৈবা মতমদদি নুমিদাংরাইরমদা মাগীদা হেক হেক চৎলি। এনশাং অহাওবা অমতং হেক থোংবদা মহাক্লসু ঐবু হেক্তা কৌরকই। মতাং মতাংদা অচিন-অকোম তান্নে।

মখোয়দা চৎপদনি ঐনা কহাউসনগা খঙনখিবদু। চহী ৫০ গী মথক্কি। লুংশিম হোইগী খুন্দগীনি। ঐনা তাকহাউ কৌই। লুংশিন্না কৌই হায়দুনা ঐনসু অমৈ কহাউ হায়নসু কৌই। রাং-চাউই, মশা মউ ফৈ, অদুবু চহী মতাংগা চান্নদনা অহল ওইরে। য়ান্না চমই, মখোন-মরা চাউই। ঙাঙথোক্লকপদা তুম্পক-তুম্পক, নুংঙাই। লুংশিম হোইগী য়ুমসি মহাকী থুংফমনি। য়ান্না তোইনদি লাক্তে। মহাক্লা লাকপা তারবদি শজিরা, লমওক্লা করিনো শা অমদি পূরকপা শোইদ্রে। য়োন্নবনি। মহাকী হৈনবীদি

শাদানবনি। শা হেক ফাবগা মহাক উৎরুলদা পুরক্লুনা য়োন্নগনি। মহাক থুংলবদা ওইজরিবদি লুংশিমগা ঐগনি। হেক থুংলবগা ঐ থিরনি। ঐগী কাটরদা চঙলক্লুনা হায়বনি — শা চাসি, মৈতে নাউ, নখোয় মৈতৈনা থোংবনা হাওই।

ইমীৎসিদা মহাক্কী মশক্ত ঙসি ফাউবা শং-শং উরি। লোইশিন-খোমজিনবা তৌদনা ময়া অরৈবা মখৈ কাথোক্লুনা নোক্কনি। ময়া অনী অহুমসু হোরে। লুংশিমদগী মহাক্কী ৱারী তাবদা ঐ তশেংনা নুংঙাই। নুপাত-নুপানি। হংশিন্না হায়-হৌজিক্তবু ময়া অহুম তেকথিদুনা হুন্নবনি। মাদি লমওক্তগী হেন্না কনবনি।

লুংশিমগী ৱাদু কহাউনা য়ানীংদে।

– য়া তেক্লে হায়দুনা উশিংতবা তৌগনু। কৈ অমা ফাওবদি হৌজিকসু নম্নবা ঙমখিনি।

ঙমদ ঙমগদবা মাল্লি। তশেংনমক শাদানবদদি মহাক্কী মপা লৈতে। শাগী মখোল তমদুনা শা কৌথোকপা হৈ। মখোয়গী খুনগী মীনা হায়নৈ — কহাউদি শাগা ৱারী শাবা হৈ।

অহল অদুক ওইরদু ফাউবা শূ-নোম্বা লেপ্লে। জঙ্গলদা চৎতুনা শীংজল্লি, পামলৌ উই। অহিং থিদে, নুংথিল নাইদে, পোত্থাবা লৈতে। মদু পুন্নমক্ত, থেংনা ফংজবা মচানুপাদুগী দমক্তনি।

নহা ওইরিঙেগী শাংলবা মতমদুদি শিজিন্নফম খঙদনা হৌগ্রে। হৌজিক্তা, হিংবগী মহাও খঙলকপা মতমসিদা তকসি শোল্লি – থেংলবসু থেংনা নঙ লাক্কনিদং খঙলন্নবদি।

কহাউ মঙাও থিনা হৌরকই। অদুবু মীঙোম্দদি খক কায়দে। ময়ুম মকৈ পানবা, নুপী অঙাং থিবগী ৱাখল মঙোম্দা লৈতে। অদুনা থেংনা নুপী থি। মদুসু, মহাক্কী মঙাও থিবা মতৌদু খরা হনগদ্রা হায়দুনা ময়াম চঙদুনা থিবিবনি। মরাইবক্লা থিরিবসু মচা পোক্তে। অদুনা থোইনা হেন্নদুম ঙাওবা হেঙ্গৎলকই। লৈবা ঙমদে নুপীদু, খায়নথি।

কহাউসন মচিং ফক্তে। শীংনরুবা য়াদে। মদুগীসু কান্নবা লৈ। তশেংনা থোকখিবা কহাউশনগী ৱারীনি। মহাক্কী খুন অদুদা ফদাং শাঙখা হায়না খঙনবা অহল অমা লৈ। মমিংনা শিমরৈঙম কৌই। কৈগুন্না মপাঙ্গল কল্লি, শাথি হায়না খুন অদুগী মীশিংনা মহাকপু ফদাং শাঙখা হায়না কৌবনি। কহাউসন্দগীদি চহী ১৫/১৬ রোম হল্লি হায়। অদুবু মবানি তিম্রে। ৱাখল অমসুং লমচৎ মান্নবনা ওইবা

ভাই। মপাঙ্গল ময়েং তাজরবসু অহল অদু নাপলদি হুনবা নত্তে। য়ু য়াম্না পামনা থকই। কহাউসনগা তোইনা লোইনরিবদুমক চিঙ্গাক মাম্রবননি। ইতৎ-ততৎতনা মবানি ফমিন্নদুনা য়ু থকমিন্ত্রে।

কহাউসনগী মপাঙ্গল-মথৌনা শা ফাবদা হৈশিংবা শিমরৈঙমসু খঙই। অদুবু খোইনা উশিংলুদে। মহাক্কী মপাঙ্গল মথৌনা হল্লে হায়বসু মহাক খঙই। অদু ফাওবদা অমুক্তং চাং য়েংনীংই। য়েংনবদি ঙমদে। হেক শীংনগে হেক খল্লকপদা মচানুপী ঙাক্তা তরেত অদু হেক্তা নীংশিঙলকই। অদুনা মহাক্না কহাউসনবু ব্বাহৈনা লক্কে, করেমনৈ।

মহৌশাগুম নোংমা মবানি শিমরৈঙমগী য়ুমদা য়ু থকমিন্নরম্মী। মবানিগী য়ু থকফমদি শিমরৈঙমহোইগী য়ুমনি। শিমরৈঙমগী নুপীদু য়ু শুংই। নুমিৎ অদু কা হেল্লা থকমনখিবদগী অনীমক ঙাওরে। মদুসু অহল অদুনা শীংনরকপদগীনি। কয়াম থকপা ঙম্বগে য়েংনবদনি। শিমরৈঙম হন্দে অমুক্কসু শীংনরকই।

– কহাউ, নঙবু ঙসি ফাওবদা খুৎলায় য়াওদনা লমওক কয়া ফাবা ঙমজরবগেনে?

ব্বাহে অসি কহাউ তাবা ঙমদে। নাপলগা লোইননা খুন্নকই – নঙনবু য়েংনীংলবদি হৌজিকসু উৎপা ঙমগনি।

– ঙমলোইদবা ব্বাদি ঙাঙদবা ফৈ, কহাউ। করিগুম্বা নঙনবু নোং ঙাম্দ্রিদ্বৈগী মমাংদা লমওক অমা ফাদুনা পুরকপা ঙম্রবদি, ঐগী ইচা তরেত অসিগী মনুংদগী অমা নঙগী নুপী ওইজৌ।

কহাউসন মখা তারমদে, ফুক হৌগৎতুনা চৎখ্রে। মনা পাম্বা নত্তে। শীংনরকপদুগীনি।

মপানা হায়দোকখিবা ব্বাদু মচাশিং পুন্নমক তাহৌই। মপাগী ব্বাদা কনাসু য়েৎলুবা ঙমদে। মখোয় খঙই কিনীংঙাই ওইবা থৌদোক অমদি শোইদনা থোক্রগনি।

শিমরৈঙম করিসু নাচুংদে। কহাউসন চৎখ্রবা তুংদা ইশি শিমখৈ তুমথখ্রে। মচানুপী তরেতকা, মমাগদি, করি থোক্রগবনো খল্লুবদা তুম্বা য়াদে।

নোংয়াই মতুং পুং ২ তাবগী অদুব্বাইদা কহাউসন্দু লাউ-খোংলদুনা হল্লক্লে। মহাক্কী খোল্লাওদু তাবদা শিমরৈঙম মীৎকপ থোক্লে। মচানুপীশিং অদুদি হিপ্লম্বদগী ফুক-ফুক হৌগৎলি। খোঙ হাংদোক্লুনা য়েংবদা, মনঙ্গলদা লমওক অমা

থোঙ্গৎলদুনা লেপ্পুনা লৈবদু উই। মখোয় পুন্নমক নুংশাথিবনা লৈবা ঙমদ্রে। শিমরৈঙম হিপ্পবদগী হৌগৎলগা কহাউগী মনাক্তা থোকখ্রে।

ব্না অমতা ঙাঙনদে। মরেংবান্দা থোঙ্গৎলিবা লমওক অদু শিমরৈঙমগী মমাং মক্তদা থাদে। উচান মৈরা অমমম পাইরদুনা ইমুং অদুগী মী পুন্নমক থোক্লক্রে। ব্নাদি অমতা ঙাঙনদে, অমগা অমগা য়েংনৈ। লমওক্তা অমুক য়েংই, কহাউদা অমুক য়েংই, মপাদা অমুক য়েংই।

অহিংগী অচিকপদু থুগাইরদুনা কহাউনা নাপলগা লোয়ননা হায়রকই – ওকনাউ অসিবু থাংজিনবা ঙমগদ্রা, অহল।

কহাউগী করেন্নবা ব্নাহে অদুনা শিমরৈঙমবু শাউহল্লে।

অদুবু হায়দোকখিবা ব্নানা থৌনা পুম্না মন্নাই কাংবা ঙমদ্রে। কহাউনা মথা তানা হংলকই – হায়নখিবা ব্নাদি ঙাক্লবা তাইদো।

মদু ফাওবা শিমরৈঙম খুমদে। মপানা ইখুম খুমদনা লেপ্পুনা লৈবদু উবদা উচান মৈরা পাইদুনা লেপ্লিবী মচানুপী য়াইমদুনা হংলকই – করি ব্নারা, তা কহাউ? কহাউ খুমদে। ব্নাহং হংলক্লিবী নুপী অদুগী মনাক্তা চঙশিলকই। নুপীদুনা পাইরিবা উচান মৈরাদু মখুৎ ওইনা লৌরে। মখুৎ য়েং অদুনা নুপী অদুবু শুপকোন কোন্নগা মরেংবান্দা থোঙ্গৎলদুনা পুরক্লে। কনাসু করিসু হায়দ্রে।

থৌদোক অদুদা পুরকখিবা নুপী অদুনি কহাউগী মচানুপাগী মমা। অঙাং অদু পোক্লবা মতুংদগীনি কহাউগী লমচৎ শাজৎতা অহোংবা লাকখিবা। মহাক য়ু থকপা তোকখ্রে। অশাওবা, লমহেন-তুহেনবা পুন্নমক তোকখ্রে। লৌ শূবা, শাদানবা, ফারকপা শা অদু চাথোকপা তৌদনা য়োনবা মহাক্কী তঙাইফদবা থবক ওইরে। শা অমা হেক ফাবগা শা অদু মরেংবান্দা থোঙ্গৎলদুনা, মখোঙনা, উখ্রুল তান্না লাক্লুনা য়োন্নগনি।

মহাক্না ঐগীদা হেক লাকপগা হৌদোক্লক্কদবা ব্নাসি ঐ খঙই। মচা মহৈ তম্বগীনি। মমাংদা হায়খ্রবা ব্নাদু অমুক ইনৌ নৌনা হায়রক্কনি – নচাসে নঙোন্দা শিন্নরদৌনি। মণিপুরগী ব্নাংমদদি ঐখোয়না তমহনবা ঙমপোৎতেদা। ইম্ফালদা তমহনবা তাই। করি স্কুলনা খিৎ ফনি ওয়া?

মরী মরী লেপ্পা লৈতনা হংলক্কনি। ঐনা খুম্বদু মহাক থরায় য়াওনা তাগনি। অমুকসু মপূক্লীং নুংশিনা হায়রক্কনি – ঐনা পাঙ্গল ফরিঙে ওইরম্মুদনা।

মহাক্কী খুন্দা চৎশি য়াদে হায়দুনা ঐবু য়ান্না শাওই। ঐসু চৎনীংই। খোঙনা চীং

লম্বী চৎকনি খনবদা কিদুনা হেক্তা তোকই। অমুক্তি ঐ চেনবা য়াদ্রে। লুংশিমগা লোইননা ঐখোয় অহুম চৎলুরে। নুমীৎ হুন্নি লৈরকই। খরা কুইনা লৈবা য়াবনি। অদুবু ঐ য়ুমদা হায়রমদে। অদুনা ৱাবসু ৱানা ঐ হন্নকখি। নুমীৎ হুন্নি অদুদা ঐ ফনা য়েংবা য়াবা য়েংলকখি। ভি,আই,পি, অমগুন্না ঐবু লুনা তৌই, নুংঙাইনা লৈহল্লি। নোংমদি ঐ শাদানবা য়াওরুই। ৱারীদা নুংঙাইবগী ৱানি শাদানবা কয়াম ৱাবগে হায়বদু নুমীৎ অদুদা খঙই। শাদানবগী লম্বীদি নায়ক মোংশোংনি, অঙম্বা চীমায়নি। মহাকী তুং ইনবা ঙমদে। ঐদা নক্তে লুংশিমসুনি। চীংমী ওইরবসু লুংশিম মপাঙ্গল শোল্লি। ইবানিদি লমখাংদগী হল্লক্লে। কহাউদি শা অমা ফাদ্রিমখৈ হল্লোই হায়দুনা লৈহৌরে। ফাসু ফারকই।

হেক থুংলবগা লক্লরকই – নুপানবু অদুক পাঙদবা?

ঐ ইকাইবিদে, অদুক ৱাবা থবক্নুবু। ঐনা খুমই– অদুক ৱাদৌ ওইরদি শা কৌবদা চাজররোই, তা কহাউ।

অতেকপা ময়াদু উৎলদুনা মহাক ইশি শি মখৈ নোকই। ঐনা ফাগি তৌই – তা কহাউ, নঙনা হাংখিবা শা ময়াম অদুগী পাপ পুবা তারবদি সর্গ কাবগী ৱাদি লৈত্রে।

মদুদা মহাক্না খুমদোক্লকই – ঐনা শা হাৎপগী পাপ পুদুনা সর্গ কাদবা তারবদি, নখোয় মৈতৈদি ঙা হাং হাৎতুনা চাবগী অমতসু সর্গ য়ৌররোই।

য়াম্না নাতে চানা খুমদোক্লকই।

চহী অনীমুকনি তা কহাউগা তিন্নখিবা। য়ামদ্রবদা থা অমগী মনুংদা অমুক্তা ওইরবসু মহাক উখ্রুলদা লাকই। অদুবু চহীগী ধরশট কুম্মৈ মতুংদগীদি মহাক লাকখিদ্রে। লুংশিমসু কুম্মৈ য়াওগনি হায়দুনা চৎখিবদগী লাক্তে। ঐসু ইম্ফালদা থা অমা হেন্না লৈরুরে।

ঐনা উখ্রুলদা লাকপা মতমদদি লুংশিম হন্নক্রমলে। হেক থেংনবগা ঐনা হংই।

– হন্দক্তি ধরশট কুম্মৈসি নুংঙাইব্রমালে, কুনা চঙইনে।

– নুংঙাই।

তেন্না খুন্নকই।

– তা কহাউদি লাক্তবরা?

– লাক্তে।

– কৈদৌরে, শা তানবা তোকশ্রবরা?

– মহাক লাক্লরোই।

লুংশিমগী মমায়দু লাংশিল্লদুনা খুমলকই।

– তা কহাউ কৈদৌরবা?

ঐনা হংই। লুংশিম কহাউগী ৱারী লীথরকই।–

কুম্মৈ লোইরবা মতুংদা নোংমা কহাউ মহৌশাগুম শাদানবা চৎলম্মী। নুমীৎ অদু শা অমতা থেংনদ্রে। থেংবু থেংনদ্রবা হৈ হায়দুনা কৈদৌরুনি। লাং থাক্লম্লগা মহাক নোংমদুমা নীংবা কায়না ময়ূমদা হল্লক্লে। থেংনৌ হায়দুনা লোকচাউ লাম্থেক্কে হায়দুনা কুমথবা মক্তদা মোংশোং অমগী মনাক্তা হৌদোং মচামুক্তা চাউবা শা খরা শান্নদুনা লৈবা উরে। কৈ নত্রগা কৈশানগী মচা ওইগনি হায়বা মহাক খণ্ডই।

কহাউ ফনা কুইনা ফিভম শেমদুনা, মপী থোক্লককপা ঙাইদুনা লৈরে। মমশিলক্লে। অমম্বদদি মখোয়না শোইদনা লাকচখিগনি হায়বা খণ্ডই।

কান্নররোই খণ্ডলদুনা কৈ মচা অনীদু ফাদুনা পুরক্লে। মহাক্না মচা অনীদু ফারকক্লিবদুগী মরম লৈ। মহাক খণ্ডই – মচা ফাববদি মমাদো মচাগী খোঙ্গুল শোইদনা লীরক্কনি।

কৈ মচা অনীদু উবদা কহাউসনগী মচা অদু হরাওবনা থেংলে। মপাগী মচানি, কিবা, পাখৎপা অমতা পোক্তে। মচাগী মতৌদু উবদা মমাদি পাখৎপনা লোইরে।

– করিনো, তৌরিসিবু অঙাংসিবু হাৎলগে হায়রিবরো?

মমানা শাওরকই।

কহাউ কৈসু খৌশাদে।

নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবগীদুদা কৈ-মচাদু পুরদুনা শাদানবা চৎনবা শেম শারে। অমদি মচাদুনা পুগে য়াদ্রে। কহাউগীদি মচানা হায়রগা লোইরে। মচা অমা থনমলে। কহাউ জঙ্গল তম্না চৎখ্রে।

কৈ মচাশিং অদুনা শান্নরম্বা মফম অদুদা থুংলুরে। কৈ মচা অদু উরিনা পুন্দুনা থাদোক্লে। মতা চাবা মফম অমদা খোঙফম শেমদুনা লৈরে।

নুমীৎ কোকতোন লোমখ্রে। অদুবু কৈ মপীদু থোক্লক্লে। কহাউ অরাম খৌরাংবা পোক্লক্লে। ময়ূমদা হনগে খল্লে। কৈগী মিকাবদা লাংগী ৱা কাউরুরে। খুৎ হাংনদি হল্লোইদৌরি। লাং অদুদা শক্তি মচা অমা থুরমলে।

মহাক্না খল্লি – শক্তি মচাশিমদি ইচাগী য়োকপিরগে।

মহাক্না ময়ুম য়ৌবদা ফনা থেংলে। নুমীৎকী মায়ওন নোংচুপ লোমদা লৈগ্রে। কোম্বোং হেক য়ৌবদা মহাক্কী শূমাংদা মীয়াম তিনবদু উই।

– চীংগীদি সিগুম্বসি নত্তনা করি কৃষ্মেদি লৈ!

মথন্তা খল্লি। শক্তি মচাশিমগা য়াওশিল্লবদি নুংঙাইরবা কৃষ্মে অমদি শোইদনা ওইরগনি।

ফোঙদোক্তবা নাপল অমগা লোয়ননা মখূৎ নাম্বনা শক্তি মচা নাম্বনা কৈ মচাদু য়াল্লদুনা মীয়াম মরক্তুদা চঙলকই। কহাউসন চঙলকপদা অদুক য়াম্বা মীয়ামদু চেক-মোক লাউদে।

খঙদৌদে কহাউসন মখূৎতা পায়রম্বা পূম্বা লৈমায়দা থাদগ্রে। ব্রা অমতা ঙাঙদে তপ্পা তপ্পা মমাঙদা তাদুনা লৈরিবা মচা অমসুং নুপীগী হকচাং অদুগী মনাক্তা চঙ্শিনলকই। মশা পূম্বা ঈহিং-নাহিং শারে। শক খঙবা ব্রাবা মথৈ মমায়দু খোৎতৎলে।

কহাউসনগী মখূৎতগী নাম্বোক্রবা কৈ মচাগা শক্তি মচাগদু মীয়ামদুদা ঙৈহাক ঙকচান্নরা য়েংলম্রগা চেনগ্রে।

ব্রারীসিদা থম্মোয় কায়রোইদবা কনা লৈ।

ব্রারী লীবা হেক লোইবগা লুংশিম অশাংবা শ্বর অমা হোন্দোক্রগা হায়রকই -

– মহাক উঞ্জলদা অমুক লাক্বনি হায়বা থাজদ্রে। মহাক নঙনা খঙবা কহাউসন্দু ওইহৌদ্রে।

কহাউসনগা অমুক হন্না উন্নবা ফংলকখিদ্রে। অমুক্তংদি মাগী খুন্দা চৎতুনা উন্নরুগে খনবনি। খন্না খন্না ঙমখিদে। মহাক শোইদনা ব্রারৌরমগনি। ■

# অহুম



পুন্সিদা থেংনখিবা থৌদোক খূদীংমক মতম চুপ্পদা নীংশিঙদুনা খক লৈতে। নীংশিঙদ্রে হায়দুনা পূমকাউ কাউখিবদি নত্তে। নোংমা ঐগী মরূপ পিশক, চহী কুন হেন্না উন্নরূদ্রবা তুংদা ইখঙ খঙহৌদনা উখ্রুল্লদা থেংনখি। ঐগী কাটরদা নোংমা লৈমিন্নখি। মহাক্না নুমিৎতুপা হায়খি – 'নঙ অইবনি, ঐগী ৱারী ইয়ু। অহিং তথায় অমা চোকথবা লৈতনা মহাক্না মশাগী ৱারী নীখি। ঐনসু হায়খি – ইগনি, শোইদনা ইগনি। অদুবু অসূক কুইবসি ইদনা হৌখি। ঙসিদি মতম শুরমাল্লে, মহাক্কী ৱারী অদু খঙনীং নীংশিঙলক্কে।

অদুক শাংবা, চহী কুন হেনবগী মতম, নোংমতসু থেংনরূদ্রবা মরূপ অমা তান্নবা চীংলৈবাক অদুদা থেংনরগনি হায়বা কনানা খাজরুগনি! মহাক্না ঐগী কাটরদা লাকুনা থুংলবা নত্তে। লম্বীদা থেংনবদগী ঐনা কৌশিন্দুনা লৈমিন্নখিবনি।

পিশক ইরোইশেম্বদগীনি। মগী লাইরিক্কী ক্লাস আইট ফাওবা স্কুল অমতদা লাইরিক তম্মিন্নখি। হায়স্কুলগী থাক্তদি তম্মিন্নখিদ্রে। কদায়দা তমখ্রবগে খঙদ্রে, অদুমক কায়নবা হায়বদু ওইখ্রে। মহাক্তসু নত্তে, অসুন্না মরূপ-মপাং কয়া কায়নখি।

খোঙথাং অমদা পুন্সি মতোন য়ৌই, খোঙথাং অমদা লৈখা তাই। চহী তরানিপালতা ঙাইরিঙে, কলেজগী পুন্সি ময়ায় চপ্লকপদা মহাক মেমতোম্বীগা থেংনরুই। ইনখৎলকপগী লমকেৎপা পূক্নীংবু লাকসিনবা ঙমহৌদ্রে। মশাগী ফিরেপ চাবা-চাদবগী ৱা খম্থরুবা তৌদনা মেমতোম্বীগা লুহোংলে। অদুবু মরাইবক থিবদি চহী ওম্দনা মেমতোম্বীগা কায়নরে। কায়নবদুগী মরম মহাক্না শেংনা, মরিক চুন্না তমখিদে। তেন্না হায়খি – ঐনা শেম্ফোক লৈবা থবক অমতং পায়রম্রবা মেমতোম্বীগা কায়নরমলোই।

মেমতোম্বীগা কায়নরবা মতুংদগীনি মহাক্না উখ্রুল খোঙদারক্লিবা। চহী তরা হেন্না মহাক লনাই স্কুল অমদা ওজা ওইনা জেসামিদা লৈরম্মী। খোঙফম শোইখ্রবা পুন্সিগী অতোপ্পা খোঙফমদি অয়েং-অরেং পুৎথগল্লি। চহী তরাগী মতুংদা স্কুল

অদুগী অশীন-অরাং কাণ্ডবুগা য়াম্রদবদগী মহাক থবক তোক্লে। মশানা হায়জে - মখোয়না ঐবু তাম্লেকলক্লিবদু ঐ শাউদে, লাম্লিবদি ঐনি।

লমদমদুগী মহেরোইশিংনা পিশকপু তশেংনা পাম্বনি। মহাক অঙ্কগী ওজানি। চীংদদি অঙ্ক অমসুং বিজ্ঞানগী ওজাবুদি পুন্নমক্না লুনা চম্না তৌই। তম্বীবা ফৈ, অদুবু মহাক মচীং-মশোন নাই, স্কুল কানীংবা মতমদা কায়, তম্নগা তুম্বিম্না হেক্তা তোকথোকই। পুন্নমক্তুগী মথক্তা মহাক নিশা য়াম্না পাম্না শিজিন্নে।

শেম্লেক লৈতনা লংফৈদা কয়াম কুইনা হিংবা য়াগনি? চহী তরা তুংশিন্দুনা থমজরকপা খরা অদুসু থা তরুক-তরেত ফমজা চাদুনা লৈরকপদুদা লোইশিনখ্রে।

কায়নথংদা মহাক জেসামি থাদোক্রমলে। অঙ্কগী ওজা অমা লৌগনি হায়বা তাবদগী মহাক রাফেদা লাক্লে। রাফেদা খঙনবনি হায়বা মাগী কনা লৈতে। মহাক্না থিরক্লিবসি নিংথৌগী য়ুমনি। খুন য়ৌবদা নুমিৎ পুমতা তারে। তাঙ্কা অমদগী চাক চরা অনীসু চারক্তুবনি। অদুবু মহাক চাদবদুগীদি থোইনা খল্লুদে। মহাক্না হায় - চাদবদুদি খাঙবা ঙমই, ঐঙোন্দা রারিবদি য়ু ফংদবদুনি।

চীংলম্বীদা খোঙনা কিলোমিটর অনী অহুম চৎপা হায়বসি তরাই-তরাইনা লৌবা য়াদে। চরা অনীগা শীংলকপনে, য়ুগা ফংদবনে, খুন য়ৌরকপদা পিশক মখোঙ থাংবা থোক্তে। মতমদুগী মহাকী লাইনীংদি চাক নত্তে, য়ুনি। মহাক্না হায় - য়ুতং ফংলবদি চরা অহুম ফাওবদি কৈসু নত্তে।

লাইমক্না পুশিনবঙুম থোক্লে। মহাকমক্তি নিংথৌগী য়ুম হংগে হায়দুনা অনকপা য়ুম অমদা হেক্তা চঙলুবনি। হাক্তজবদা খুৎ থাজিনবা হায়বদুমক থোক্লে। মীয়ায় চন্নবা তাংখুল অহল অহুমথক মৈ তিক্লা তিক্লা নিশা শান্নদুনা লৈরম্বদু থেংনরুরে। মৌ নহা অমনা মখোয়গী সেবা তৌরি। শকখঙদবা মৈতে নুপা অমা মমাঙদা লেপ্লবদু উবদা নুপীদুনা হংলকই - করিরা?

মদুকা তাদে পিশক ফুরিত-খাউদগী পৈশা লৌথোক্লগা পী-- পরা অমতা পীয়ু।

মায়কৈ অশোমদদি পিশক য়াম্না হৈশিংই। মৌ-নহাদু চেনবা য়াখিদে। রা অমতা ঙাঙবা তৌদনা লিক্লি অমা পুরদুনা থোক্লকই।

- 'সি খক্তং লৈরি।

অতিংবনি। পিশক্না পামবদি মদু নত্তে।

- অশাবা পীয়ু।

- অশাবদি য়োন্দে।

নুপীদুনা শন্না খুন্নকই।

উপাই লৈতে। খন্না ফংলিবসি মঙোম্দদি উপাই অমনি। লিক্রি অমদুদি মঙোম্দা কৈসু নত্তে। মীৎকুপ্তা লিক্রিদু হাংহন্নে। 'সিদগী হেন্না লৈব্রে' হায়রম্বদুনা করি খল্লবনো খঙদে নুপী অদু মহাক্না হায়রিমখৈ পুথোক্লক্লে। অমদগী অনী, অনীদগী অহুম শুজিনখ্রে। হান্না লৈরম্বা মীওই পুন্নমকসু চৎনখ্রে। পিশক্তদি লিক্রি অহুমদু করিসু ওইদ্রে। পূকতমক কংলগা তোক্লে।

– ইচে, অশাবদু খিৎতা ফাও ফংলরোইদ্রা?

– করিনো লিক্রি অহুম শুর ফাওবা ওক্তবরা? নখোয় মৈতৈগী কোকসি করিরা।

– গ্লাস অমত ওইরসু পীথকউ, ইচে।

– ব্রা শাঙগনু, হৌজিক কান্দি অশাবা য়োনবা য়াদবনি।

মৌ নহাদু পাত্র অমা পুরগা থোকখ্রে। পঙলাপ লাপ্তমাল্লে। মীৎকুপ খরতংগী মনুংদা নুপীদু হল্লক্লে।

– পব্রা অমনি সে।

শাইশমদে, পব্রা অমদুসু খুদক্তা লোইশিল্লে। অহানবগী য়াওম অমা অনী ফাওবদি জ্ঞান মাঙদ্রি, মদুগী মতুংদদি মহাক করিমতা নীংশিঙবা শুমদ্রে।

জ্ঞান তারকপদদি, মহাক, তরু তনাল্লবা ফমুং অমদা হিগুনা লৈরমলে। মহাক্না মীৎ পাঙথোক্লককপদু উবদা মনাক্তা ফমদুনা লৈরম্বা অহল অদুনা হংলকই – খন্না ফরবরা, ইচা?

পিশক মঙক নোমলদুনা খুমই। চাকখাউ হাংবনা ওইবা য়াই অমুক্তা শাওদ্রিবা মওংদা মহাক জ্ঞান মাঙলুরে। জ্ঞান লাক্লে হায়বতনি মশাদু ইনম নমই। মকোক অদু হায়নীংশাই লৈতনা চিকই। মীনা ফুখিবগুন্না মশাদু ইতেক তেকই।

– করিগীরা অদুক শাওনা থকপদি?

অহল অদুনা মখা তারকই। পিশক খুমদে।

– করিগুম্বা ইচানুপীনা থেংনরমদ্রবদি নঙ শিরবনি।

তাঙ্গা অদুমক্তদা নুপী অমা চঙলকুনা অহল অদুদা করিনো অমা পী। নুপী অদুগী মমিং অনোট কৌই। অহল অদুনা ইচানুপী হায়রিবদু মহাকপুনি। চহী

কুন/কুনমাখোইগী লেঙ্গানি।

অনোটনা পুরক্লিবা পোৎ অদু লৌরগা অহল অদুনা পিশক্তা পীরকই

– থকচিন্নু সে, হিদাক্তি।

– করিনো, ইপা?

– কিগনু, কৈসু তৌরোই, নখোয়গী পেরুক হায়বদুনি। হেক্তা ফবনি।

মখা হংবা তৌদনা পিশক মহিদু থকচিল্লে। অ্যান লাক্লবদুদদি ইকাইবা ফাওরক্লে। নুমিদাং করি থোকখ্রবা হায়বদু নীংশিঙনবা ফনা হোৎনৈ। কাল্লদে। ইমুং অদুদা মতৌ করম্না চঙলক্লিবা!

অনোটনা চা পুনিশল্লকই।

– চা থকসি।

অহল অদুনা মখা তারকই। চাদি মীৎকপ হেক থোক্লকপদগী খৌরাংদুনা লৈরবনি। নুমিদাং ওকশা অকংবা মতুম অমা চাখিবদু নত্তনা করিমতা চাখিদে।

– করি লমদগী লাকপরা, ইচা?

– ইম্ফালদগী।

তেন্না খুমই, পিশক।

– কৈদৌবা লাকপরা?

– থবক থিবনি ইপা, ওজাগী থবক থিরকপনি।

– য়ু থকপা মীনা করম্না ওয়া ওইগনি?

পিশক মখা খুমদ্রে। অহল অদুসু পোখারো হায়রম্রগা চৎখ্রে। অহল অদুনা হেক চৎখিবগা অনোট চঙলকই।

– ওয়াগী বেক্লো?

মহাক বেক য়াওরি হায়বা ফাওবা নীংশিঙলুদ্রে। বেক অদুদা মহাক্কী চে-চাং পুম্বা য়াওবনি।

– মানি।

পিশক্কা খুমই।

– ঐনা থেংনরমদ্রবদি ফংবগী ৱা লৈতে।

বেক্কু থনম্রগা অনোট থোকখ্রে।

উগ্রল্লদা নিংথমথাদদি ঈশিং য়াম্না লীক্কা ফংই। চীংগী মফম অয়াম্বদনি। ৱাঁফেদসু অদুনি। তোত্তি তাদে। খোংদসু ঈশিং য়াম্না থোক্তে। থরা থোকপদুনদি খুন

পূম্না চাবা কোম্নদে। অদুনা রাফেগী লৈশা-মৌ পূন্নমক অহিং হৌদুনা ঈশিং শোকপা খোংদা চৎলি। নৎত্রবদি অরূবা ঈশিং থকপা ফংদে।

অনোটসু নুমিৎ খূদীং গুম্না হৌগৎতুনা খোংদা হেক-হেক চৎলি। লাইমক্লা ইনশিনবগুম নুমিৎ অদু মহৌশাদগী খরা গুনখৎনা খোংদা থোকই। ঈশিং খোং অনোট হোইদগীদি লাপ্তে। অদুনা চৎথোক-চৎশিন্দা থোইনা কিনীংঙাই ওইদে। অদুবু নুমিৎ অদুমদি তশেংনা কিরূরে। মমলি মমলিবদুদা কোম্লোং মক্তুদা নুপা অমা অশিবগুম তাদুনা লৈবদুদদি কনানা কিরোই?

অনোটকা থেংনরুবদু পিশক্কীদি মরাইবক ফবনি।

পিশক থুংফম চানা থুংলুরে। অনোটকী মপাদু খুন্দুগীদি মৱা চৎপা, মীনা ইকাই খুম্নবা মীওই অমনি। মহাক্কী মপান্দগী পিশক চর্চনা নৌনা লীংখৎপা স্কুল অমদা ওজা ওইরে। লৈফম অমসু ফংলে। লৈফম অদু অনোট হোইগী য়ুম মক্তুদনি।

অনোট মথন্তা পোকই। মপা মচাতা লৈ। মমাদি মহাক্কা লৈশাবী পূমকক ফারকপদা লৈখিদ্রে। অনোট কূইনসু লৈশারমদ্রে। ইনখৎলকপগী ইরাংনা মথোই কাবা হৌরকপা, মশাগী চহী তরামঙাতা ঙাইরিঙেদা মপূক্কীংনা তাজবা নুপা অমদা ময়ুম পাদ্রে। অদুবু মহাক্কী য়ুম্বান পুন্সিদু তেল্লমলে। চহী ফদ্রিঙৈ মাগী নুপাদু শিখ্রে।

নুপা শিখিবা চহী মরিগী মতুংদনি পিশক্কা থেংনররিবা। করম্বা মরীনো খঙদে, অনোটকী থম্মোয়দা পিশক্কী মফম অমা চাউনা কল্লরে। নোংমা নীনীদা খঙহৌদনা ওইরকখিবা নত্তে। মচেৎ-মচেৎনা ওইরকখিবা মপূমনি।

ফিভম অদুমক্তি অনোটতদা নত্তে, পিশক্তসুনি। মহাক্কীদমক মতম পূম্বদা রাজরিবী অমবু তরাইনা হেক্তমক হুন্দোকপা থম্মোয় পানবা কনানা ঙমগনি!

– তূম্না য়াদ্রবরা, ওয়া?

– য়াদ্রে অনোট, নহাক য়াওম অমতং হৈরক্কেরা?

– অহিং ফাওবা থক্রবদি কমদৌনি, লৈত্রে।

– কৈসু তৌরোই, অনোট। মসি, ঐঙোন্দদি হিদাক্কি। অনাবদদি হিদাক দরকার লৈ। ঐসে অনাবনি, শিবতবু ঙাইরিবা। অনাবদা হিদাক পীথকপদি সেবানি।

– শিবা হায়দু পনগনু ওয়া, ঐ য়াম্না কি। অশিবননি, ইমাবুসু, নুপাবুসু মুনখিবা। নহাক শিবা য়ারোই।

– শিখিরোই, নহাক্কী লুহোংবা য়াওখিনি। অদু য়াওম অমতংদি পীথকউ।

– অদুস্না ফাগি শাগনু।

নোংমতগী রা নত্তে, নুমিদাং খুদীং ফুঙ্গা রাংমা রাংমদা ফম্মিন্নদুনা মৈ তিকমিন্নে। মদুগী মরমসু লৈ। পিশক য়ু য়ান্না পামই। য়ুথকপা নহারোলনা কন্না থিংখ্রে। করিগুম্বা নহারোল থেংনখিবা তাররদি হিংবগী রা লৈতে। অদুনা অনোটনা পিশকপু কন্না শেন্নে।

– মীগী য়ুমদা চৎতুনা য়ু থকপা শুকয়া য়ারোই। য়ান্না থকপসু য়ারোই। ঐনা নঙগী য়ু রাৎতনবা থমগনি।

চীন্না হায়বা ঙাক্তা নত্তে। রাদুমক অনোটনা থবক ওইনা পাঙথোক্লি। অনোটকী অকনবা হুকুমনি। পিশক হিক্তোকপা ঙমদে। করিগুম্বা হুকুম অসি ইন্দ্ররদি পিশক অহিং চুপ্পা অনোটকী মিকপ খোল তাবা তাই।

চহী অমদগী অনী, অনীদগী অহুম ফাজিনখ্রে, পিশক হায়বা ইনবা অঙাংগুম অনোটকী ময়ুমদা শৈদাংলকপা। পিশক য়াম্না কন্না নারুরে। অনোট মপা মচানা কন্না হোৎনবদগী নাবা ফরে। মতম খরসু য়ু শুকথক থক্লুদ্রে। ফাগ্রবা ঈশৈ নোংমা নৎত্রগা নোংমা ঙংলকই। মরম হায়বা অমা লৈতে। য়ুসি পিশক্কিদি তাইনফমনি।

ফাগি ফাগিদগী পিশক্কী মফমদা অনোট অচৌবা রাহং অমা ওইরক্লে। মসিদা লাল্লিবসি কনানো? অনোটতা ঙাক তাইনবা লানগনি। অদুবু নোংমতা অনোটনা পিশক্কী মফমদা থম্মোয়গী ওইবা খুদোল অমতা তম্বা লৈতে। পিশক্লসু তাম্দে। রাহে ময়াম অমগী মরক্তা য়াওকপা মচেক্তা-ময়াদা য়ৈরকপা রাহে অমমনা কারকখিবা হুনি।

– ওয়া, নঙ নথন্ত লৈবসি নুংঙাইব্রা?

– ঐদি ইথন্ত থক লৈতেনা।

– কনাগা লৈরিবা?

তশেংনমক পিশক কনামতগা লোইন্দ্রবসু মপুক্লীংদি তুম্মিন্না থক লৈতে। হৌখ্রবা পুক্সিগী জুট চাদবা থৌদোক কয়ানা ওৎ-নৈদুনতা লৈ। পুন্নমক্তু লোৎশিন্নদুনা পিশক্লা খুমই – নঙগা লৈরিসিদি? নঙবু নথক্ত্র লৈব্রনে?

– নৈ, ঐদি মতম পুম্বদা ইথত্ত নৈ। পুন্সি চুপ্পা নৈপনি।

ঝাহৈ অসি অনোটনা পঙহায় হায়বা নত্তে। অমুক হুন্না অতোপ্পা নুপাদা ময়ূম পান্নরোই হায়বসি মহাক্কী অরেপ্পনি। অহল ওইরবা মপাবু থাদোক্কুনা মহাক কপায়দসু চৎকে খন্দ্রে। অদুবু পুক্লীং ঈহুনবু মতম পুম্বদা শেন্নদুনা লৈবদি ঙমন্ত্রদো। পিশকসু অদু মঙাই। শেন্নহৌদবা মীৎকুপ্তা পুক্লীংগী অশোনবদু মকা ফোঙখিবা য়াওদবা নত্তে।

– অনোট নঙ ঝা অমতা হংগে শাওগদ্রা?

– করিগী শাওগনি। ওয়ানা হায়বদা ঐনা য়াদবা য়াওগ্ররবা?

– করিগীনো নঙনা ইপাগী নাক্তা লাক্লিবসে?

ঝাহংসিমদি অনোটতা শন্নজীংনি। পিশক্কী মফমদা ঝাহংসিগী পাউখুম পীবদা লূনা থোক্কদৌরি। অনোট ঝা ঙাঙখিদ্রে। ঝা ঙাঙদবতনি, মপুক্লীংদি তুমিন্না লৈবা নত্তে। হৌগ্ররবা কাউগে খন্না কাউগ্ররবা থৌদোক অদু অমুক মথি ফোংলক্লে।

নুপা শিগ্ররবা মতুং নোংমগী থৌদোক্লি। নুমিৎ অদু মনেমসু মকুসু খুন্নানবা চৎখি। য়ুমদা নুপাগা হেক পোকমিন্নবা মনাও নুপাগা মবানিতমক লৈহৌই। মহাক খঙই, মনাও নুপানা মহাকপু মাগী ওইবা পামই। ময়াম্ম শিগ্ররবা মতুংদা মশা মশানা য়ান্নরবদি, মনাও নুপানা মতৈমা লৌবা য়াবগী তাংখুলগী চৎনবী লৈ। চৎনবী অদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা মনাও নুপানা মতম পুম্বদা মহাক্কী মনাক নকশিন্নবা হোৎনৈ। অদুবু অনোটনা তাঞ্জা পীদে। য়ুম পানববু হিংবগী লম্বী ওইনা লৌবা মহাক পামদে। অনোট থম্মোয়গী মীনি। ইন্দ্রিগী খৌরাংবা কোক্লবগীদমক্তা য়ুম পানবা মহাক য়ানীংদে।

মহাক্কী নুপাগী খুন্দি হুন্দুংনি। লাইব্রিক তম্বা মহাক উগ্রুলদা চহী অহুম খরা হেন্না লৈরম্মী। মতমদুদা অনোট মহাক্কী নুপাগা খঙনখি। স্কুল অমতদা মখোয় অনী লাইব্রিক তম্মীন্নে। অনোট মেট্রিক থাখিদ্রে। ময়ূম হেক পানবগা লাইব্রিক মখা তমদ্রে।

মরাইবক থিবনা মহাক লুগ্রা ওইরে। য়ুম্বান পুন্সিদু শারেপ ফাখিদ্রে। নুপা শিগ্ররবা মতুংদা মহাক মপাগী নাক্তা লৈগে খনবনি। অদুবু মনেমগা মকুগনা মচাদা মচাদৌনা লূনা তৌবদু উবদা ঝাফমদু হৌদোকপা ঙমদ্রে। মাগী নুপা শিরবা

মতুংদনি মনাওনুপা লাকখিবদু। মহাক শিন্নোংদা লাইরিক তম্বনি। মহাক অমুক হন্না শিন্নোংদা চৎত্রে। করিগী চৎত্রিবনো হায়বদুদি অনোটনা করম্না খঙলুগনি।

নুমিৎ অদুদা মনেম মকু অনীমক পূম্না করিগীদমক খুম্নানবা চৎথ্রিবনো। অনোট খঙদে। মনেমগী মপামদি তোম্নোইদনি। অনোট, মপূক্লীংদু অকি-তূঙ্জুংনা পিক থম্লি।

মনাও নুপাবু চিংনদবা ঙমদে।

অহিং অথেংবা ফাওবা মনাও নুপাদু হন্নক্কে। অনোট মহাক্কী কাদা মথন্তা হিত্তুনা লৈ। তূমদে, তূমগে হায়নসু খন্দে। থেংলে, নোংয়াই মতুং পূং অনী হেন্রে, মনাও নুপানা হন্নকপদু। মহাক লাক্লগনা হেন্না অনোট নৈতাফম খঙদে। নুংশা মপী তোইনা হোল্লি।

ফনা কুইনা তূমদনা লৈরম্বনি। অথেংবা অহিংগী অচিকপনা মহাকপু শুমথখিবা খঙহৌদে। মীৎকুপ খরগী তেম্নবা মতমদুদা অনোট মঙ অমা মঙলম্মী। অনোট মহাক্কী নুপাগা পামদা চৎলম্মী। লৌরাং শূমিন্নরম্মী। ব্লারবা মতমদা হৈথা-পোম্বা চামিন্নরম্মী। খঙহৌদনা নুমিৎ তাশিনখ্রে। তাঞ্জাদুদা ব্লাং চাউরবা নুপা অমা লাক্কুনা মমাংদা লেপ্লরে। মপুরোইববু নুপাদুনা খুদক অদুমক্তদা থাংদুনা পুখ্রে। অনোটনা লাউগে হোৎনৈ। লাউবা নংদে, তূংলোমদগী কনানো অমনা চীন মেনবনা হানখ্রে। ফনা নাম্ব্রোক্লবা হোৎনৈ, ঙমদ্রে।

মহাক মীৎকপ থোক্লক্লে। মঙ অদুমক তাইবং ওইরমলে। মহাক্কী হকচাং খূদম চন্নমলে। মহাক্লা চিংনরম্বা অদুমক থোক্লে। অনোটকী হকচাং মনাও নুপাগী খুৎ চনখ্রে। হকচাং কয়াৎ পূন্নমক মাঙথোক্লমলে। নুপী ওইবগী ইকাই খুম্নবা কঞ্জবা ঙমহৌদ্রে। মীৎকুপ অমতং ঙনখৎনা মীৎকপ থোক্লমলবদি অদুক লাকচবা ঙমলমলোইদবনি।

পাঙ্গলনা হকচাং কয়াৎপু নমজা নমথেক্লগ্রবসু থম্মোয়বুদি মচী লেঙহনবা ঙমদে। খুদক অদুমক্তদা অনোট মফম অদু থাদোক্লম্নগা মপাগী নাক্তা লাকখি।

– কৈদৌরে অনোট, তূম্মিন্না লৈরবদি, খুম্নরোই হায়রিব্রা?

অনোট মীৎ পাঙনা পাঙনা তূমলুরে। অশাংবা শম্নমপী অমা হোন্দোক্লগা খুমলকই – মহাক লৈত্রগা কৈদৌরুনি মফমদুদা লৈরুবগী? ঐদি লুখ্রাবীনি।

অনোটকী অকোনবগী ব্লাহৈসিমদি মহূ কল্লি। ব্লাহৈসিগা লোইনরকপা পিগী

ঈহৌ পিশক্লা উরকই। মদু পূম্বা উনা-উনা পিশক্লা মখা তারকই – নহাক্কী নুপাদুগা হেক পোকমিন্নবা নুপা অমা লৈব্রা?

– লৈ।

– মহাক্লা নঙবু লুহোংবা পাম্মী।

– মদু ঐনা পামদে।

– মদুদা করি কায়বগে?

– য়ুম পানবা ফাগি নত্তে, ওয়া। ঐনা ওয়াদা লুহোংলসি হায়রগা, ওয়া, হেক্তা য়াগদ্রা?

– অদুন্না হায়গনু অনোট, নঙ ঈশ্বরবু কিদ্রা?

– কিদে। ঈশ্বর লৈ হায়বা ঐদি থাজদে। লৈরম্বা তারবসু মহাক মীনুংশি খঙদে। মহাক্লা ঐগী নুপাবু হাৎলমদ্রবা, ফিভম অসি ওইগদ্রা?

মরক মরক্তা পিশক পামদা চৎতুনা লৌ শূই। কনানসু মঙোন্দা লৌশু হায়বা নত্তে। অনোট হোইগী মতেং পাংবনি। পিশক অনোট হোইগী ইমুং-মনুং ওইরবনি। লৌশূবতা নত্তে, মতম পূম্বদা পিশক্লা অনোট মপাগী মতেং পাঙনবা হোৎনৈ।

অনোট মপাদি অহল ওইরে। শূবা-নোম্বদা থবক মঙম শাদ্রে। শোল্লবা অহল অদুনা লৌ শূবা পিশক য়েংবা ঙমদে। অদুনা ছুটি নুমিৎ কুম্বদদি পামদা চৎতুনা লৌ শূবা হেক হেক চৎলি।

নোংমদি পিশক অনোটকা লোইননা পামদা চৎলম্মী। নুমিৎ অদুমদি অনোট মপাসু মশা ঙমদে হায়দুনা লৈহৌরে। লৌ শূবগী য়াদা নত্তে, পামদা চৎপসি পিকনিক মখল অমনি, পিশক্তদি।

পাম অদুগী মথাথংবা মায়কৈদা লৌতাং শঙ অমা লৈ। মখোয়গী পোখাফমনি। মফম অদুদা চাকসু থোংগনি। মহৌশাদি অনোট মপা য়াওবনিনা পিশক অশাবা ফোংনা থক্লবা তাঞ্জা ফংদে। নুমিৎ অদুমদি অথিংবা লৈত্রে। অথিংবা শুকলৈমক লৈত্রে হায়বদি য়াদে, চুম-শো পূন্নমক্তি অনোটনা পায়রি।

অয়ুক অঙনবদুদা শা অকংবা মতুম অমগা য়ু গ্লাস অচৌবা অনীগা পায়শিল্লবদুদদি পিশক থবক য়াংলে। অয়ুক মমলি মমলি তৌরিঙৈদগী শূরকপনি। পূং নিপালমুক তারকপগীদুদদি অরাম খৌরাংবা ফাওরক্রে।

চাক থোংলুগে হায়দুনা অনোট লৌতাং-শঙদা চৎখ্রে। নুংশা শাগৎলক্রে।

ঙৈহাক শূরগা পিশকসু পোখাবা লৌতাং-শগুদা চক্তলক্লে। লৈরংদা ঈশিং ব্রোং-ব্রোং শৌরি। অদুবু অনোটত্তি লৈতে। তাঞ্জা অমনি। অনোট লৈরবদি চাক চাগ্রিঙৈদা য়ু য়াওম অমা ফাওবা থকপা য়াবগী ব্না লৈতে। কাচিন কোয়া শিন থুংনা য়ু থিরকই। পিক্রুবা কানি কদায়দা লোৎকনি? হেক ফংবগা ফংজদা চাকচাগুম গ্লাস অচৌবা অমা থকচিন্লে। শা অকংবা মতূম অমসু চাশিল্লে। পিশক চপ চানা নুংঙাইরে। অদু ফাওবা অনোট লাক্ত্রি। কদায়দা চৎখিবনো? মৈথকী ঈশিং অদুসু শৌবা য়াবা শৌরে।

ফূক হৌগৎলগা অনোটপু থিরক্লে।

পাম অদুগী নোংপোক থংবা চীদায়দা কোনবা থুংদমখৈ চাউবা চীংঙ পাম্বী অমা হৌরি। চীংঙ পাম্বী অদুগী হূৎ লৈথখিবদা ঈশিং খোং অমা লৈ। খোং অদো ঈফূৎ মচাশিংগী ঈতিনফমনি। খোং অদুগী ময়ায় মক্তদা মতাচানা নুংজাউ অমা লৈ।

থিবমখৈ থিরুবা মতূংদা পিশকসু খোং অদুদা থুংলরে। চীংমী নিংঙোল ওইরবসু অনোট ইরুজদনা খক চাক থোংদে।

চীংঙ পাম্বী অদুগী মখোঙ হেক য়ৌবদা পিশক চপ লেপ্পী। ব্না ঙাঙদে, চীংঙ মরুমদা লৈশিল্লি। অয়ুক অদুদা নুমিৎ অমসুং থা পুন্না থোকপগুম উরে। অতিয়াদনা নুমিৎ, মালেমদনা থা। খোং অদুগী নুংপাকথক্তদা অনোট ফমলি। মীৎফম হোংবা ঙমদে, পিশক। চীংমায়দা ঙাল্লিবা মঙাল পুম্বা অনোটকী মশাদগী থোক্রকপগুমলে। নীক্রাই মহীগুম লুরবা খোংগী ঈশিং খূজোক শোক্কৎলদুনা ফিজেৎতগী মনীং তন্নবা হকচাংগী শরুকশিংদা চাইথরি। লোকী ঈশিংনা নুংলক্তা চেম্বগুম খূজোকী ঈশিং অদু ঈচেল নাইনা চেম্বরকই, ঈপোম নাইবা হকচাংগী শরুকশিংদা ঙাথু-থেংথু। নোংমতা কোকখুম থাদবী ইকায়থিবী হকচাংগী শরুকশিং অদো, ঙসিদি ইকাইখঙদবী ঙম্না ওইখ্রে। পুন্নমক মনীং তমহন্নগে খল্লমালে শম্বুল কিশি থোক্তনা তুংয়ান শমলাংশিং অদুসু মনীং তমহল্লে। শম্বুলদগী নাম্ব্রেক্রবা মশা খীংবা শমলাংশিংনা নুংশিৎকী ফৌরোই চানা খ্রাই হুম্না শাম্ররক্লে। তুংগী শময়াম পুম্বদু খূদাপ খূদাপ পায়দুনা মাঙগী তাংথক নাইবা হকচাং শরুকশিংদা শম্পোক্লে। খূদাপ অমনা ওইদা, খূদাপ অমনা য়েৎতা। মনীং তন্নবা শমলাংশিংনা তাঞ্জা নাম্ব্রেকখিনি মতাগুম. অনোটকী থোৎলবা হকচাংগী শরুকশিং অদু নান নাম্দুনা শাম্নরি।

পিশক মশাদু লেঙ-হাইখিদ্রে। খর ফাওবা হোন্দবগুমলে।

– অসুক ফজবরনে, অনোটপো!

পূকচেন ফৎমন্দে, করাম চাউবা থৌদুনুং। অদুক লীক্লা ফংবা দৃশ্যদুবু করিগী থুগাইররিবা! করম্বা তাল্লক্তা, তৃম্মিন্না তাদুনা লৈজবা নুংদুম অদুবু খোঙনা থেংলুরিবা! হয়ানবা ফারে, হৌজিক্তি। চেন্দুনা হিংখিগদ্রা! পিশক চেন্দ্রে। চেনবগী মহুৎতা তপ্পা তপ্পা অনোটকী মনাক তন্না চঙশিলক্রে।

অনোট কদায়দা চেনগনি। ইরু খুদে মচা অদুগী মরুমদা লোৎনবা হোৎনরী ইকাইখিবী হকচাংগী শরুকশিংনা। খরদি অদুম ঙমদ্রে। চোৎলবা ফিগী মরুমদা লোৎলিবশিং অদুসু লোৎলি হায়বতা মঙাইরে।

মৈশা ফংলবদা উননা কয়াম কুইনা উন ওইদুনা লৈবা ঙমগনি! পিশক মীওইবনি, নহানি। মতম পূম্বদা য়াখলনা পূক্রীংবু লাকশিনবা ঙদ্রা! উন ওন্দুনা লৈরুরবা কয়াৎ পুন্নমক ঈচেল নাইরক্রে।

অনোট লেঙদে, লাওবসু তৌদে। মমীৎ অনীদুনা ইরাং থাংলবা পিশক্কী মমীৎ অনীদুগা মায়য়োক্লরি। মীৎকুপ খরদি অনোটসু মশানা মশাবু কাউথোকপগুম তৌরুরে। নুংদগী হোন্দোক্লকপা পিশক্কী অশাবা নুংশাশ্বরনা মায়দা য়ৈরকপদা অনোট মঙফাওনরকই। অফিং অফাই ওইনা মোল্লবা মখুৎ অনীদুনা শামু য়াইশগুম পাঙল্লবা পিশক্কী হকচাং অদু কল্থি থোক্লা ইনলকই। খোং লাইরেম্বীনা অনোটকী মীচংদা লেপথ্রে। খোংগী অঈংবা ঈশিংনা পিশক্কী মশাদা থেংবদা চাক্লম্বা মৈদু মুৎখ্রে। পিশকসু মঙফাওনরে। মতম কুইনা ফাজিন পুনশিন্দুনা থুন্নকপা পূক্রীংগী অশোনবদু অনোটনা মীৎকুপ্পুদা খঙখ্রে।

মায়দি অনোটনা পাক্রে, মশাগী ইকাই খুন্নবা ঙাকপা ঙমহৌরে।

পিশক্লা মঙফাওনরকপা মতমদুদদি অনোট লৈরমদ্রে।

– অনোটকী মমাঙদা করম্না মায় উৎলুগনি!

অনোটপু অমুক থিরুবা তৌদ্রে। নুংপাক থক্তুদা ফমদুনা অদুম লৈরে। কয়াম কুইনা মফমদুদা লৈরকক্রিবা হায়বা ফাওবা নীংশিঙবা থোক্রে।

– ওয়া চাক চারসি।

পিশক খংগ্রেক খংই। অনোটকী খোঞ্জেলনি। অনীরক শুবা ওইনা মীৎ অনীদু

অমুক উন্নরে। অনোটকী মায়দা অশাওবা নৎত্রগা নুংঙাইতবগী মম্মি অমতা তাবা উদে। ঙৈহাক মীৎচান্ননা লেপ্পত্রগা অনোট চৎখ্রে। পিশক হায়বা ইনবা অঙাংগুম অনোটকী মতুং ইলক্লে।

পিশক মায়থিরে।

খোংগী মায়পাকখিদ্রবা থৌদোক অদুগী মতুংদদি অনোটকী নাকুগী লাপথোক্লবা হোৎনবনা মহাক্কী মথৌ ওইরে। মদুগী লম্বীনা য়ুগা মন্নপ ওইবনি। নহান মথৈদি য়ুগী খূর্জি অনোটনা পায়রম্বনি। হৌজিক্তি পিশক য়াচন থাংদবা শগোলগা পাংখক্লে।

ওল্লক্লিবা লীচৎ অদুগী ফল খক ফরোই হায়বা মশাসু খঙজে, পিশক। অনোটসু খঙই। মদুদা অনোটনা করি তৌবা ঙমলুগনি?

পিশক্না চৎলিবা শাজৎ অদু খুন অদুগী মীয়ামগী অপাম্বগী মায়য়োক্তনি। মহাক ওজানি। পুন্নমক্না ওজা অমনি হায়বগী মায় য়েংদুনা, মহাকপু ঙাকপিদুনতা লাকই। কয়াম কুইনা ঙাকপিদুনা লৈগনি? মহাকপু নুংশিবা কয়া অমা লৈবগুম খুন অদুদা মহাকপু য়াদবা কয়াসু লৈ।

নোংমদি খুঞ্জা কাঙবু অমা অনোটকী য়ুমদা থুংলরে।

– কদায়, য়ুথকপা মৈতৈ মচাদু, পুথোক্লকউ।

নুমিৎ অদু য়ুম অদুদা মখোয় অনীতমক লৈ। অনোট মপাদু কদায়দনো খুন্নানবা চৎখি। পিশক্তি মতম অদুদসু নিশা পাল্লি। মপান্দা ঙাঙনরিবদু তাই।

– নপা নচানা মৈতৈমচা য়ুথকপদুবু কনখৎতুনা থমলিবদু করিগীনো? মহাক নত্তবদি অতৈ ওজা লৈত্রবরা?

– লুখ্রাবীনা য়ুমদা নুপা থম্বা করিগীনো? নুপা ওইগেরা?

ফনা কুইনা অনৌট ব্রা অমতা খুমদ মখে তাদুনা লৈরম্বনি। অকোনবগী ব্রাহেশিমদি খাঙদুনা লৈবা ঙমলক্লে। মমৈ নেৎলুরবা লিন অমোমগুমলে। কল্লক পেল্লা খুন্নকই – মদুদা নখোয়গী নথৌ করি লৈ? মানি, ঐগী নুপা ওইনবা থম্বনি। নখোয়না তৌনীংবা তৌ।

অনোটকী ব্রাহে অদুদা পিশক তু চুংখি। মীয়াম পুন্নমকসু চৎখ্রে। অনোট

খণ্ডই, চৎখিবদু অফবা অমদি নত্তে।

খনবদুমক থোক্লে, ইকান কান্নদনা মীয়াম অদু নিংথৌগা লোইননা হলক্লে। অনোট নিংথৌবুদি ইকাই খুন্নদবা ওমদে।

– অনোট নওনা খুন্দা করি করিনো হায় হায় চুব্রা?

অনোট চেন্দে, থৌনা ফনা খুমই – চুমই।

– নওগী বাদু শাওবগী হায়ব্রা, অশেংবরা?

অনোট হন্দক্তি খুমদ্রে।

অনোটকী মতৌদু উবদা নিংথৌনা বা তেনশিলকই – হয়েং চ্চতা খুন তিনগনি। মদুদা ওয়া পিশক্কা লোইননা নহাক লাকদবনি।

খুনগী বাদি হিক্তোক্লবগী থৌনা লৈতে।

বা পুম্বা অনোট মপাসু তারে। হন্দক্তি খুনগী বারেপ অসি অফবা ওইগনি নীংদে। পিশকপু কনবা ওমগদবা মান্দে।

পিশক তৃম্মিব্রা লৈথোকপা য়ারক্রে। মহাকথক্কী অনোট মীমাও থোক্লে। ইকাইবা নংলে। থৌনা পুম্বা খোমজিন্নগা অনোটকী মনাক্তা চওশিল্লদুনা হায়রকই

– অনোট, নওগী মফমদা ঐ য়াম্রা লাব্রে। ঐনা মরম ওইদুনা নও খুদোংথিবা য়াম্না নংলে।

খোংগী থৌদোক অদুগী মতুংদা মবান্নি অহানবা মায়য়োক্লনা উব্রবনি। অহোংবা অমতা উৎপা তৌদনা অনোট মহৌশাওম খুম্নকই – ঐঙোন্দদি মসি কৈসু নত্তবনি, ওয়া। মখোয়না করি তৌবা ওমগনি?

– নখোয়না মরান লৈরবা মী অমা কনখৎতুনা থমলি। ঐনা অরানবা তৌবগী চৈরাক নহাকসু ফংবা য়াওরে।

পিশক্কী খোঞ্জেলদু নৌথরক্লে। হোংলক্লিবা খোঞ্জেলগী অহিকপা সুরদু খণ্ডলদুনা অনোটনা নোক্লা, থৌনা ফনা খুম্নকই – ওয়া, নুপাদি নুপা মানগদবনি। মখোয়না হায়রগা হেক্তা য়াগদ্রা? থেংনবা তাবনি।

চর্চতু মীনা চোননা তিব্লে। বায়েল হৌরে। নিংথৌনা অমমমতা ওইনা চীন হংলে।

– খুননা য়ু থকপা থিংলে। অদুবু ওয়ানা য়ু থকই হায়রি, চুব্রা?

পিশক তহা তহানা খুমদে। অনোটনা হায়খিবা বা নীংশিঙলকই – ‘ওয়া,

নুপাদি নুপা মানগদবনি।'

ঙৈহাক্কী মতুংদা থৌনা ফনা খুমলকই – চুমই, থকই।

– করিগীরা? খুনবু কিদবরা?

– খুনবু কিদবা নত্তে, নিংথৌ। ঐ অনাবনি। য়ু থক্তুবদি ঐ হিংবা ঙমদে। ঐঙোম্দদি য়ু অসি হিদাক্নি। হৌজিকসু ঐ মফম অসি থাদোক্তুনা চৎথিবদি ঙমগনি, য়ু থক্তুবদি ঙমলোই।

পিশক্কী ব্রা তারবা মতুংদা নিংথৌ অনোট মপাদা ওনশিল্লকই – ইতাওনা হায়নীংবা করি লৈ?

অনোট মপাদুসু পিশক্কী মায়কৈদা লেপ্লদুনা খুমলকই

– ব্রায়েনদি খুনগীনি, ইতাও নিংথৌ। খুনগী ব্রা ইন্দবদি দন্দি পীফম থোকই। অদুবু দন্দি অদু মথক্তদি ফংফম থোক্তে। খুনগী ব্রারেপ্তা, খুন্দা য়ু য়োনবা য়াদে, অদুবু অদুম য়োল্লি, শুংবা য়াদে অদুম শুই। মখোয়না য়ু য়োম্প্রবদি, ওয়া পিশক্লা কদায়দগী য়ু থক্কনি?

অনোট মপাগী ব্রাদু ককপা ঙমদে, নিংথৌ। মীয়াম মরক্তগী অমনসু লাওরকই

– চুমই, অয়োনবসু, অশুংবসু দন্দি পীগদবনি।

মীয়াম লাংলকই। পুন্নমক্তু খামজিন্নগা নিংথৌনা অনোটতা অমুক ওনশিল্লকই

– অনোট নঙদি করি হায়নীংই

– খুননা হায়বদু ঐদি য়াগনি, নিংথৌ।

– নহাক্লা খুন্দা ওয়া পিশকপু, নঙগী নুপা ওইনবা থম্বনি হায়ব্রা?

– হায়।

– মদু চুম্ব্রা?

– মখোয়না ঐবু শাউহল্লি। ব্রা অদু মখোয়না হায়বনি। শাউবদগী ঐসু চুমই হায়বনি।

ব্রা পুন্নমক্তু তারবা মতুংদা নিংথৌনা মীয়ামদগী রাই লৌরকই। কনাসু রাই পীবা ঙমদ্রে। ঙরাংতা মৈহৌনা শাউরম্বা খুঞ্জা পুম্বা ইনেম নেমথখ্রে। কনামতনা থৌনা ফনা চোংথোক্লকখিদ্রে। মীয়াম্না পিশকপু ঙাকপিরে।

করিদগী খুঞ্জাশিংগী অশাউবদু অদুক থুনা নেমথখিবনো? করম্না ইখঙ-খঙহৌদনা অয়ুক্কী নোংহৌগুম অশাউবগী মৈ অদু চাকখৎলক্লিবা? মৈ অদুনা অতম্না পিশক্তদমক ব্রাইরক্লিবনা করিগী? খুন অদুদা নিশা শিজিন্নরিবসি পিশক মথক্তরা?

হংবা য়াবা ৱাহং ঙাক্তনি। পিশক চিংনবা পীক থল্লি। অনোটকীদমক মহাক খন্দবা ঙমদে। মহাকথক লুপ্রাবী নহাদু চোপ্পা ইকাইবা নংলে। অদুবু হনবা লৈতে, শাউবা উৎতে, অনোট। পুম্নমক্কু থৌনা ফনা মায়য়োক য়ারি। মতম পুম্বদা পিশক্কীদমক পাম্বোম তিংলি। অদুবু পিশক্কদি অনোটকীদমক করিসু পাঙথোকপা ঙমদ্রি। মদুগী তাঞ্জাসু অনোটনা পীদে।

– অসুন্না কয়াম কুইনা মীগী শেগা তাংদুনা লৈবা য়াগনি!

তুম্বা য়াদে, পিশক, পোত্থাফম খঙদে। খোংগী থৌদোক, চর্কী ৱাথোক অনীদুনা মহাকপু ওৎপা য়াবা ওৎলরে। খনবা য়াবা খল্লে। কায়নথংদা ৱারেপ তারে।

– নোংহেক ঙানবগা রাফে থাদোক্কুনা চৎখিবা তাই।

রাফে থাদোকপা হায়বসিমদি শোইদ্রে। অদুবু ৱাহং অমমুক থোক্লক্লে। রাফে থাদোক্লিঙৈগী মমাংদা অনোটতা ৱাফম অদু খঙহল্লব্রগা, মহাক্কী অয়াবা লৌগদ্রা? নৎত্রগা তুম্মিনা কনাসু হায়রমদনা চৎখিগদ্রা?

নুমিদাংগী পুং ১১ তারে। পিশক তুমথবা য়াদে। ফমুংদা ওন থোইনা খাঙলি।

– চাক চাদ্রবদি, কৈদৌরে, ওয়া?

অনোটকী খোঞ্জেলনি। পিশক ইঙক ঙকলুরে। খোংগী থৌদোক মতুংদগী নোংমতা অনোট মহাক্কী কাদা চঙলকখিদ্রবনি।

– চানীংদ্রে।

পিশক, তেন্না খুমলকই। ৱা অমতা ঙাঙদনা অনোট থোকখ্রে। কুইদে, মীৎকুপ খরগী মতুংদা চাক পুখম অমা পায়দুনা অমুক চঙলক্লে।

– অসুক কুইনা লৈমিন্নরকপসি, নোংমতা পুখম অমতদা চাক চামিন্নদ্রি। হাঙ্গোইগদ্রা, ওয়া! ঙসিদি, চাক চামিন্নসি।

পিশক খুমদে। অনোটকী অনৌবা থৌরাং অদু মপূক্লীংনা লাম্বা ফংদে। য়ু য়াওবা গ্লাস অমা পায়রদুনা হিগুনা লৈরিবা পিশক্কী মনাক্তা অনোট চঙশিলকই।

– সে, থকচিন্নু। ঐ চাক য়াম্না লামলে, চাক চারসি।

পিশক হিক্তোকপা ঙমদে। য়ু গ্লাসতুমা থকচিন্লে। হায়বা ইনবা অঙাংগুম হিপ্লম্বদগী হৌগৎলদুনা চাকলুক ময়াদা ফম্নরে। খৎনরুবদগী চাম্নরবা মতৈ মনাও

শুম অদুক কুইনা লৈমিন্নরকপদু অমুক্তা তৌখিদবা মওং অমদা অনী অদু পুখম অমতদা কেন-লেন্নদুনা চাক চাম্নিরক্লে।

– ওয়া, ঐঙোম্দা অমুক্তা য়েংলকউ।

পিশক অনোটনা হায়বদুমক তৌই।

– সে য়া কাথোকউ শা মতৃম অমা ইন্নক্কে।

পিশক মমীৎ অনীদু কুপখিদ্রে, অনোটতা অদুমক য়েংদুনা লৈখ্রে। গুক্লা গুক্লা চাক তোক্লে।

পিশক ফমুং কাখৎতুনা অমুক হিপথখ্রে।

– হুন্দক্কীসিনা করম্বা পাখোঙ!

মথন্ত্র হংলকই।

ঙৈহাক্কী মতুংদা অনোট অমুক চঙলক্লে।

– তৃন্নব্রা, ওয়া?

ৱাহৈসিগা লোইননা অনোট পিশক্কী মনাক্তা ফমথররে।

– ওয়া, ঙসিদি ঐবুসু ফমুং অসিদা তুমহল্লু।

পিশক থুমদে।

ঙান্নিবা লালটেন দোশীদু খরদং লৈথরগা অনোট পিশক্কী নাক্তা হিপথরক্লে। মখা তানা খঙ্গনবগী তাঞ্জা অমুক পীবা তৌদনা খোংদা উখিবা দৃশ্যদুগা মান্নবা দৃশ্যদুমক পিশক্কী মমাঙদা উৎলরে। খোংগী থৌদোক্তা পিশক্লা ফংবা ঙমখিদ্রবা অপাম্বদু ঙসিদি তান্নুবা তৌদনা লাম্ব্রেক্লক্লে। মীৎকুপ অমগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা হকচাং অনীদু অমতা ওইখ্রে। ৱাহৈনা ফোঙদোক্তুনা লৈরম্বা পুক্লীং ৱা পুন্নমক ইন্দ্রিনা ইন্দ্রিদা অখাকপা লৈতনা ফোঙদোক্লরক্লে।

তেন্নবা মীৎকুপ অদু হৌখ্রবা মতুংদদি অনীদু পিগী ঈপাক্তা ইরাক্লরে। চোকথরবা হকচাং অনীদু ফমুং মথক্তুদা উতৃপ তাবগুম তাদুনা লৈ। ফনা কুইনা ৱা অমতা ঙাঙনদে। অসুন্না ফনা কুইনা লৈরবা তুংদা পিশক্লা হংলকই – তৃন্নব্রা, অনোট?

ৱাহং অসিগা লোইননা পিশক অনোটকী মমায়দা য়েংলকই। পিনা থুমহৎলবা অনোটকী মমীৎ অনীদুগা মায়োক্লরুরে।

– তৃমদে।

অনোটনা থুন্নকই।

অনোটকী মীংলু অনীদা শিষ্করিবা পিগী ঈচাউ অদু উবদা হৌদোক্কে খনবা রাদু হৌদোকপা ঙমদ্রে, পিশক। মমীং অনীদা শিষ্করিবা পী অদু তৈথোক্লগা অনোটনা মখা তারকই – ওয়া, রা অমতা হায়গে, য়াগদ্রা?

– ঐ নঙগী লমন য়াম্না তোম্লিবনি, অনোট। নঙনা পাম্বদু হায়য়ু। মদু পাঙথোকপনা নঙগী লমন পুন্নমক শিংবা শকগে।

অনোট মখোল থোক্লা কপথোক্লক্রে। কপ্লিবা অনোটবু চেংনা কোম্লদুনা পিশক্লা মখা তারকই – কপ্লনুসে, অনোট। নঙনা ঐঙোন্দা হায়খিবদাই, নুপাদি নুপা মান্নু। ঙসিদি ঐনা অমুক হায়রগে – নুপীদি নুপী মানগদবনি।

পিশকী পাম্বোমদা মোন খাংলদুনা হিপ্লম্বা অনোটতু হৌগৎখ্রে। অরোইবা ওইনা পিশকী মমীং অনীদা য়েংলদুনা হায়রকই – ওয়া, নঙ মফম অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রো।

পাউখুম ঙাইরমদে, অনোট, কা অদু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। পিশক্লা হায়দোকপা ঙমখিদ্রবা রা অদুমক অনোটনা ইরাই লায়না হায়দোক্লগা অরেপ্পা রা পীরমলে। মখা তানা অনোটকী রা ঙাইরুবগী কান্নবা লৈদ্রে।

নোংহেক ঙানবগা পিশক রাফে থাদোক্লমলে। চর্চকী রাথোক অদুগী লীখুন, অহিং অদুদা অনোটনা কপখিবগী মরম, নিবদা পীখিদ্রবা নুপী ওইবগী লন অহিং অমদা মখোঙ থোংনা লাক্তুনা পীরবগী অর্থ অমসুং মহাকপু রাফে থাদোক্তুনা চৎখিনবা রা পীরম্বগী মরম খোঙশাল্লমদায় মীৎকুপ অদুদতা খঙলকখি।

অনোটকী মনাও নুপা কনরৈনা মায় পাকখ্রে। মহাক্কী হোৎনজমন মহৈ য়ানখ্রে। মতৈমবু মহাক্কী নুপী ওইবা ফংখ্রে।

অনোট মনাও নুপাগী লাংদা থুখি। লম্বী লৈখিদে। পিশকপু কন্নবা হোৎনবদা কনরৈদা চঙজবা তাখি। মদুমক নৎলমদ্রবদি চর্চকী রাথোক্তা পিশক খুনগী অহকপা চৈরাক ফংলমগনি।

মহাক্লা ইয়ু হায়খিবা রারীদু ইরে। অদুবু মঙোন্দা পাহনবদি ফংদ্রি। অহিং অমতনি ইবানি লৈমিম্লখিবা। ঐনা ফনা কন্না ইম্ফালদা চৎলসি, য়ুমদা হনসি হায়দুনা থেম্বনি। য়াবা কৌবা লৈখিদে। মহাক উক্রল্লদা অদুম লৈহৌবনি। হৌজিক্লা কদায়দা লৈরমগদগে! ঐনা করম খঙগনি।

করিঙম্বা মতমদা মহাকপু থেংনবা তারবদি ঐনা হংগনি – অনোটতু, নোংমা ফাওবা উনখিদ্রবরা? ■

# মরি



– কৈদৌঙৈ অমুক ইম্ফালদা?

উখ্রুল হেক খোঙদাবা নুমিৎতগী পুক্নীংদা হংদুনা লাকখিবা রাহংনি। চহী মরিগা থা নিপালগী মতুংদা পাউখুম ফংলে। উখ্রুল থাদোকপগী হুকুম থোক্লে। পাউ অদু, চহী মরি হেল্লা তূম্মিন-চাম্মিন্নদুনা কাটর অমতদা লৈমিন্নরক্লবা ইনাউ ফজলগী মফমদদি নুংঙাইনীংঙাই ওইদে। লৈমিন্নরম্বা অমা কায়নবা হায়বসিদা পুক্নীং নৌরোইদবা কনা লৈ! ঐসু নুংঙাইতে। অদুবু সরকারগী থবক্তি, মতম পুন্নমক্তা পুন্না চৎমিন্নবদি য়াব্রদো!

চহী মরিগী শাংলবা মতম, ইতৃ-নাম্মা তেকহন্দা কোন্দুনা থম্মীরকখিবা উখ্রুলনি। হিংলিবমখৈদি কাউবগী রাদি লৈব্রে।

ট্রান্সফারগী হুকুম থোকপা মতমদু ঐ ইম্ফালদা লৈ। হুকুম হেক থোকপগা উখ্রুল চঙনবা শেম শারম্মী। ফজলদসু পাউ পীরে। তঙাইফদনা খোঙচৎ অদুমদি মহাক্কা লোইননীংবনি। চহী কয়া অরা-নুংঙাই শরুক য়ামিন্নদুনা লমদমদুদা লৈমিন্নরকপনি। ঐগী ফিয়ারবেল ফাওবদি য়াওহনীংই। অদুবু লাইবক থিরে। মহাক লাকখিদ্রে। ঐগী ফিয়ারবেল মহাক য়াওখিদ্রে। অমরোমদা মহাক লাক্তবদু ফরে, নৎত্রবদি মহাক খুদোংথিবা নংলম্বা য়াই।

হয়েং উখ্রুল চৎসি হায়নবা নুমিৎ অদুগী নুমিদাং রাইরমদা, মণিপুরদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা মওংগী হাৎন-শুনবা অমা লিলোংদা থোকখি। লনাই ওইবা মওংদা মৈতৈ খরগা পাঙ্গল খরগা খৎন-চৈনখি। থৌদোক অদু মৈরিকপীদগী মৈজাওবী ওনখ্রে। লিলোংদতা নত্তনা মণিপুরগী মফম খরদা থৌদোক অদুগা মান্নবা থৌদোক কয়া মখা চৎথরক্লে। মখা তানা মফম খরদা খুদোংথিবা থোকপা য়াবগী চিংনবা লৈবদগী মণিপুর পুম্বা কার্ফিয়ু থমখ্রে।

ফিয়ারবেলগী থৌরম হাউরবা চাকলেন অমগা লোইননা পাঙথোক্লে। উখ্রুলগী

মরূপ-মপাং কয়ানা খূদোলপোৎ কয়াসু পীরকই। ঐনদি কৈসু পীরস্বা ঙমদে। লাইরিক অসিমকসু উখ্রুলনা পীরকপা খূদোলপোৎ অমনি।

ওফিসকী হৌনবী কয়াসু পাঙথোকপা লোইরে। অদুবু ইম্ফাল চৎনবগী খূদোংচাবদি ফংদ্রে। বস চেন্দ্রে। ইথস্ত্র খল্লি – উখ্রুলনা ঐবু চৎহন্নীংদ্রমান্নে।

বস হেক চেন্দবগা চীংগা তমগসি হেক্তা লাপ্লে। পাউদি কদায়দগীনো খঙদে পাঙতা তাই। মী মাঙখিবা থিবা খঙদবগী পাউ নত্তনা রেডিওসু পাউ লোংখ্রে। নূমীৎ মঙানীদং মফমদুদা লৈবদু চহী মঙাগা পাংথক ওইরে। উখ্রুল কায়নবগী অৱাবা ফোঙদোকপা শংদে। তারিবা পাউশিং অদুনা পূক্নীং ইরাং লাংহল্লি।

– মী চাম্মা হেন্না শিরে।

– চাম্মতা নত্তে, চনী হেল্লে হায়।

পাঙঙাঙতা ঙাঙনৈ।

– শিরিবশিং অদু মৈতৈ ঙাক্তনি। খরনা হায় – মৈতৈদি ইয়াও য়াওদে, পাঙল ঙাক্তনি।

তশেংবা অমতা খঙদে। খরা শিরে, খরা শোক্লে হায়বসিমদি শোইদ্রে। লৈফম খঙদে। য়ূমদা প্রপ-প্রপ চৎনীংই। ঐদা নত্তে। উখ্রুলদা থবক তৌদুনা লৈবা মৈতৈ পাঙল পুন্নমক্লি। উখ্রুলদসু মৈতৈ, পাঙল কয়া থবক তৌরি। পুন্না লৈমিন্নে, পুন্না ফম্নিনৈ। জাৎকী রা কাউথোক্লে। নোংমতা খৎন চৈনবা লৈতে। হৌজিকসু লৈতে। অদুবু পাউ অদু তাবদগীদি মহৌশাগা মান্নদ্রে।

নুমিৎ মঙানিগী মতুংদদি ইরাং খরা নেমথরে। কার্ফিয়ু কোমথোক্লে। বস চেল্লে। পাউ অদু তাবদা ঐখোয় নুংঙাই। অমনা অমগী মনাক্তা চঙদুনা হৌনৈ।

– বস চেল্লে, কমদৌশি হায়বা?

– চৎপা তাবনি।

– নোংমা নীনী য়েংবনা ফৎত্রা? লম্বীদা খূদোংথিবা থোক্লবদি কমদৌবা?

– ঐখোয় অসুক য়ামলিববু কৈদৌনি হায়গে। তৌবতবু বস অমদা পুল্লপ চৎশি।

– হোইদা পঙতৌ তৌবা য়াবা নত্তে।

অমতা ওইনা ৱারেপ তানৈ। পুন্না ঐখোয় তরামুক বস অমত্তদা টিকেট ককলে। তাংখুল ইয়াম য়ামদে। মখোয় পাঙল নহা তরুকমূকসু য়াওরি। ঐখোয়দি মখোয় য়াওহন্নীংদবনি।

বসতি জাৎ-ধর্ম, মৈতৈ-পাঙল, তাংখুল-কুকি খায়দে। পুন্নমকপু পুদুনা চৎলি। মহৌশাগী মহৌশানি। অদুবু বস মনুং অদুদি মহৌশাগা ইমান মান্নদে। বস মনুং অদু ইচিক চিকই। রা অমতা ঙাঙনদে। রা ঙাঙদবতা নত্তনা, মখোয় তরুক অদুদি ইশুক শুকথৈ।

ড্রাইভর অদুসু মৈতৈনি। ভাব তাই। ঈশৈ খোঙ্গৎলকই। মৈতৈলোনগী ঈশৈনি। মদু তৌগে হায়দুনা তৌবা মাল্লি।

হিন্দু ওইসনু, পাঙল ওইশনু,

চীংমী ওইশনু, তম্মী ওইশনু,

জতিনি ঐখোয়, মীওই কাঙলুপকী।

ঈশৈ অদু তাবদা ঐখোয় মশেন য়েংনরগা নৌক্লে। মখোয় তরুক অদুদি নোকপদি হায়রুনু শ্বর ফাওবা হোন্দ্রবোই নীংই। কিবগী রা ঙাক নত্তে। ময়ুমদা লৈহৌরিবা মমা-মপা, নুপী অঙাংগী খল্লুবদনি।

লাইবক ফবদি বস অদুদা তোংলিবশিং অদু ঈ-খেঙ্গৎলকপা নহারোল ইয়াও য়াওদে। অদুগী মথক্তা অহল অমা য়াওরি, তাংখুলনি। মহাক্তা তত্তনা হায় - ইনাওশা ইরাং খোকহনবা য়াদেকো।

বস মনুংদদি খোইনা চিংননীংঙাই ওইদে। লম্বী-লমখাংদা করি থোক্কদগে হায়বগী রা মঙাইরে। লম্বীদা পাঙল খুন অমা ফাওগদৌরি। মদুতনি ঐখোয় পুন্নমক্তা চিংনরিবা। ইম্ফালবু য়ৌরবদি থোকঅ-থোকঅবা লাক্কনি। মখোয় তরুক অদুগীদি চিংনবগী চিংনবা ঙাক্তনি। খালতাবী হেক য়ৌবদগীদি মৈতৈ খুন ঙাক্তনি। মথৌনা ফৈ খল্লি। তৌববুদি অততায়ী হায়বদু লাক্লবদি কিবা হায়বসি লৈবা জাৎ নত্তে।

মোং হাবা তৌদনা ঐখোয় পুন্নমক পুদুনা বস অদুম চৎলি। মথং মথং লাকপনা উগ্রুল লৈহৌরে। নিয়্যু হেভন য়ৌরে। মথংদা লিতান লাক্লগনি। লিতান য়ৌগদবা খজিক্তা ঙাইরবা মতম অদুদা গাড়ী অদু ইখঙ খঙহৌদনা লেপথোকখ্রে। ড্রাইভরনা ফনা কন্না হোংনৈ। কুমথদুনসু শেমই। উপায় লৈতে।

- ময়াম অমুক্তং ইন্দুনা য়েংশিরা?

ড্রাইভর অদুনা লাউরকই। হায়রম হায়ফাৎব্রিঙৈদা পাঙল নহা তরুক্কু কুমথখি। অতৈদি কনামত্তা কুমথদে। নহারোল অমা-অনী য়াওবদু ফাওবা কুমথদে। নোকমী-নোকমী ফমদুনা লৈ। মদু মখোয় খরা রাজশনু হায়বগী মতানি। গাড়ীদু

লেঙবা ফাওবা ঙমদে।

মতৌদু য়েংবা ঙমদ্রমান্নে, তাংখুল অহল অদুনা লাউরকই – ময়াম অমুক্তা কুমশি। পাঙলতা তোংব্রা? মৈতৈসু, তাংখুলসু, পাঙলসু তোংবনি। ষ্টার্ট হৌদ্রবদি করম্না চৎকদ্রা?

মৈতৈ অহল অমা য়াওবদুনসু হায়রকই – ইনাউশা অমুক্তং কুমসি। মমদ্রিঙৈ য়ৌবনা ফৈ।

অচুম্বা হায়রক্রবনিনা, ঐখোয় পুন্নমক হৌনবা তৌদনা কুমথরে। অহল অহুমথক অদু নত্তনা অমতা ওইনা বস অদু ইন্নক্রে। থৌদোক অদুতবু ঙাইরম্বগুম অহানবগী খোঙহৌ অদুমক্তদা গাড়ীদু ষ্টার্ট হৌরে। ঐখোয় পুন্নমক হান্নগুম কাখৎলে। বস অদু নিংঙাই অমুক তৌখিদ্রে। লেপ্পুরবা ঈশৈ অমুক শক্রক্রে,

জতিনি ঐখোয়, মীওইবা কাঙলুপকী
লৈচু খেন্নবতানি, লৈশক মান্নদবতনি
লৈবাংনি ঐখোয়, লৈকোনসিগী।

নোংমা, শকখঙদবা বস অমনা পুরক্তুনা ঐবু লমদম অসিগা শকখঙনহনখি। চহী মবিগী মতুং অসিদসু বস অমনা ঐবু পুরক্তুনা লমদমসিগা শেংনহল্লে। লৈহৌরে উখ্রুল, কপং পোকপী লিলিগী মশাইগোন, মরিংথৈগী মমা, হৈথুমগী লমদম। তানা তানা তামহৌরে মারাগী ঈশৈ,

ও, লৈগসিয় অওন
মমলাই ঙরোক অজৈ জো
কুম ধর খর ক চিদ
য়াও থুই রচিঙগ। ■

[illegible]
Writen by *Lamabam Viramani*
Sagolband, Naoremthong, Khumanthem Leikai, Imphal.
Published by R.K. Tombisana Devi.

## লমাবম বীরমণিগী
### অতৈ বারী মচাগী লাইরিক

**পিকনিক পিকনিক**

অহানবা থোঙবা ঃ ১৯৮০; অনীশুবা খূৎনম ঃ ১৯৯১

**চেক্লা পাইখ্রবদা**

অহানবা থোঙবা ঃ ১৯৮১; অনীশুবা খূৎনম ঃ ১৯৯০
ইং ১৯৮৪ দা সাহিত্য একাদমী অমসুং ষ্টেট কলা একাদমী (সাহিত্য) গী মনা ফংলবা।

**ক্লাক্কী মচা ক্লাক**
**উরোগী মচা উরোক**

অহানবা থোঙবা ঃ ১৯৮৮; অনীশুবা খূৎনম ঃ ১৯৯৩

লাইরিক ফংফম ঃ পব্লিক বুক ষ্টোর,
পাউনা বজার ইম্ফাল অমসুং অইবা মশা।



ভী আই পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল